# বাহৌদোক

সেক্সপীয়ারগি Othello, the Moor of Venice হায়বছু-দগি শরুপ্প মতোংমখৈ মাংহন্দন মণিপুরগি ভাবোকশিংগিদমক হন্দোকচবনি। চপচানদব ৱাহৈরাত্ত, পোং মমিং খিজিক্কুং ভাব তাব মুংড়াইনব হোংদোকপনচিংব থব য়াগ্রে, মতু পাম্বে অতৈ লৈজদব ঐগি ইবাংলনি লীল ওইন শানবন অমসুং পাবদ মুং-ড়াইনব হোংনবন ঐগি পান্দমফম্মি Blank verse শৈরেংগি মওং চেত্তিদনব ইজদ্রে, অদুবু পাবিব অমসুং তাবিব মতমদ শরু ডাক্কু চংনদে হায়ব খেংনবিব য়াই নীংজে।

মসি নম্বব ইজে Manipur গি Education Department ন মুপা ১০০৲ পীনবিখি, মতু নংলমদ্রবদি নম্ব ডম্মদব য়াই। মতুগি লম্মন সামাজিক লীলা ইবগ থাগৎতুন কোক্কুগদ্রা থঞ্জবি। থব চাওব লাইবিক্সিন অনম্মন য়াম্ম চ বন কমদৌসিংগে ৱাবিংডা Gandhi memorial Press কি পুকচেল চাওবব Proprietor মচিন মনাঙন অরাংপ থবচ মথৈ পুংখোক্কুগ নন্বিজুন ইখেংবান্দ পোংজুমতু থাংখবিবি মতুগিদমক ঐ মতমচুপ্প লম্মন তোজ্জরে। হন্দোকচরিব লাইবিকসিন মণিপুরগি ভাবোক্ত নত্রগ পাব্বিবশিঙ্গ খন্নদং কান্নরবদি লম্মন তোল্লুবগি ৱাজ্ঞরুবগি ঙাংডাইতব লৈরোই।

জুলাই, ১৯৬৫ ইং।　　　　জি, সি, তোংব্রা।

# সেক্সপীয়ার

ইং ১৫৬৪ গি এপ্রিল থাগি তা ২৩ গি তুরাইদ পোকখি, ৱারৱিকসাযারগি এভোন তুরেন মপান্দ তাব ষ্ট্রেটফোর্দ হায়ব মফমদুদ। মপা'ন জোন সেক্সপীযার, মমা'ন মেরী আর্দেন, মচোন্দগি চহি ৮ হনবী ফা।গি চান্নন লৌখিব নুপীন এনী হেথৱে কৌই, মচা নুপা ৩ পোকখি ইহা'ন হায়ব Venus and Adonis শৈরেং ইখি ইং ১৫৯৩ দ, মথগি চহিদ Lucrece ইখি। কবি অমা ওইন Sonnets ইবগি অমসুং লীলা'শিংদ য়াওব শৈরেংগিদমক মমিং চংলি। লীলা ৩৭ ইখি, ঐতিহাসিক, কমেদিজ অমসুং ট্রেজেদিজ পুন্ন লীলা চয়াম্ব লণ্ডনদ লৈরিংদ ইখি, মশামক্ন লীলা কয়াদ part মচা লৌদুন য়াওখি। পুন্সিগি মমৈন্নাইদ মপামদ হল্লকুন ইনা'ক কৈরা'ক খুনব লৈবাকমচা অম ওইন মুংডাইন পানখি। ইং ১৬১৬ চহি ৫২ দমক পুন্সিবম্মগ নোঙাখি, লিক্লীগি অক্কব মহীন হাকমনবদেনি হাযনৈ

মফম অমসুং মতমগি ভমখৈন উইলিযাম সেক্সপীয়ারবু খাক্তিন্দুন থম্ব ভমদে। মহাক্কি মী পুন্নমক্কিনি। খ্বাইদগি চাওব Dramatist নি হাযন মাবু লৌনবগি মরম খরদি :—

(১) মান শেম্ব মী'ই মসামজুগি থম্মোইদুদ হাংদোক্লগ মীবু উহল্লি, মবন্নাইগিদি উংথোক্তে। George Bernard Shaw দি মাগি লীলা-মী খরবু মান থাজব র। শন্দোকহনগল্লি।

(২) লানগনব মী মথল পুম্ববু সেক্সপীয়ারন নুংশি, মখোয়গি মরাইবক থীবত্ত চাকপিনিংই।

(৩) য়ু থকপ পাংদব খঙদে, মরুপ হাংপ খঙদে মীজাৎ পুম্ববু লীলাদ য়াওহল্লি, কনাবুম্ভ য়েংথীদে। মীবু নোকহনব হৈ, কনামতা নোরদে।

(৪) মীয়েক ফাইজ, চপ মান্নব অনী উদে। খোদোকশিংতুদ মীওই পাম্বীশিংহু মরা নি থিন তাহুন হোইহল্লি, অশংব মালহন্দে।

(৫) থম্মোইদ তিঙতিঙ পানব ঈশরে শিংন মগি লীলাগি মশা ওইবন পুণ্ণী থুংন পাইবদ মপা লৈতন য়াংবগি মরু ওইব মরম অমনি।

(৬) নিংখো Midas গি থুংন শোকপ পোংমইখ সন ওন-খিবগুম অমনব র'ব' অম মহাক্ল অমুক লীলদ ইংথাকপদ সন ওনথিব য়ামখ্রে।

সেক্সপীয়ার অমসুং বাইবলদোন লোন লেন্দ চন্দাক্রব অমসুং মবোল রাইতুন শিক্সিব লাইবিক অতৈ লৈত্রে হায়ব য়াই। বাইবল ইবদ মী য়াম্ন চংখিবগুম সেক্সপীয়ব ইবদসু মী য়াম্ন চংখি হায়নব পণ্ডিত য়াম্ন লৈ। মখোয়ন সেক্সপীয়ব অশেব ১৭ লোম্ব শুই হায়। সেক্সপীয়ার লৈখিত্রব মতুং চহি ৭ লেম লৈবগ এক্কন অনীন খোমজিল্লগ Mr W. Shakespear's Comedies, Histories and Tragedies হায়তুন ফোংখি। লেখক অশেবতু মতমতুরাইদ থিগংনরমদে। ১৯ শুব শতাব্দিগি ময়াইরাইদ থিগংনবকই। চিংনব-শিংতুন Sir Francis Bacon মথন্দন নম্রগ মাগি কাংলুপ অমন

**Shakespeare** গি মমিং ৱাইতুন ইবনি হায়। মথোয়গী চিংন-ৱাহংশিংদি : অতুক য়াম্ব শৈরে অমসুং লীলাশিংগি ফজবা অমসুং অচুম্বতু মী অমত্তন লেংথোকপা ঙম্মগদ্রা ও? অতেনবা পুন্সি অমদি লোকপা ৱাখলমহৈন তুংদ হৌরকইবা মারোল কয়াদ অসুক শান চুনগদ্রা ও? মী অমত্তন ইবথ্বা থোক্লু, মী অতু মাগি মতমদৈ হেন্দোক্কা মহৈ হৈথিবা, খুদোংচাবা ফংনিবা ওইবথোইদ্রাও? অতুম্ব নিপাতু লৈমনি থোংগি মতিক মডান্ন লুম্ব, অতেপ্পা লৈবাক্কি লোন অমসুং সাহিত্য নিংথিন হৈবা ওইরক্ফম থোক্লু ও? লৌরাইদ পোকপা এক্টর সেক্সপীয়ারদ অতুম্ব মতিক মগুণ, মহৈতু লৈবম্মি হায়বগি করি প্রমাণ লৈখিবগে?

অওইবমক প্রমান্দি ময়েক লাব য়াম্ন লৈতবা জাংনি। সেক্সপীয়াবগি সহি মতৌ ৬ লৈবা থেংনৈ হায়। দলিলদ য়াওবদদি মহাক এক্টরা অমনি লণ্ডন্দ লৈবম্ব; মহাক নত্রগ মাগি মমিং শিজিন্নবন লীলাশিং তু ইখি; ইংলণ্ডগি থিয়েটর কম্পানী অমগি শেয়ার্ন ফংবা য়াওখি, এনীহেথেরে লৌখি; মচা নুপী ৩ পোকখি; য়ুম ইংথোল ফজবা লৈনবা শেল ফংখি; মহাক্কি উইলদ মাগি লীলা, শৈরেংন চিংবতু কবিমত পাল্লমদে, ফবদ অনীশুবা ফমুং কাংথোন্দু মাগি নুপীদ পীনবদি ইরম্মি...... লীলাদ য়াওরিবা মরোল অমসুং শৈরেংশিংগি ফজবতু নত্তন প্রমান অতৈ লৈখিদ্রে। মতুদৈ থোরকপনি সেক্সপীয়ার কনান ইথিবনো হায়বা ৱাহংতু।

সেক্সপীয়ার ইরম্বত্ত মাননি হায়গে হায়রবদি মী অমন লৈগ-দবা মতিক মহৈশিংদি: ইলিজাবেথকি কোর্ট্র কারন্ধ তায়, আইন

Shakespeare অমসুং G. B. Shaw গুন মী লাইপোক্কি মতিক মগুণ অতকপনি, খ্বাইগি পান্দম মথোয়বু ওনব যাদে, থাক্তব ৱান অতকপ থবক পাংব ঙম্মি মথোয়দি। মাগি মৱমদ ঙাংনবিবশিংহু মীচমগি পান্দমগি ৱানি। ষ্ট্রেটফোর্দকি উইলিয়াম সেক্সপীয়ারবন মীশক-শিংহুগ Shaw ন তৌবগুম থৱ তান্নবদ্ব য়াই, নান লাম্ব ফংলদব হিরমশিংহু মীচেম্ম থৱ হংলত্ম য়াই, মচাকুদি যোইন ফাবদ লুব নত্তে, অতকপ লোন, খুংলোং অমসুং মীগি লীচংশাক্সংত হক্সিন্দুন টব ঙম্বহুনি অকুবদি। মৱম অসিন সেক্সপীয়াবগি মমিংদ ফোংলিব লীলা অমসুং শৈরেংশিংহু সেক্সপীয়ারন ইব অশোংবনি খৃথোগগি মোন্ত। কোলেজ শমত্ত কাকুদব Shaw ন ইরিব লাইরিক অমসুং লীলা মন্নামন্থ থৱ মাংজোনন Record লৈত্রিংউদ ইরম্মবদি মথন্দন ইথি-বনি হায়ব কনান থাক্কনি? ৱবীন্দ্রনাথপু বি, এ, পাশবাউ?

## ওথেল্লো. ভেনিসকি মূব।

সেক্সপীয়াবগি লীলাশিংগি মবক্কুগি লীলাসিন খ্বাইদগি Modern play মাল্লি, Psychological drama নি থাংজগনব, মচীং ফত্তব ওথেল্লোগি থম্মোইদ মপাথিব ৱান কল্লব মীরৈহং ইযা-গোন থম্বন মৈরী চুথংথি। মীফত্তন হৈশিংন ওইংবন অঙইব মাম্নব শোমগংপদ মতা চাকুর্গ কম্নাদ অকিব ফংন ইমুং অম মৈ তোক্কন তাল্লোই ওনথিব, মবুক শোংলবী ইংলবী সতী দেসদেমোনা কবম্ম মৈ-রীহুদ উং ওনথিব হায়বত্থ উংঙ্গি। ইমুং অমগি বাবীগুংনি, লৈবাক নিংথৌ অমসুং শা লানগি ৱান মক নত্তে। লীলা খুংলেংস্ত modern নি, ৱারী লীবগি শক্কক য়াওদে, হিরম অমদগি চোইথোক্তে, নাতৈ

Chief minister ওইনিংদবগে ? থাংন Duncan নিংথৌবু থিল্লুন হাৎত্রবস্থু Propaganda ন Vote capturing tactics ন মথক্ত লৈরিব লুচীংবত্বু চিংথনীংদব য়াওত্রাও মপান্দ ফজব শারবস্থু ? মপুরোইবব্ Promotion ফংহন্নীংদব মফম কাহন্নীংদব মুপী লৈত্রাও ? Lady Macbeth মক নত্রবস্থু ভোট খোম্বদি বাবুনী-শিংবু চৎনত্রাও ? য়ায় ইত্তন কান্নদে, সেক্সপীয়ারগি লীলাশিংত্থ মী খুদিংদ মতম পুম্বদ থব নত্রগ খবদি শোকপ ভাক্তনি।

ইয়াগোগুম্বু অণ্ডকপ ফংন ফত্তব মীবু লৈরিত্রা ? নাথুরাম গোদ-সেদি কমদৌই ? দেসদেমোনান অত্থক পণ্ডলিব করিগিনো ? সীতান সনাগি শজিন চৎপ চেনব থাজরুরিবদি শিংত্রা ? ওথেল্লোন অত্থক বিচার লিংদন সাক্ষী প্রমান অতৈদে লৌদন ইয়গোন হায়রগ লোইবে হায়বত্থবু মীগি মচৎলাও ? ভাবতকি উমখৈদ লান্সিল্লক্ত্ন চীন্ন ঈশিং খুজাই থাংজল্লকইবত্থ পৃথ্বীগি চাওখৎলব Othello খোইন থাজবিব অমস্থং তুমিন্ন লৈবিব করিগিনো ?

অত্থক কজবী দেসদেমোনান থীখ্রব মীমু Othello দ মক্সুম পাল্লুবিবত্থ থাজদে হায়ব য়াওই। Africa গি Minister মীমু অমন ইংলণ্ডগি ফজখ্রবী Lady লৌখি ২০ শুব শতাব্দিদ। লীলাসিদ ভাংনবিব লোল, অরাই অখুম, প্রমান পাইস্থ, উৎলিব মী-মমচৎনচিংবত্থ তাবদ য়েংবদ মী খুদিংদ থব নত্রগ খরদি তিও তিও পানব জাৎনি, মখম অত্থন মী খুদিংন পাবদ য়েংবদ মতিক চান ক্লংভাইব জাৎনি। সেক্সপীয়ারবু থাগৎত্থন কান্নদে, পাবিরগ হাবিবগ মাগি মহাও খণ্ডবিনি মৈতৈবান্দ হন্দোক্লবস্থু।

# ওথেল্লো

## ভেনিসকি মুর

১/১

ভেনিস, লমচাও শোড়োক, নুংদাং।

( রোদরিগো + ইয়াগো চংলকই )

রোদ: তুমিন্ন হায়ফু, নশা কন্নব থাক্তকান্নদে ঐগী শেঙ্গাংদ ননিংতম্ন হুম্ব, ইয়াগো নন, ওথেল্লোনা দেসদেমোনা চেন-থিবসি ওক্কবনে নাইডন নাইডন, ঐবু লায়খোকপসি থরই মুডাইতে।

ইয়া: থাক্তাদেনহায়, ঈশ্বরন সাক্ষী, ঐদি খঙদবমাক্কে। খঙলগ তাক্কব ওইবম্লদি, রোদরিগো, নং ঐব হনগুম্ন তুক্কচো।

রোদ: নবু হায়রিবদায় ঐডান্দ. "তুক্কচে ওথেল্লো!"

ইয়া: নংনমদ্রবদি ন ঐবু তুক্কচো। মাগী লেফটনেন্ট হান্নমদাইদ, ঐগী ব্রা নেশ্বিকনব থারুই অরেম্বদ, মহবগী অচৌ অশাং অহুম্মি টুপী লোখাক্তুনা সালাম তৌহল্লুব মাঙান্দ। ইমল খঙব নিপানি ঐহাক, নত্তে ইতিক চাদব ফম অহুগী। ঐবুদ

হাপ্লোইদবগি মীগি উদবত্নুন, লানলোন কয়ান মরৈ তাহুন, শিং নাম্থোকহনথি মীজাও অহুম্থু; "হাপখ্রে হান্ন ঐগি আফিসার"। কনানো করিনো মহাক্কুদে? অওইবমক, মশীং অঙক হৈখ্রব অম, মাইকেল কেশিও, ফ্লোরেন্স মচা অম, ওক্কুবী লৌহুন মাংদৌরব নিপা, লানফমদ সক্কাদ্রোন অমত্ত পুরুদ্রিব, লাইরিক্ক ইব লাল্লোন নত্তন নুপমচা অমদগি হেন্ন খঙদব—করম্ন লাম্মী লৌবুক্ত লেংগনি। মাবু হাপখ্রে ঐবু খন্দোক্লম্মগ মমিৎন প্রমান কয়া উখ্রব রোদেষ্ট, সাইপ্রস্ত, লানকম অতৈদ। চীনগি মীহুন ওইখ্রে আফিসার, থবক্কি মী ঐন অচম্ব ফিরান পায়ব! ডাক-পিয়ু ঈশ্বর শাওজরিব অসিগি।

রোদ: লাইরৈবাক্ল খঙনি, ঐন নং ওইরম্মবদি মতুং ইন্দোশরুক মঙক্ত থোৗরী থুব ওইজনি।

ইয়া: ইহে, কোরুব উপায় লৈতবনে, মসে সাভিস তৌবগি শাপনে। হুজিক্কি প্রোমোসন পানরে চিঠিন, লন্ন ই অপ ম পামদ ব্রাথলন; মমাংদৈগি মথংমনাও কানবত্নু নত্রে। নং নশান বিচার তৌ-জরো, মূরসিবু ঐন ন্নুংশিনব মরম লৈরিব্রা?

রো: অহুদবু ঐন মাগি মতুং ইঞ্জরুদ্রাও?

ইয়া: ইহে, তাবিথোনে ইবুঙো অমুক্ত; ঐন মাগি মতুং ইল্লিবসিদি, মাগি মাংহল্লগ ঐগি কান্ননবনে। ঐথোয় পুন্নমক মপু ওইব-য়াদেয়ে, মপু পুম্মকপু শেংন খন্দৌবম্থ নত্তে। থেংনদ্রা মপু-নিংব মীনাই কয়া মবুক্ত থন্নব লোলাগুম্ন কুনব, হন্নুরব মতমদ ভাম্থোকপিরক্লব? ব্রাশন কল্লু মীনাইদ মীনাইশিংহুবু। অতৈম্থ

অমুক লৈরি য়েংউ, মখোয় থওব মান্না উৎপজাৎ, অতুগ মরম্নাই কাম্নদোবদ য়েংব, মপান্দন মপুনিংব মান্না উহনব, মমুংদন মাগি ঈহু চুপ্পুন হিংব। মখোয়সি মথম্নাই থর পানব কাংবুনি, ইশামক কাংবুসিগি মবক্ত অমনি। নংন রোদেরিগো ওইব শোইদবগুম ঐন করিগুম্ব মূবতু ওইবম্নবদি ঐ হুজিক ইয়াগো ওইববোইদবনি। মতুং ইল্লিবসে ঐহাক্ক মাগি, ঐগি ইরম্নাইগি তুং ইঙ্গবদনি! ঈশ্বরন সাক্ষী, মপান্দন তৌশিন্ননি, ইন্ননি মতুং ইশাগি কান্ননবত, নত্তে মুংশিবগি, নত্তে ইখোগিদমক; ফোরনি থম্মোইসি ফোংন থূদাদ, থাংলনি ময়াং ক্কাক্ক তুহংপ অতু; খোবক্কগ ঐগি অশংব থবক্তুন, ময়েক লান উগনি পওলবনস্তু। ঐ ওইববোই ঐ অশে বদো।

রোদে : কয়া য়াম্ব লম্ব মগি মপ্প ওইগিবানো চিম্বানজাওহুন অতুম্ন তৌবিবমইখ যাববদি!

ইয়া : মপা কৌরখ কউ, তূম্বদগি হোৎদাকউ; মাবু তানহন্সি, মুংঙাই-বতু থুগাইহনসি, লম্বীদ মবালতু লাংঙখোকহনসি, মবীমতা-শিংতু থৌজিনসি, ফন নব লমদ লৈবমসনু, হয়িং থাজিন্দুন ওংহনসি, ফনস্তু নু ঙাইজবমসনু, লাংতম্নহনগ মচু থবদ ওইববস্তু ওলহনগদবনি।

রো : মপা গি যুম সিদ লৈবে, ঐ হৌন কৌগে।

ইয়া : কিবন নিকপ খোন্থোক্ত, হৌন য়াক্ক লাও; মী কুংন তাব সহবদ কনাগুম্বন খোওইদবদগি মৈ চাকপ উবগ তৌনবগুম।

রো : করিনো ও—ব্রাবান্সিও! অঙম্ব ব্রাবান্সিও!

ইরা ঃ হৌগংলো ! করিনো ব্রাবান্সিও ! হুরানবা ! হুরানবা ! হুরানবা ! নয়ুমদু য়েংশিল্লো, নচান্নুপী অমসুং শেঙ্গাও ! হুরানবা ! হু-রানবা ! ( দোতালগি মিতুংথোংদ ব্রাবান্সিও উংলৈ )

ব্রা ঃ অদুক অকিবকান হৌদোকইবু করিগিনো ? কৈদৌনরবগে অহৃদা ?

রো ঃ অডম্বা, ইমুংমন্নুংগি মী শুন লৈবিব্রা ?

ইয়া ঃ থোং পুম্নমক লোনবিরিব্রা ?

ব্রা ঃ করিনো, অদুম্ন হংইববু করিগিনো ?

ইয়া ঃ ঈশ্ববন থংনি, নংপোং দুখ্রে : কি নিংথিন শেংপিয়ু ; ইবুংঙোগি থম্মোইদু কায়রবনি, থরাই তডথায় অম মাংলবনে ; হুজিক থোকপিরকও, হুজিক হায়দুবু হুজিকমক লেংথোকপিরকও ; নংথ ক্কন তুমইব সহবব সী পুম্বনু শবিক খিংলগ হৌদোক-পিয়ু, নত্রবদি কত্রব ল ইমুন মচাগি মবুবোক ওইহনথ্রনি ইবুংঙোবু ! হৌগংপিরো হায়জরিবসিনি ।

ব্রা ঃ করিনো নংবু মীবাল ব্রাংলব জাংলা ?

রো ঃ ইকাইথুম্নবব ঌ মে ইধংডা, ঐগি থোন খঙবিব্রাও ?

ব্রা ঃ ঐ খঙদে, নংবু করিনো ?

রো ঃ ঐগি ইমিং রোদেরিগো কৌই ।

ব্রা ঃ মদুন হেন্ন থারে, নংবু ঐথোয় থোঙ্গানগি সুরাইদ থক চাররম্নু হায়থিত্রিবা ঐবো । পুকচেল শেংন ময়েক লান ঐন হায়ুব তারবদায়নে ঐগি ইচানুপীদি নংগি ওইদোব নত্তে ; হুজিক তপ তাবমখৈ চাশিন থকসিনলগ ডাওরদুন কল্লক মলোমদগি তুম্ব থুগাইররিব নত্রাও !

রো : ইবুংঙো, ইবুংঙো— অ— ( তপথবিয় )

ব্রা : অদুগা নং শোইদনা দি থগৎলমগনি—ঐগি লিংজেল অমদি ঐগি ফমগি মতিক্ক, নংগি নচং অসিবু নংঙোন্দ অয়ো ভৌহনব ঙমগনি হায়ব।

রো : ফরব ইবংঙো, তপথবিয়ো।

ব্রা : নংন ঐগি পোৎ মাংবগি রা হায়রিবত্তবু [illegible]? মসি ভেনিসনে; ঐগি য়ুমসে অচিকপ লৌতাংশং নত্তে।

রো : খ্বাইদগি হেন্না ইকাইখুম্নবা ইবুংঙো, ঐদি পুকচেল শেংনা ইচম চম্না ননাক্তলাকচননি।

ইয়া : হে ঈশ্বর, ঐখোয় অদুম্ব ইঙোদি মীফত্তন হায়বনি হায়তুন ঈশ্বরগি সেবা অমদি অফব থবক ভৌবিদব অম ওইরেনে।

ব্রা : নংদি মীফত্তনি।

ইয়া : নস্ত "-", সিনেটর।

( ভাঙংদনা "মীফত্তনি" শোনব, রোদেরিগোগি মতৌ ভমতুন )

ব্রা : উশিঙবগি নতিক চাব দাণ্ড, ঐ নংবু খঙই, রোদেরিগো।

রো : ইতিকচাব পাউখুম পীজনি ইবুংঙো। অদুবু ঐন খঙজনিংলিবদি অসিনি—

অনাইংব উদ্রব থেংলব অহিংসিদ ফজরবী নজাইরেবশ্ম অদুবু মবুক চাওব মূরদুন পুরগ খুৎনেক চৎপ হিরোই অমত্তংগ চেনখ্রিব অসিবু ইবুংঙোন য়াবিব্রাও? খঙবিব য়াব্বিবদি মাপ্ন উজরে, অ তুওইরবদি ননাই ঐখোয়বু অহিংদ হোৌদোক্কুন

তূম্ব থুগাইবগি ইতিক চাব দণ্ডি পীনবিয়ু। খঙবিদব থোক্লবদি লাম্ন চৈবিরে, হৌনব খঙদব নচ্চাদে ঐখোয়। নজাইবেম্মতুন মপাবুংবু গৌশাদন ময়ুম লৈতব কোইন চৎপতুদ পীথোকখ্রে মশক, মরোশিং, মরল। থাজবিদ্রগ য়েংবিরু মহাক্কি কাদ হুজ্জিকমক লেংশিন্দুন, ননাইন হঙ্গৎচরি।

ব্রা : হায়, মৈ থাঙ্গংল্লু! মৈবা অম পীয়ু কদায়! ঐখোয়গি মী পূম্নমক হৌদোকউ। মংদ উরম্বতুগ মাম্নদব নত্তে—মসি চিংনতুন থোইদৌ শাওগৎলম্মবনি হান্ন। হায়, মৈঙাল, তাদ্রিবা! মৈঙাল! ( চংখি )

ইয়া : ঐ চৎলম্মগে নং লৈহৌরো, মখাদ থবক তৌরিবনিন ঐদি মূরগি মাইয়োক্ত সাক্ষী ওইব ফত্তে। ব্রাথোক অসিন মরাল্ ওইরবস্থু, সাইপ্রসকি লানফমদ জেনেরেল পামই, ওথেল্লোগুম্ব কমান্দার অতৈ ফংলোই। চংবগি তৌদব য়াদবনিন চৎলে ফিরাল পায়ব মাব নুংশিসন্ন। থিরদোরিব ময়ামসে সেক্তি-ট্টারীদ পুরকউ, মীথুংশংতুদ, ঐন হান্ন লৈরম্মগে বিদায়! (মথাদ লাকই ব্রাবান্শিও মনাইশিংগ লোইনন নুংদাং ফিজ্জেৎত মৈরা মৈবা পায়নতুন)

ব্রা : চুমল্লব ফত্তবনি, মহাক লৈরমদ্রে। ঐগি তল্লব চহি মতাংসিদ থোক্লদোরিবদি করিস্থু ওইরোই থারা নুংঙাইত্রা নত্তুন। মাবু কদায়দ উরম্বগেনে রোদেরিগো? ওহ, লাইবক থীরবী নুপীমচা! মূরগনি নত্রা নংন হায়বতুবো? কনানো মপা ওইনিংগদব নিপা! নংদি করম্ন খংঙি মহাক্কি হায়ব? মান ঐবু নমথাক

তৌরম্বা, ঙ্খংলগি ঙ্গাংমদ ! করিদি হায়রকই মান নংঙান্দা ? মৈরা থর য়াম্ন থাঙ্গৎলু, মরীমতা পূম্ব হোৎদোকউ। মখোয়বু লুহোংখ্রবাও, নংন খনবদ ?

রোদে : অশেংবমক, হোংখ্রে নিংঙ্জে, ননাই ঐদি।

ব্রা : হে ঈশ্বর ! য়ুমদগি কমদোন চেনখ্রিগবা ? থুরক্কি ঈন লাই শারম্বা ! মপা ওইবশা, সিদাগিদি থাজরন্নুকো নচান্নুপীশিংগি মবুকচেল, মখোয়না মপান্দ তৌশিন্নব উবহুদগি। লাইরা মন্ত্র লৈত্রবরনেসে য়েংউ, শানৌ ওইবীশিংগি মবুকচেল ওলহন্নব ? বোদরিগা, নখোয়বু সিগুম্ব পাখিদ্রিবাও ?

রো : পাজখ্র, অডম্ব ইডো।

ব্রা : ঐগি ইনাওহু কৌযোকউ। ভস্থোকপনি, নংন লৌজরম্বন হেন্ন ফরমগানিদাকে ! থরন অসেমদ, অতৈন অদোমদ চৎলু। খডলাকপ্রনে ইবুডো নংবো মাগ মূরগ ফারুনব মফমসিবো ?

রো : ঐন থিজরবদি ফংব য়াই নিংঙ্জে, খুৎতদি থর লিংন ঐগ লেংমিন্নরগ।

ব্রা : চানাবিয়ু ইবুংঙো, নংন লমজিংবিয়ু। য়ুম খুদিংমক চংহুন য়েং-উসি, অয়াম্ব যুম্ন ইরা চংপ ডাক্কি। খুৎলাই থর পায়সিম্মু হায়, মুংদাং পুব পুলিশ থব হৌজিল্লু। চৎলু ফবব রোদেরিগো, অম্নামন পীগনি।

( চৎখি )

---

১/২

## অতোপ্প লমজাও শোড়োক অমদ।

( চংলকই ওথেল্লো, ইয়াগো অমস্তুং মৈবা পায়ৰ লোইনবশিং। )

ইয়াগো ঃ লান্মীগি থবক ওইনদি মী কয়া হাৎলুরে, শীংতুন হাংপদি থৰাইন খক য়াদে। ইশাগি কান্নবৰ ফত্তবসি করিগুম্বদ চংই, অতুবু ঐনদি ফংলোই হায়ৰ খক চমজদে। মাপল্লক্র তরারক্ল করিনা শুররিনি, ঐন খল্লক্লিব রোদেরিগা হাংকে হায়ন, শোইদনব শাদান মখা সিদ থিল্লগ।

ওথেল্লো ঃ তৌদ্রিবতুন হেন্ন ফৈ।

ইয়া ঃ অতুদ মচিন্দু থীখ্রব, ৈখায় ইংভাৰ চৈথ্রবা, ঐগি অকৎ খিংতং অসিন কন্ন খাম্বন মাৰ হাংতন খংনসিদি ৱাখ্রে, ৱাখ্রে। ৱারৌ-বিবদি ৱাদ, ঐখোয় ইবুংভাৰ লুহোংপরৈ চেংপিরেকো? মরমদি মখে য় মহলত্ত্ব মীয়াম্ন য়াৰ নিপানি, দিউকুম্ন ভোট অনী লৈ, অ ইন া মতেংদ অরৈব মপাঙ্গল হাপ্লগ খায়দোক্লগে হোংনরব শোইদ্রবনি খঙবিয়ু।

ওথে ঃ মাগি মলোমত্তু ভম্বমখৈ উংচরকসন্ন। ঐন সিনেটকি তৌজ-খিব থবকশিংতুন মাগি ৱাকংতুবু ময়া শোইদন কুমহনগনি। খ্বাইন খঙনদ্রিবনিন খোরন ডাংব য়ারি, মীয়ামদ ফোংদক্কে নিংথৌগি ঈগুম্বন ঐগি শিংলি মন্নুংদ চেল্লকইবনি, ইশাগি ইতিক ইগুন্ন পোংন তাকচনি ইফমসি মতিক চায় চাদে হায়ৰ।

খওত্ত্ ইয়াগো, লেম্নবী দেসদেমোনাবু মুংশিব নতন, ইনিংতম্ন কোইন চৎলম্ব পুন্সিসে ঐগি লুহোংবগি খোংজীবু পুলহনবয়ার-ম্মোই, য়ারোই সমুদ্রগি মরলগি দমক্তস্নু। হায়, য়েংউ, করিগি মৈডায়্লা আদ লাকইবসে ?

ইয়া: দেসমোনাগি মপা অমম্নুং মরীমতা তুম্বদগি হৌগংতুন থিরকইব ওইরম্ব তায়। লোংপিবন ফগদ্রা খঞ্জে।

ওথে: ঐ লোৎলোই ; ঐগ থেংনহনগদবনি : ঐগি ইগুণ, মিংথোল, ইরাল লৈতব পুক্নিংন ঐবু মথোয়দ ইতিক চান উৎপিনি। মথোয়সিবু শোইদ্রবা ও ?

ইয় : জানুস্ন খঙনি, নাত্তেন।      ( থ্রীক্কি লাই, মাইনীলোংব )

( চংলকই কেশিও অমস্নু অফিসর খর মৈরা পায়দুন )

ওথে : দিউক্কি মনাইশিং অমস্নু ঐগি লেফটানেন্ট, নুংদাংন মুংডাইব পীবিসন্ন—মকপ পূন্নমক! করি পাউনে ?

কেশিও: দিউক্ক জেনেরেলদ য়াইফপাও চেল্লকই, অদুগ থীন্দন মাগ উন্নবস্নু পামই হায়বকই, য়ারবদি হুজ্জিকমক।

ওথে : করিগি ওইরিনি খল্লি নংদি ?

কে : সাইপ্রস্তগি করিগুম্ব অম, ঐন থাজবদি; থরক খর হুঙ্গংনব থবক্তি ওইরমানে। জাহাজদগি থারকপ পাও-মী তরানিথোইনি, অমগি মথংদ অম, ডসি অহিংসিমক্ত; সিনেটর অয়াম্ব তুম্ন-ম্বদগি হৌগংতুন রা তাম্নহৌরে, দিউক্কিদ লোইনবু লৈরম্মনি। জেনেরেলবু খৌরাংন ডাইনহৌরবনি. মহৌশা লৈভমদ থেংনদ্রদুন, সিনেটন থাখিব কাংবু অহুমনি থিরুচো হায়দুন।

ওথে : ফরে, নংন থিবদ ঐবু খঙলব। ঐ ইমুংদ য়া অমত্তং হায়-
রমখিগে, অতুগ নংগ চৎমিন্নরসি। (চংখি)

কেশিও : ফিরান পায়বা, করিগিনো মান সিদ লৈরম্মিববো ?

ইয়া : অশেংবদি মহাক ঙসি অহিং কংফান্দ জাহাজ অচৌব অম
ফারে। আইন্ন য়ারবদি, মহাক হৌথ্রনি মপোকসিমগি।

কে : ঐ ভাব তাদ্রে।

ইয়া : ময়ুম পানথ্রে।

কে : কনাগ ?

( ওথেল্লো চংলকই )

ইয়া : মেরীন সাক্ষী,—কেপ্তেন লাক্লে, লেংলগদ্রা ?

ওথে : লোইরে, নংস্থু চৎকদবনি।

কে : কাংলুপ অমস্থু থিব লাক্লে।

ইয়া : হন্দক্কিসিদি ব্রাবান্সিওনি, চেকশিনবিয়ু জেনেরেল, মাদি মবুক
ফত্তন লাকপজাংনি।

( লাকই ব্রাবান্সিও, রোদেরিগো অনস্থুং আফিসর অতৈ অতৈ,
মৈরা পায়বয়াও খুংলাই পায়বয়াও )

ওথে : কনা কনানো ! লেপ্পুন লৈয়ু !

রোদে : অঙম্বা, মূবত্থু লৈবে।

ব্রাবা : য়ৈয়ু, হূরানবত্থুনি ! ( থাং শৎনৈ—মাইকৈ অনীমক )

ইয়া : রোদেরিগো ! লাও ইবুংঙো, নংগ ঐগ লাম্বা তৌনি।

ওথে : শিঙ্গিন্নদ্রিব অর'ব থাংশিংদো থাংখুমদ হাপচিল্লু, লিক্লান
কোৎহ্লিং কাহনথিদনব, অঙম্ব অফব, থাংবুদি চহিবুন হেন্ন
ইকাইখুম্নৈ ওথেল্লোন।

ব্রা : ফজ্রব হূরানবা, কদাইদ লোৎখ্রে ইচান্নুপীদো ? নপাপ চেল্লব নংন লাইরান ফাবনে মহাকপু : জ্ঞান তান ওইনিংঙাই মরম লৈতবনে, পোৎশেম লাইরান ফাথিব নত্তনবু অত্তুক থোৎলবী, ফজরবী, লাইবককবী নূরা লৈবাক্ত পান্নরব, মশম থোই-থোইব লল্লৈব পাথং, কয়া কয়াবু থৌশাদবী লুহোংব তল্লিবীন, কিনিংঙাই ওইব, হরাওনিংঙাই ওইদব, তেঙ্গালী নংগ চেল্লি-বত্নবো ময়ুমদগি, লৈবাক্ত সগ্নাসন্ন নোক্লনব। তাইবংপান্ন ঐবু বিচার তৌবিসন্ন—মসিবু মশান তারব ব্রা নত্রাও—নংন লাইরা তৌবনে ,হিদাক লাংথরু শুমহৎপনে নৌরব নহাগি পুক্লিংদো। ঐহাক ব্রাকৎলুগনি মতিকচান অঙম্বশিংদ ; ফিভমসিদ ঐন থাজরিবসিন খ্বাইদগি ওইরম্ব য়াবনি। লৈবাকপু নমথাক তৌবগি, য়ানদব নহৈ শান্নবগি নংবু ঐন ফাত্নন পুবগনি, লৌনম তৌব। মহাকপু ফাও, লমহেল্লগ ময়াম ৮ংউ ঙম্নব, মথরাই মাংগ মাংজসন্ন।

ওথে : নখুংত্নু খামথো, মাইকৈ অনীমক, ঐগি মীচংস্নু, মীগিস্নু, খংন-বগি মতাংতু চান্নবদি, ঐ অসাইন খঙলনি মীন তাক্লকপ ঙাইদন। কদায়দ লেংসি হায়বগ, ঐভোন্দ পীবিরিব হৈরালগি পাউখুম পীজনব ?

ব্রা : কৈন্তুমশংদ, মতমগি মতুংইন্ন আইন্ন পাউখুম পীরনব, নংবু কৌরক্লি ফাওব।

ওথে : ঐন য়াব থোক্লগ কমদৌবা ? দিউক্ত মতুদ কবন্ন য়াবিগনি, ইনাক্ত লৈরিবশিংসি মঙোন্দগি পাউ পুরকপনি, হুজিক তৌ-গদব করিগুম্ব লৈবাক্তি থবক্ত, ঐবু মনাক্ত লাও হায়রিবসিদ ?

আফিসর ১ : হায়রিবসি অচুম্বনি, মতিকচারব অতম্ব ; দিউক কাউ-
ন্সিলদ লেংশিলহৌই, অদুগ অতম্ব ইবুংঙোবুম্ন কৌনব শোইদন মী থাব্রমগনি।

ব্রা : করম্বা ! কাউন্সিলদ দিউক ! অহিংগি পুংভমসিদ ! মাবু পুরো চংলু, উইহুন তানগদব ব্রাফম নত্তে ঐগিসিম্ব ! দিউক মশামকম্মু থ্রৈটকি অতম্ব ইমান্নব অতৈনম্ম ঐঙোন্দ লাল্লিবসি ম:ায়মক্তনি হায়ন খন্দব তৌরোই। মরমদি, অসুম্ব থবকপু মনিংমথা তমহল্লবদি নাইহেই থীরব মীনাই অমস্মুং নারক্কি মীগুম্বাশংদন ঐখোয়গি ব্রায়েল চৈবাকসি পায়থিনি ( চংখি )

---

# ১/৩

## কাউন্সিলগি কা অমদ।

দিউক অমস্মুং সিনেটরশিং টেবিলদ ফমই ; আফিসরশিংম লেপ্পুন ডাকই।

দিউক : পাউ ময়ামসি অমগ অমগ চানদবন চুমই হায়ন থাজব লুরি।

সিনেটর ১ : অঙইবমক চানদবনি ; ঐঙোন্দ পীবকপ চিঠিশিংন হায়বদি তুর্কীগি জাহাজশিংডু ১০৭ শুই।

দিউক : ঐঙোন্দন ১৪০ হায়রকই।

সিনেটর ২ : ঐঙোন্দন ২০০, মশীংশিংসি চপ মান্নদ্রবম্ম, চাওব্রাকত্তি শোইনশনবনিন, মখোয় ময়াম্মক মান্নরিবদি তুর্কীগি লানগি

জাহাজ মপৈন সাইপ্রস তম্ন থৌজিল্লকই হায়বসিদি ওইব য়াব-
নিন কিনিঙাই ওইরি।

হিরোইন মন্নুংদ লাওরি; কনা কনা লৈবগে! কনা কনা
লৈবগে!

আফিসার ১ : ঐখোয়গি লানগি জাহাজদগি পাওপুব মী।

( হিয়োই ১ চংলকই )

দিউক : করিনো, করি থবক্তীনো?

হিরোই : তুর্কীগি জাহাজমপৈশিং রোদেস্ত তমহুনা থৌজিল্লকই।
সিগনোর এঞ্জেলোন পাওসি ঐবু হন্জংলু হায়তুন থারকপনি।

দিউক : সাইপ্রস্তগি রোদেস লোমদ ওনখ্রিবসি ময়াম্ন করি খন-
বিবগে?

সিনেটর : ঐখোয়গি মিংত উফুস চায়ব ওইরমগনি। তুর্কীশিংন্থু
পঙব নত্তে, সাইপ্রস নিংখিন ঙাক্তে হায়ব খঙই রোদেস-
কুম, কান্নবন্ন হেন্নি মখোয়দ সাইপ্রস্ন।

দিউক : চুমই, মখোয় রোদেস তম্নকওই।

আফিসার ১ : পাউ অতৈম্ন লাকই।

( পাউপুব ১ চংলকই )

পাউ : রোদেস্ত তম্নকপ জাহাজশিংন্থু অতোপ্প মপৈ অমগ পূন-
শিনখ্রে—ইকাইখুম্নরব ইভোশিং।

সিনেটর ১ : উম, ঐন নিংলম্নহুনি। অনৌবচু কয়াদি ওনি নিংই?

পাউ : ৩০ নী। ময়েক শেংন সাইপ্রস্ত তম্নকই, সিগনোর মোন্টে-
নোন মন্থু থাজবিয়ু অচুম্বনি হায়ন হন্জংলকই।

দি : শোইদ্রে তুর্কীশিংডু সাইপ্রস তম্মকপনি। মারকস লুকি-
কোসবু ভেনিস্ত লৈত্রা ?

সিনে ১ : মহাক হুজিক ফ্লোরেন্সত লৈ।

দি : থীন্দন ঐগি পাউ অম মডোন্দ থাখে।

সিনে ১ : অসিদ লাক্রে ব্রাবান্সিও, অথৌব ওথেল্লোস্থ।
(চংলকই ব্রাবান্সিও, ওথেল্লো, ইয়াগো, রোদেবিগো অমস্থং আফিসারশিং)

দিউক : অথৌব ওথেল্লো, ঐখোয়ন নংবু পন্দন শিজিন্নব তারি, খ্বায়গি য়েক্লব তুর্কীশিংগি মাইয়োক্ত।
(ব্রাবান্সিওদ) ঐদি উরুদ্রে সিগনোর ব্রাবান্সিও, নংবুস্থ ময়াম্ন খৌরাংন ডাইনরম্মি—ব্রাতানবদ নতেং লৌনব।

ব্রা : ঐস্থ ইডোশিংগি তেংবাং পামদ্রুন লাকচরি। ফরব ইডোশিং ঐবু ডাকপিয়ু; ইফমগিস্থ নত্তে, থবক অচিনব অহুনস্থ নত্তে তৃম্বদগি হৌগৎচবকইব, ময়াম্ন লাংতক্কবিরিবসিনস্থ নত্তে ঐগি পুক্কিংদ ব্লাইচিল্লিবদি ; ঐগি থোইদোকপ মু-ডাইতবদি ঈচাওগি অকনব ইচেলানি লমহেন্নব, মতুন অন্নাব অতৈবু থুমহৎতুন উহন্দব ডস্ব, মতু ময়েং তাদন হুজিকস্থ লৈরিব।

দিউক : করিনো, কৈদৌরবগে ?

ব্রা : ঐগি ইচান্নুপী ! ওঃ, ঐগি ইচান্নুপী !

দিউক + সিনেটর অতৈ : শিরব ?

ব্রা : মতুমক্কি ঐডোন্দদি ;
মাবু লৌনম্বিখ্রে, ঐডোন্দগি হুবিখ্রে, মাংথোকপিখ্রে লাইরা মন্নন,

পোৎশেম যাত্থন মাইবদগি লৈরুব; নত্রবদবু মহৌশান অত্থক অঙকপফংন লানগত্রা, করিস্থ শোইদবী, মিৎতাংদবী, জ্ঞান ৱাৎতবীন? করিমত নত্তে শেমজিনব নত্তন।

দিউক: ওইনিংব অম ওইরমসন্থু অকায়ব নিপাদো অত্থম নচা নুপীবু জ্ঞান মাংহনব, নংবুন নচা মাংহনব, ফংসন্থু তম-থীরব চৈরাক আইনগি, নশান বিচার তৌরগ থীগদব য়েং-ত্থন, য়াওরমসন্থু ইচামকস্থ মত্থদ, অত্থ মঙাইরে।

ব্রা: নোল্লুক্ল থাগৎচরি ইবুংঙোবু,
নিপাত্থ সিনি মূরসে, মাবু হুজিক ইবুংঙোন্ ষ্টেটকি থবক-কিদমক থোওইন কৌবিত্থন মসিদ লাকইবনি হায়ন তাজরি।

দি+সি: তাবদ মুংঙাইত্রেদা ৱাসিদে।

দি: (ওথেল্লোদ) হিরমসিদ নংগি শরুক করি হায়নিংঙাই লৈব?

ব্রা: করি লৈগনি, অচুম্বনি হায়ব নত্তন।

ওথে: খ্বাইদগী মতিক চাওরব, শিংলব অমদি ইকাইখুম্নরব ইঙোশিং, ঐগি পুকচেল চাওরব চাংয়েং খঙজরব, ঐবু লোইব ইপুবোইশিং-! অহল অসিগি মচামুপী ঐন চেঞ্জরুরে, অচুম্বনি, মাবু লৌজরে ননাইন। ঐগি ইরালগি মকোক অমদি মাং-জিন্দো লমদাং অসিফাওদনি, করিমত হেন্দোক্তন। ইখোন য়াকই ননাইদি, খঙজদে অখোং-ৱাহৈ-চরোং অইং-মতমগি; পাম্বোমসিন চহি তরেৎ হেক শুবদগি হুজিককাওব, হৌখিব থা মাপললোম নত্তন, শুজরকই খ্বাইদগি পামজব থবক, তাঁবুর

খমব কৌতুক ; করিমত ডাংজব ডগ্মোই চাওরব তাইবং-পানসিগি মরমদ মরী কৈনব নত্তন শা লানগি খৌনা থৌরম্নগ ; মরম অতুন হিরমসিদ থোইনা কান্নরোই ইশান ডাংজবন। অতুমকপু থৌজাল হৈরব ইংডাশিংন তাবিনিং-লবনিন, লৌজগে ময়াংদ, করিমত শেমদন মুংশি লিক্লমদো ননাইগি। মতুদগি থিবিয়ু—লাইব্রা মন্ত্রদো পোৎশেম যা-তুদো, মচান্নুপী চেল্লুবদ শিজিন্নখি ইবাল পীরিব ননাইদ।

ব্রা : কৈদৌডৈদ লমহেন্দবী মুপীমচা, মবুকচেল ইংলবী- ইকাই-খীরবী, চৎপগি লেংবদ মমাইডাংজবী, অতুগুম্বীন মাগি হৌনশাহু খৌশাদন চহিদস্থ হনব, লমজানবস্থ ওইব, ইজ্রং মাংনব, মান য়েংবদ কিরম্ব নিপাহু মুংশিরমগত্রা ! মতুগুম্বী মতিক চারবী মুপীমচান অতুক শাথীন, মহৌশাগি নিয়ম পূর্ব কায়ন লানগনি হায়বদি য়াম্ন শোইরব রাখল য়াওদব বি-চারনি ; চুম্ন খন্নব থিব তাবনি হৌনদব নোরোক্কি মহে মতুন মরম ওইতুন যৌদোক অতু থোকখিব ! মরম অতুন ঐন অমুক হায়জরিবসিনি, করিগুম্ব পোৎলম্ন, পোংশেম যাতুন শুমহৎতুন মুপীমচাহুবু মান খুতুম চনখিবনি।

দি : মতু হায়বদনদি প্রমাণ ওইত্রি, হেন্ন পাকপ, উৎপ য়াএ চাংয়েং নত্তন মশাপানউব হৈনবী, চুম্নগি ওইরম্ব য়াইদনদি কান্নদে হায়-নদোরি ময়াম।

সিনেটর ১ : অদুদি ওথেল্লো, নং হাইয়ু নত্তব পাথৈন মুপীমচাশিবু

নমদুন মুংশিহনব্রা ? নব্রগ ফজব য়াহৈন হায়জ খোংচদুন মুং-
শিনবশিংন তৌনবগুম মাবু লৌরুব্রা ?

ওথে : ইডোশিংদ খুরুমদুন হায়জরি সেজিট্টারীদ মী থারগ নুপাদুবু
কৌহনবিরু, ঐগি মরমদ মহাকপু হায়হনবিলু মপাবুং মাংদ :
মাগি জবান্দ ঐগি করিগুম্ব ইরাল থেনাবরবাদি ঐবু থাজবিরিব,
ননাই ওইন তৌজরিব ইকম লৌথোকপিবদ নত্তন ইথল্লাই মাংনব
চৈরাক ফাওব পীনবিয়্ম।

দি : দেসাদেমোনাদু কৌরকউ সিদ।

ওথে : ইয়াগে, মরামদু লুচিংবা, নাদি মকনদু নিংথিন থওই।
( ইয়াগে +থৌগনলাংগন চংথি )

মান লাণ্ডিংউসিদ, ল ইরিবাক্ত ঐন য়াজরুগদব ঈদগি পোকপ
ইবালদুমক কেদেক্তন ইডোশিংগি শিংলব নাকোংদ তাহগুগে
কমদৌন কজবী ইবেম্মদুগি মুশিব ঐন ফজরুব, অদুগ
ঐগিন মান।

দি : মদু তম্মু, ওথেম্বো।

ওথে : মপাবুংন চানবিদুন ওইন কৌবিখি মরানয়াইদ, হংবিখি হন্ন
হন্ন ঐগি পুন্সিগি ব্রাী, চবি অমদাগি চহি অম ফাওবগি থেং-
নরুব লান, ফারুব লানবন, নংলুব অরান্ডুংডাই। ঐন শিং
শিংন লীজথি অডাং ওইরিউদগি হৌদুন। থেংনখিব খুদোংথীব
কয়া ঈচাওঈপাক্ত লৌবুক্ত, শয় মফৈদ থরাই হিংহৌব লানবন
হোগাইবক্তুন, চাওথোক্লব য়েক্লবন ফারুব, মীনাই ওইন য়োল্ল-
বদগি চেন্নকপ, কোইন লম চংলুববদ কমদৌরকপ : মদুদ থেং-

নখিব লৈখুন্নুংহুৎ পাক্লব, লাকডমদ্রব লৈকংলা কয়া, মুংথোক-লোক শাথীরব, মুংগি চীংহুম, অতিয়া মকোক্ত থোংব চীংজাও ৱা। ডাংনবগি খুদোংচাবহু ফংজখি অস্নুম হায়ন ; মীজাবশিংগি মরমদ মথোয় মশেলস্নু চানব, মরেংজুম মথাদ মকোক পানব মীগি মরমদ। ৱারী অহু থৱাই য়াওন তানিংখি দেসদেমোনা ঃ অহুবু য়ুমগি কুপনোম্ন মাবু কৌথোকপিখি, থবকশিংহু ডম্মিমথৈ শৎশৎ লে।ই।শিল্লুরগ অমুক হেক্ত লাকই, অহুগ থৌরাংলব নাকোংন য়োৎশিনখি ঐগি ৱারীশিংহু ঃ মহু ঐন উজরহুন নোং-মৱি পুং অমগি তাঞ্জা ফংখি মাবু হায়জহন্নব ঐগি ৱারীশিংহু মচেৎ মচেৎ নত্তন পুম্ন তাজনব। ঐস্নু য়াজখি, তোইন শিম্মহনখি মমিংতৈ মপিস্নু ঐন নহা ওইরিডৈ ৱাথিব মতাংদ। ৱারীহু লোইবদ অৱামন পীবিখি মুংশামপী মপৈন ঃ মহাক্ত ৱাশক্তুন হায়খি অডকপ ৱারীনি, কাহেন্ন ডকপজাৎনি, পুক্লিংদ থুকপ অডকপ ফংন ঃ তাজরমদবন ফনি ৱাখ্রে হায়খি, অহুবু ঈশ্বরন মহুগুস্ব নিপা অমবু মাগি ওইন তম্বিরবদি মুংডাইনি হায়ন শো-নখি ; ঐবু মান থাগৎপিখি অহুগ তাকপিখি, ঐগি মরুপ লৈরবদি মাবু মুংশিব, মডোন্দ ঐগি ৱারীহু তম্বিরগ লীররবদি মাবু শোইদন লৌথিনি হায়ন। ইঙ্গিৎ অহুদগি ঐন হায়ব হৌজাখি ঃ মান ঐব মুংশিবিখি নংলুব থুদোংথীবশিংগি, ঐনস্নু মাবু মুংশিজখি মিম্নুংশি থুডবগি। মসিদনি ঐন শিজিন্নজখিব পোৎশেম যাহু মুপী মশাস্নু লাকচরে, চুমই চুমদে মডোন্দ হবিম্ন।

( দেসদেমোনা, ইয়াগো অমসুং লোইনবশিং লাকই )

দিউক : ঐন নিংবদি মাগি ব্রাবান্সিদি, লৌথিনিবো ঐগি ইচান্নুপীবুস্থ। ফরব ব্রাবান্সিও, মখোং চান্দ্রব থৌদোকসি শিজিন্নসি য়ারিব-মথৈ কান্নদোমাইকৈদ, মী অয়াম্ব শিজিন্নৈ অতৈকপ খুংলাইবু মখোয়গি অহাংব খুৎকি মহুৎত।

ব্রাবান্সিও : ঐন খৃকমজরি ইবুংঙোশিংদ মুপীমচাসিগি মরা অমুক্ত তাবিনব। মশান মরা লন্থ য়ারবদি তঙখাই অম থেম্ব য়াওরুবৈ, মাংব মুংপ ইধক্ত তাসন্নু, ঐন পাপ শিরাপ তৌরগ নিপাত্থুগি মধক্ত! মুরাইদ চংশিল্লকউ, হৌনবখঙবী মুজা! উরেদন নং সিদ তিল্লিব অচৌঅশাং পৃম্ব, কনাগি মরানো নংন খ্বাইদগি হেন্ন নখো ওইন ইনকম থোকই থল্লিব?

দেসদেমোনা : ঐগি পুকচেল চাওরব পাম্ভো, মফমসিদ উজবদ ঐগি ইথৌসি অনী কাংলে, অপোকপগি লম্মং. তাঞ্জরি ঐ ইপুন্সিগি ইহৈগি; ঐগি পূন্সিন অমদি ইহৈন ঐঙোন্দ তম্বী কমদোন পাম্ভোবু ইকাইখুম্নগদগে হায়ব; মচান্নুপী অমগি হৌনব অপোক-পবু নীংজনি। অত্থুগ মসিদ নৈরে ঐগি ইপুরোইব, ইমান পা-বুংদ উংখিব মখোত্থ এক্তং, মাগি মপাবুংদৈ পাবুংন হেল্লি হায়থুন, উচ্চগে ঐস্থ মীমাংদ ঐগি ইবুংঙো মূরসিদ।

ব্রা : ঈশ্বরন মতেং পীবিসন্নু নঙোন্দ! ঐগ নংগ রা লোইনরে! ইকাইখুম্নরব ইবুংঙো, চৎখবিরো লৈবাক্কি থবক, অম্সুম্ব অঙাং পোকপদৈ অয়োকপন ফরমগনি। মুরাইদ লাও, মূর: এন মাবু হুজিক্কি থম্মোই য়াওন পীরবনি, নংন করিগুম্ব হান্ন

পুতুন চেল্লমত্রবদি, নংঙোন্দ পীদনব থংম্মোই য়াওন থিংলমগদবদো। মনিমুক্তা, ঐ মুংডাইরে থব্রাইসে, ইচা অতৈ অম লৈজত্রবসে, নহাক্তক্তগি ; মবমদি নংন চেনখিবসিন ঐডোন্দ তম্বীরে মীওংনব, মথোয়গি মখোঙতু য়োংহ্লিং চন্নব। ঐ লোইজবে, চৈবক্কি ইডো।

দিউক : নংন হায়বগুম্ন ঐস্মু ব্রা খর হায়গে পাওমেন অম পীতুন, মতুন থোংথাং অম ওইন, নুংশিনখ্রবশিংন চংজবরুব নংন লোখংপিবরোমদ কোক্কব পাম্বেন তেকখ্রবদ, থোক্কনি থাজব্লমদব ফত্রবদ. থোকপ উবগন ব্রগদোযতু লোইরে। চংখ্রব হৌধ্রব লাইবক্থীবগি ব্রাবদি অনৌবমুক লায়ব থোঙ হাডবদনি। লাইবক্ক মুনখিবদ কলহৌব ডমদবতুদৈ শোকহৌবতুদি অথাং কনবন কয়েম্নব য়ম্ব। মপোং মাংথিবদ মোমোন নোকহৌরবদি হূহৌবনি হূব্রানবতুদৈ করিগুম্ব থরদি. অরেম্বদ ব্রাহৌবদি মধন্দগি মপোং তং নি।

ত্রা : অতুদি হূখ্রসন্ন সাইপ্রস তুর্কীশিংন ঐখোয়দৈ, ঐখোয়গি অমাংব লৈরোই, মোমোন নোক্লিমখে অমাংব থেংনদব মহাক্তদি পাওমেনসি তারগ করিমত তিংদন অহোংব মুংডাইবত্ত ফংগনি। পাওমেনস্ম তারব অব্রাবস্মু নংলব মহাক্তদি অব্রাবদ শিংনব লাইব্রবী অথাংলৈমদে পূব তায় পাওমেনসি অর্থ অনী লোংই, চপ মান্নন মপাঙ্গল লৈব, থাহনবদ থুমহনবদ। অতুবু ব্রাহৈ হায়বসি ব্রাহৈদনিদো, ঐ কৈদৌডৈদ তাথিদ্রি থম্মোইদ শোক-

পবু নাকোংদ চংহনব ব্রাহৈন লাইয়েংখিব। ঐ নোল্লুক হায়জরি ইডোশিংদ লৈবাক্তি থবক চংথবিনব।

দিউক : তুর্কীন মপাঙ্গল কন্না সাইপ্রস তম্মাক্লে তারে। লমতুগি মতিক্কি ওথেল্লো নংন হেন্না খঙই। মতিকচাব নিপা মফমতুদ ঐখোয়গি লৈরবস্পু, থবক্ত চন্নব মীয়ামগি পুক্কিংন পাম্বদি নাঙোন্দ শিন্নবন শোইদন হেন্নি হায়নরে। মরম অতুন নংগি অনৌব স্লুংঙাইবসি খর মমহল্লগ, চংপ তাবি হান্দব য়াদবসিদ।

ওথেল্লো : শিংলব সিনেটবশিং, মীরাকথীরব চংনবীন হৈনহনখ্রে ননাইবু লানগি য়েংতেক ফমুংবু নীংহনব মোল্লব মোম্পাক, অথনব উচেক মতুদন হ নব; লাম্মীগি অন্নাব পুন্সিদু হৈনজবমক্কি ইপোক্কি, যেংনজকনি ননাইন তুর্কীশিংন হোবকইব লান্দু। নোল্লুক নিজবি লৈমপুদ খুকউ লৈতান, লৈভম চাভম শিনবিনব নন ই তোল্লনীগি, মপামদ হৈনজরকপতুগ মতিক চপ চান।

দিউক : নংনবু পাম্নবদি মপামদ থম্ব য়াই।

ব্রা : ঐদি থম্ব ঙমজরোই।

ও : ঐস্ম থমহনজনিংদে।

দেস : ঐস্মু য়াজনিংদে, ইপামদ লৈজরোই, পম্থোগি পুক্নীং লাং-হঙ্গরোই, মিৎমাংদ খিন্দুন। থোজাল হৈরব লৈমপূ, ননাইন পামজবসি স্নানাকোংদ হাপ্পিরগ অচম্ব ব্রাহৈশিংদু স্নায়াথংন পাক্ললহনবিয়ু।

দিউক : করি পামই হাইয়ু দেসদেমোনা ?

দে : ননাইন মূরবু হুংশিজকবত্তু পূম্ন হিংমিন্নবনি মাগ। মসি ঐন লমহেন্ন চেল্লুব অত্থুগ ইপামগি ইচাক ইরল মাংলিবত্থুন হৌন তাকলি তাইবংপান্দ : ঐগি থম্মোইবু খুত্থম চনথি ইপুরোইবগি মগুণত্থুন : টজথি ওথেল্লোগি মশক্ত মবুকমমুংদ : লানঙম পজেংদ অমদি মথৌনাদ কৎচথি ঐগি থব্লাই অমসুং ইচাক ইবল। মত্থুনদি হুংশিবব ইঙোশিং, মহাক্ক লান্দ চৎখ্রগ ঐবু হুন্দোকপিবম্নবদি লেমন চাহৌনব অইংবদ, ঐন হুংশিজকবগি মবমত্থু অবেন্নদ তাবে, মহাক্ক কায়নবগি মৈচাকসু থাংহৌবনি। ননাই ঐবু মাগি মত্থুং ইলহনবিয়ু।

ওথে : ননাইন নিংজবিবসি চানবিয়ু। ঈশ্বরনদি উবিনি ঐন হায়জ-বিবসি লন্নাইগি অরাম খৌবাংব কোক্লব নচ্চদে, নহাগি মৈশাসু ননাই ঐডোন্দ হন্তববনি ; মান লানফমদ চংনিংবত্থু থুংনবগি-দনি, ঈশ্বরন ইংেশিংবু থ াহনবিবোই নিংজৈ মত্থুদি মাগ লোইনন চংলবনিন ঐসে, ইথৌদাং অক্লম্বত্থু থৌওইদব য়াই হায়ন। পুকচেল য়াংব কামদেবগি হবাওতয়াম্ন ইনসিন্দুন তলহল্লবদি ঐগি ব্লাথল শিজিংবদ, ঘৈয়থায়ব থোক্লবদি লৈ-বাক্কি ইথৌ পাংবদ, ঐগি লুত্তপসিবু থাং শাদোক্লসন্ন য়ুম য়ুমগি মবেম্মশিংন, চৈনসন্ন থীন ঐগি মিংচৎ পূম্ব লৈখাদ থাদনব।

দিউক : চংপ লৈহৌব নথোয় মশেল লেপ্নরো, লৈবাক্কি থবক লাওরি "থীনব য়াদ্রে," মত্থুগি পাওখুমদি লমজেল য়াংবদনি, নথোয় চংতব য়াদে ঙসি অহিংমক।

দেস : ঙসি অহিংমক, লৈমপু ?

দিউক : ঙসি অহিং।

ওথে : হরাও হরাও ডাকচনি সনায়াথং।

দিউক : হয়েং অয়ুক পুং ৯ দ অমুক তিনসি ঐখোয় য়ুমসিদ। ওথেল্লো, থনম্মু নংন আফিসাব অম নঙোন্দ কোম্ন পুরক্নব নংগি পৌরম থৌদা চে, অমদি মনামথুম, মিংথোল, নফমগ মতিক চপ চাব।

ওথে : চংনবিগনি লৈমপু ননাইগি ফিরাল পায়বসিবু, নিপা অমনি মহাক মবুকশেংব, থাজবিব য়াব : মাগি মখুৎত শিন্নজরম্মি ননাই ঐগি থরাইসিম্নু, মঙোন্দ থাবিরকপ য়ানি অতৈ অতৈ স্নাপুক্নীংন পান্নিব ননাই ঐঙোন্দ পীবিনিংব খিবিক।

দিউক : ফাবনে অহুদি। গুদনাইট, পূম্নমক। ( ব্রাবান্সিওদ ) পুকচেল চাওব অহম্ব, মতিক মগুণদ ন্নাৎত্রবদি ন্নুংঙাইহনব ফজবহু, নংগি নমাক নিপাসি মচুদৈ য়াম্ন হেন্ন ফজৈ।

সিনেটর ১ : বিদায় অথৌব মূব, লুন তৌবিয়ুকো দেসদেমোনাবু।

ব্রাবা : মাবু মুন্ন য়েংজোকো মূব, য়েংনব নমিৎ পান্নবদি মহাক্ন নমথাক তৌখি মপাবু, নংবুস্নু তৌরব য়াইকো।

( দিউক, সিনেটরশিং, আফিসারশিং চংখি )

ওথে : ঐগি থরাইদি মান থম্মোই চেৎপদ! নবুকশেংব ইয়াগো, ঐগি দেসদেমোনা নঙোন্দ শিন্নরম্মেদো ; নংগি ন্নুপীন শেন্নসন্নু মাবু ; খুদোংচাব য়েংলগ কোম্ন মখোয়বু পুরকউ। চৎলসি দেসদেমোনা, পুং অমত্ত ঙাইরে ঐগি ন্নুংশি ন্নুংওন, য়ুম্থাল

কৈবালগি রা ভাংনগদোব, ঐখোয়ন হিক্তোকপ য়াদে মতমগি য়াথং।

( ওথেল্লো+দেসদেমোনা চৎথি )

রোদেরিগো : ইয়াগো—

ইয়াগো : কবি হায়বগে পুকচেল চাওরব মরুপ ?

রো : ঐবু কৈনোসিংগে, নংগি মোত্তা ?

ই : করিনো, ফমুংদ চৎলো. তুম্মুবো ।

রো : ঐ হুজিকমক ঈশিংদ চোংথতুন শিরুরনি ।

ই : নংন মতুম তৌরবদি, মতুংদ ঐ নংবু সুকনুং মুংশিররোই। করিগিনে, পঙলব লৈবাকমচা!

রো : ওংনৈব থাংনব হিংব তারবসিদ, হিংখিবসি অপঙবনি ; অতুদৈ ঐখোয়ন মাইবন শিরো হায়ব ঙাইব, অশিবদন ঐখোয়গি অনাব লাইয়েংব ঙম্নদোবদ ।

ই : ওস্থোকপ তুক্কচরব রা! ঐন তাইবংপান উরকইবসি চহি তরেৎ মরী শুরে, মী অমদ কান্নব কান্নদবগি খেন্নবতু ঐ খঙই, মশাগি কান্নগদোব খঙখিব মী অমুক্ত থেংনখিদ্রি । মচৎনাইদবী মুপী অম মুংশিরুবগি ঈশিংদ চোংথতুন শিজরগে হায়দ্রিঙৈদ ঐদি মীওইব তোক্লগ য়োং ওঞ্জখিনি !

রো : করিদি তৌগনি ঐ ? ইশাগি ইরাললনি ঐ য়াজৈ, কা হেন্ন মুংশিরুব ইকাইব রানি অতুবু মুংশিররোই হায়বগি ইতিক্তু লৈত্রে ।

ই ঃ ইতিক ! মত্থ কৈস্থ লৈতব পোংনি ! মসি ওইগে মত্থ ওইগে, ঐখোয় ইশা ইশাদ লৈরবনে। ঐখোয় হকচাংশিংসে লৈকোন ডাক্তনে, মত্থদ মালি ওইরিবন ঐখোয়গি অচেংপ পুক্নীং ; তিংথংলৈবু (*) থাগে থরাকলৈ মরুবু লংগে, সনারৈ ফুক্তংলগ লৈবাকলৈবু থাজনগে, তন্দুন লৈগে কোগোক কোকচশন্থু নত্রগ হিদাক পাম্বা থাগে হাদ হাপ্রগবু হায়ববস্থু, করিনো, ঐখোয়গি অচেংপ পুক্নীংদ ব্রা লোইন লৈবনে।

পুন্সিগি ঋল পাংচংসি ইন্দ্রিন পাম্বন লুমথহনবদ, অচুমরাল ব্রাখলন খামদ্রবদি হংহৌশংগি ঈন, শাগি শাজংন হৌনদব থবক তৌকনব চিংনিগনি। অত্থবু ঐখোয়গি অচুমরাল ব্রা-খলন হংহনব ঙমই লমশাগি ঈহুল, ঈতোংগি ঈখোমরাং, য়াচল হাওব মীপাম ; নখোয়ন হায়নব নুংশাবত্থদি অপাম্বদগি শেম্ব কোলোমনে।

রো ঃ মত্থ ওইব য়ারোই।

ই ঃ নুংশিব হায়বসি ঈবু খোবংবনি, মত্থদ অচেংপ পুক্নীংন খো-দোংবদনি. লাও, নিপা অম ওইয়ু, নশাবু ঈরাক্লহনগে ! হৌদোংগ মিংতাংব তুইনাওশিংগ ইরাক্লহল্লু। ঐ নংগি মকপ্নি হায়জুন কোংদোকখ্রে, ইশান য়াই পুনখ্রে হায়ব ঐবু নতিক নরলন, থদংনব য়ারাবোইদব অকনব থৌরীন চেংন; ঐন নঙ্গোন্দ কাম্নগদবসি ভজিক্র মহেল্লান। শেঙ্গাওদ শেলদ

(*) লৈ মমিং য়াওরিবাশংস ঐন শেমদোকপান।

হাপচিল্লু, লান চৎপদ ইল্লু; ফজ্রব নশক্তু খদাং কোই অশাবন লোংলু, ঐন হায়রিবসিনি, শেঙ্গাওদ শেলদ হাপচিল্লু। দেশদেমোনান মূরবু কুইন খক মুংশিব য়ারোই, শেঙ্গাওদ শেলদ হাখ্রু, মূরনসু খক কুইরোই খংমুং মুংশিনখিবনি খংতোক তোক্লব শোইদবনি; শেলদ থোরাং তৌতুন শেঙ্গাওদ হাপ্লগ থম্মু। মূবশিংসিদি মবুকচেল ওনগনব জাৎনি, শেঙ্গাওদ শেলন চেং হপ্তুন থম্মু, মান হুজিক হাওন চাবিব হৈথুমসে, কুইবোই, হৈখা ওন্দুন খাবন তরং তবৎ চিংশিনখিদোব, দেস-দেমোনান নহাপাখংদ ওনশিল্লকনি মাবু খাবগ, মান লংন্ন খল্লুবহ্ন খঙলক্কনি মুকশোই শোইদন, মবম অতুন শেলদ শেঙ্গাওদ হাপচিন্দুন থম্মু। নশা মাংঙনিংলবসু ঈশিংদ লুপ-খিবগি মহুৎত খব নান্ন লেমন পাংখোকপ য়াবপোৎনি। নংন হেক ঙম্বমগৈ শেলদ খোমজিল্লু হায়বিবসিনি: কোইন চৎপ নাবকশাগ লোনম হৈবী ভেনিসকি চন্নুগ শরুব কাইগনরংশক, পূল্লিব তাংকি ধর্ম্মন নোংবোক্কি লাইমু ময়ান্ন তেংবাংব ঐগি পুক্নীং পাঙ্গলদগি হেন্ন কন্দ্রবদি শোইদনমক লোগনি নংন মাবু। মরম অতুন শেল খোমজিল্লু ঈশিংদ চোংখব, থাদোকখ্রো অতুগুম্ব নাতৈ চাদব রাথলদো, মতুগি মহুৎত শিখো থৌরীদ য়াক্লগ নরানগি, মু ঙাইবগি শক্নমহু ফারুবগি, মহাক ফংদন অরেম্বদ মাংখিদোশরুক।

রো: নংন হায়বদ ইল্লগে ঐ, শোইদ্রবা নংবো ঐন নীংজরিবসি থুংনব লাক্লবিব?

ইয়া ঃ ঐবু থাজৌ, চংলো শেল খিরু। ঐ নঙ্গোন্দ তোইন হায়খ্রে হায়খিগে অমুকস্থু হন্ন হন্ন, ঐ মৃরবু মুংশিদে থম্মোই শোক্ক, নংগি মবমত্তুস্থু মসিদগি হন্তব নত্তে। ইমানি পূল্লগ মঙ্গোন্দ লমন থুমসি, মবুক শেংদবী মতৈ ওইহনব ওয়বাদি নংন মাবু, নংগিন ননীং থুংলে, ঐগিন কুম্মৈ মুংডাইরে! মতমখি ঈরোন্নুংদ ডাইবি খোঁদোক কয় পোক্লকদবগি। চংলো চংলো, নংগি শেল হায়বত্তুদ খিরু। হিবম অসি হয়েং অমুক তান্নসি, বিদায়

রো ঃ অয়ুক্তি কদায়দ উন্নসি হায়ব ?

ই ঃ ঐখোয় য়ুমদ.

রো ঃ অত্তুদি ঐ মতম চান লাক্কে।

ই ঃ চংলো চংলো, কায়নরসি। তারিব্রা রোদেরিগো ?

রো ঃ করি হায়বা ?

ই ঃ ঈশিংদ ইরাক্রেকো, তারব্রা ?

রো ঃ পুক্নীং ওল্লে, ঐ চংলগ লো ইশ্বাল য়োল্লুবানি। ( চংখি )

ই ঃ মস্তুন্ন ঐন ওইহল্লি অপডববু ঐগি শেঙ্গাও ; মরমদি, অরেস্বদ মাংহনব চুমদ ঐন খডভরকপাশিংতু মতম চংন উরেম্বীগ রারী শাবদ, মুংডাইত্রবদি তোংজদ্রবদি। ঐ মৃরবু তৃক্কজে, মীন চিংনে মাগ ঐগি মুপীগ ; অচুম্বমক্না হায়বদি ঐ খডদে, মত্তুবু খিংতং চিনবসি ঐন অওইবগুম্ন খন্দুন থবক তোগনি। মান ঐবু নিংথিন থাজে, মত্তুন থুদোংচাব হেলহনগনি, ঐ নীংলিবসি মডোন্দ পাংনব হোৎনবদ। কেশিও ফজরব নিপা অমনি, থনখিগে তুজিক, মাগি মকম মুনব, ঐগি খুংশিলস্থু মহৈ য়ানব, অনীকাংব মীরৈহং—কয়াদ ফজরব! খুওগনিদো

লুহোংব নৌবম্বদৈ লিরক্লব ওথেল্লোগি মনাদ মাগি মুপীগ কেশি-ওগ হঙ্গোইনদে তাহনব। নিংথিব মশক অমেংব পুকচেল চিং-ননিংঙাইনি, মহৌশান শেম্লকপনি মহাকপু মুপীগি মবুক শেং-হন্দনব। মূবসিন মবুক ইহো হোব অচম্ব মী, পুকচেল শেংব মানব মীপুম্ববু শেংলিনি থনব, লোলাওয়ে হোইনিংব মাইকেদ পুব য়াব। ঐ ফংলে, থৌরাং অসি যোরক্লে, নোংমাক অমদি অহিংন হুজিক পোক্লিব হিংচা য়াতম্বসি ভাইবং মঙাল উহল্লগনি। ( চংখি )

—— —

## ২/১

### সাইপ্রসকি হিথাংভম অমদ,—অহাংব মফম।

### মোণ্টেনো অমসুং লৈবাকমচা ২ লাকই।

মোণ্টেনো : লমদোন অল্লাংবদগি য়েংবদবু সমুদ্রদ করি উব ফংবগে ?

লৈবাকচা ১ : করিমত উদে, মুংশিংন ফুগৎপ অচৌব ঈংক নত্তন ঈপাক্ক অতিয়াগগি কারক্ত হিথন-ফি উদে।

মো : ঐন নীংবদি মুংশিংসি ফনকপালে কংফান্দদি মাসিদগি হেন্ন কনব নোংমুংশিংন ঐথোয়গি মুমথক ফকলাংদ অমুক্তবু য়ৈবিত্রি। অসুক লাও-খোংন সমুদ্রদম্ব শিংসবাদি করম্ব উন

শাব জাহাজন ঈথক-চীংজাওশিংসিদ খাংগনি ? নোংমুংশিংসিগি পাওবু করি তারগনা ?

লৈবাকমচা ২ : তুর্কীগি জাহাজশিংতু চাইখায়খ্রে : কোঙ্গোল শৌরব তোর্ব্বানসিদ লেপ্পগ য়েংবদ উরি ঈথকশিং মুংশিংনা লংথৎপ মুংগুম লৈচীন্দ তম। কন্ন লংখৎখিব ঈথকমচেৎ মশোং ৱাংলব অমদি ঈশিং চাইশিনব উরি সপ্তর্ষি মণ্ডলগি চাক্লিব থব্রান্দ, লেংদ্রব ধ্রুবতারাগি থোংডাকশিংবু খৌরাংব ফহল্লি। মমাংদুদ অমুক্ত উখিদ্রি ঐ ঈচাওন অস্তুক শাথীবদি।

মো : তুর্কীগি জাহাজশিংতু থুপ্পব ইচপ ফংদ্রবদি, মশা কণ্ডবগি মতিক লৈতে, লুপ্লম্মনি শোইদন।

( লৈবাকমচা অহুমশুব চংলকই )

লৈবাকমচা ৩ : মুংডাইরব পাও ইচিন্নাওশিং, ঐখোয়গি লান লোইরে। অকনব নোং মুংশিংনা তুর্কীশিংদ শাথীন য়ৈরে, মখোয়গি থৌরাংতু শাথখ্রে। ভেনিসকি শৌরব জাহাজ অমন উরক্লে তেকখি কায়খিব মখোয়গি অয়াম্ব জাহাজ

মো : কমদৌনা ! অচুম্ব পাওরাও ?

লৈ-৩ : জাহাজতু থুংলরে, ভেরোনান থারকপনি ; মাইকেল কেশিও লাইহেলবা মূর ওথেল্লোগি হেক ভমথং, লেফটনেন্ট তোর্ব্বান্দ কাহৌরে। মূর মশামক সমুদ্রদ লৈহৌরি হায়, সাইপ্রস ডাক্লব য়াথং চে য়াওন থারক্লব।

মো : মত্ত তাবদ মুংডাইব ৱানি, মহাক্তি মতিকচাব গভর্ণর ওইগনি :

লৈ-৩ : হায়রিব কেশিওসি তুর্কীগি অমাংদদ মুংডাইবদি উৎলগ,

মথৱাইদি ৱাবৌই, মূরগি য়াইফনব লাইশোহল্লোই, কায়নরকপ মাল্লি মখোয়সি তমথীরব নোংম্নুংশিংতগি।

মো : তাইবং মপূদ খুৰুমসি মহাক শোইখিদনব ; মখাদ থবক তৌবক্লবনি ঐ, মাবু খঙই কয়াদ মতিকচান মহাক্ল লান্দ লুচিংখিব। সমদ মপান্দ চংসি চংলু, ঐখোয়খোয়! থুংলরে হায়বিব হিত্নস্নু য়েংনব, অথৌব মূরবু উনব মিংস্নু হুন্দোক্লব ঈচাও ঈপাক্ক অশংব অতিয়াগ শন্নভম তান্ন।

লৈ-৩ : চংসি অত্নন ফব তায় ; মিকুপ খুদিংগি অনৌব থুংলব য়াই।

( চংলকই কেশিও )

কেশিও : থাগৎচরি, লাইল্লেবব ঈথৎসিগি অথৌবশিংবু, মূরবু লুননীংবি হায়বস্নু খঙজে! নোংথক্ল ডাকপিসন্নু মহাকপু নোংম্নুংশিংতগি, ঐগ মাগ কায়নবখিবনি খুদোংথীবব ঈপাক্ত।

মো : মহাকপূ অফব হিদ তোংগিব্রাও ?

কে : অকনব উন শাব হিনি মহাক্কিত্ন, হিনাও শাবত্নস্নু য়াম্ন হৈ থঙনব নিপানি ; মরম অত্নন ঐন থাজবদি মহাক শোকপল্লোই, চিংননীংডাই থোইন লৈতে শোইখিনি হায়বগি।

( মন্নুংদ লাওই ; হিগন-ফি ১! হি-থন ফি ১! লৈবাকমচা ৪শুব চংলকই )

কেশিও : করিগিনে নিন্নরিবা ?

লৈ-৪ : সহরদ মী অমত্ত লৈহৌদ্রে, মী মখল পূয়মক্কি লৈহৌরে সমুদ্র তোর্ববান্দ ; মখোয়ন লাওবনি "হি-থন ফি ১।

কে : ঐন নীংবদি মহাক গভর্ণর ওইরমগনি ।
( নোংমৈ অচৌব কাপ্প তায় )

লৈ-২ : ইকাইখুন্নব উৎপ নোংমৈনি, ঐখোয়গি মকপ্তি শোইদ্রে ।

কে : অমুক্ত চংপিযু, থুংলবিবতু কনানো হায়ব অশেংব অমত্ত তাকপিবো ।

লৈ-২ : চংচরে ঐ ।                                                    ( চংখি )

মো : ডাইখে', করব লেফটানেন্ট নখোয়গি জেনেবেলতুবু মুপী থিরব্র'ও ?

কে : মরাইবক ওস্থোক্ক ফাখ্রে : হায়নিংডাই লৈতন ফজবী লৈশাবী মমিংসু চংলবী অম হন্দক্ত লোখ্রে ; মহোশান ফজন শেম্লক্লব মওংনি, শৈবেংবন থাবদ য়ৌবাবেইদবী ।

( লৈব'কমচা ২শুব লাকই )

কমদৌরে ? কনা থুংলরে ?

লৈ-২ : ইয়াগো হায়ব অম, জেনেবেলতুগি ফিরান পায়ব ।

কে : অশোক অপন য়াওদন থুন থুংলরেদা : নোংমুংশিং মশামক, অন্নংব ঈথক, অডংব মুংশিং, মরু কোক্লব চীংতুম, মুংচংলব লৈডেই করিসু খংদব জাহংজবু নমথাক তৌবশিংতু ফজববুদি ইকাইথুম্ন মানে, মাংহ ১ কহন্নি হায়ব কাওতুন লাইনিংডাল মানবী দেসদেমোনাবুদি শোকহন্দন থাবিরক্লবোইরে ।

মো : কনানো মাতুবো ?

কে : ঐন হায়জখিবদো ঐখোয়গি চাওরব কেপ্তেনগি কেপ্তেন, লোই-নরক্লব থনম্ব অখৌব ইয়াগোগ, থাজব মতমদগি চয়োল অম

ঙম্ন থুংলবদো। লাইনিংথৌ ইবুংঙো, শেমবিয়ু ওথেল্লোবু, নংগি কল্লব মুংশাম্বরন হোনবিদুন য়োইনবিরকউ ঈচপাসিদ মাগি ৱাংলব জাহাজদু, ফুইন হোঞ্জরসমু নংশি মুংশা দেসদেমোনাগি পাম্বোম্নক্ত অনৌব থৌনা হাপ্পিয়ু ৱ ৱব পুক্লীংদ ঐথোয়গি সাই-প্রস পুম্বগি পুক্লীং লুমহনবিয়ু, ইবুংঙো !

( লাক্কই দেসদেমোনা, ইমিলিয়া, ইয়াগো, রোদেরিগো অমম্ুং লোইনবশিং )

অদো, য়েংউ, জাহাজগ লনথুম মপুম ওইন কারক্লে কংফাম্দ সাইপ্রসকি মীয়াম পুম্নমক থূকউ লৈতাবিয়ু মমাংদ তরাম্ন ওক-চরি ইবেম্মবু, লাইরৈবাক্কি থৌজাল হৈথবিরকসনু নমাংদ, নতুংদ, মাইকৈ পুম্বদ।

দেসদেমোনা : নংবু থাগৎচরি, অথৌব কেশিও। করি পাও পীবিব ঙম্বগে ঐগি ইবুংঙোগি ?

কে : মহাক হুজিকক্তা ওব থুংলদ্রি : অতৈদি খঙজদে, অদুবু করিসু তৌরম্মোই, থীন্দন থুংলরনি।

দেস : ওহ, ঐনদি মুংশা থীরিব করম হায়ন কায়নবিরকপগে ?

কে : অতিয়াগ সমুদ্রগন কাংথোং চায়বদুদ কায়নখ্রিবনি—অদুবু, তাবিয়ু !—হিখন ফি ১ !

( মনুংদ "হি-খন-ফি ১, হি-খন-ফি ১ !" নোংমৈ অচৌব মখোলসু তায় )

লৈ-২ : মখোয়ন ইকাইখুম্নব উৎলি তোর্ব্বানগি লানবন্দ ; হন্দক্কি-সিম্ন মক্লপ্পি।

ইমি ঃ নংবু ইবমচং লীবিযু হাযত্তুন নেকচদে।

ইয়া ঃ উম, নেক্কন্নু, খুঙ্গংপ যাবোই।

দে ঃ ঐগি ইচং লীব তাববদি নং কবি ইনি ?

ইয়া ঃ নীংশিবী ইবেম্মা, ঐবু থবক্তুগি নেকপিন্নু, মীগি মবাল যিগংপ নত্তুন ঐডেন্দ কবিমত যাওজদে।

দেস ঃ লীযু তসি ঐগি ইচং, হেংনৌনে। হিযা ভমদ কনানো অম যেংব চংখ্রব নত্র ?

ইয়া ঃ চংখ্রে ইবেম্মা।

দেস ঃ ঐ থরক্তই কয নুংচাইবগ, নুংডাইত্তবসি কাওনব নুংডাইসন্নব তায়। হয়রে, নং কবন্ন ঐবু থাগংকানি।

ইয়া ঃ ঐ নারজবি, অত্তুবু অনৌব হৌদব্বব পাঙ্গলসি ইকোক্তগি থোবকপদ শামত্তু অপোবদগি চনঙ্গী চিংথোকপগুমই, থোপ-সি মপি শিন্থে, অবেমথে যেনক্কে তৌই। অত্তুবু খুংশেম লাই-বেম্বী ঐগি নক্কে থ শুবমানে, স্নুম হাবন পোক্লেসে

নুপাত্তুন ফজবগ শিংস্নু শিংলবদি, ফজবগ অশিংবগ, অহান-বসিন শিজিন্নবব পেংনি, মত্তুবু অমত্তুন শিজিন্নে !

দেস ঃ ইস, ফজন থাগংলেদ ! ( কাবম্নব ) নুপাত্তুন মশক মুবগ শিং-লবদি কমদোবা ?

ইয়া ঃ নুপীত্তুন মচু মুবগ লৌশিং শিংলবদি অডোব নিপাদ লৈথিনি অমুবত্তুগ পরুব।

দেস ঃ স্নুম স্নুম থাদরক্লবা।

ইমি ঃ ফজনগ পডলবদি কমদোবা ?

ইয়া : অপঙব অঙাংদ থোম ইন্নব অমস্তং যুম্বানবগি চাগা চাদিং শূনব।

দেস : ওহ, মথোড তেক্ন মপাঙ্গন শোন্ন লোইশিল্লেদো। ইমিলিয়া, মঙোন্দগি কবিমত তম্মুন্নু হায, নপূযে ইব ওইববস্নু। কবি হাযবগে কেশিও? মান ঙাংইবত্নু চোংলচাব্রাও. অচপ অংবম খাযব্রাও?

কে : ইবেম্মা, মহাক চুমদ্রিংন থাক্কুন হেক্ক হাযখ্রে। মান শাবিব অশিংব মীসিদৈ হেন্ন ফন থেংনবিনি লাম্মী অম ওইন।

( মখুৎ পায়নৈ )

ইয়া : ( মথন্দ ) মহাক্ক খুবাক্ক পাযবিবসে : কৈনে তৌনে, মনাকোংদ লোন্নস্ন ঙাংই ; অত্নুম্ব মিবাং মচান কেশিওমুক চাওব হয়িং ফাদোবিবনি। উম, মোমোন নোকশিল্লু মঙোন্দ ; নংগি হৌ-নমখঙদুন খুবৌ চন্দাবিবনি। নংন হাযবিবত্ন চুমই, মত্নু অওই-বমক্কি ; নতাং অত্নুন নফম তাগল্লবদি, তোইন চুপ্পিব নখুংত্নু চুপ্পমমোইদবনি খনগনিকো অমুকস্ন চুপ্পাবত্রা--য়াম্ন নৈ, নিংথিন চুপ্পে! ফজখ্রব বাহাবনি! মত্নুমক্কি! অমুক্ক খুংশাত্নু নচিনবন্দ! অনাব লৌনব উতোং ওইবম্বন হেন্ন ফনিদো!

( ট্রমপেট থোংব তায )

( ফোন ) মূরনি! ঐ থঙই মাগি ট্রমপেট মথোল।

কে : মানি, অচুম্বনি।

দেস : মাবু ওকউসি অত্নুদি।

কে : য়েংউ, মহাক লেংলক্লে। ( লাকই ওথেল্লো অমস্তং ইন্নবশিং )

ওথেল্লো : ওহ, ঐগি নিংথিববী লাম্মী।

দেস : চান্নরব ওথেল্লো।

ওথে : ওস্থোক্ল ভক্লে, মত্নগ মান্ননসু মুংডাইরে নংবু সিদ উবসিদি ঐডোন্দগি হান্ন থুংলমন্নন। ওহ, ঐগি থব্রাইসি ওস্থোক্ল মুং-ডাইবে! নোংমুংশিং খুদিংগি মতূংদ, অসুম্নবু ইংলনি হায়রবদি, শিংসন্ন ভংন্নন অকনব মুংশিং, অশিববু হৌদোকপ ভন্নব! লান্নংলব হি অত্ত কাকসন্ন ইচা ওচীং, ওলিম্পসংক ব্রাংন, লুপ-থসন্ন অমুক ঈখাদ, নোবোক্ল স্বর্গদগি নেম্বগুম! হুজিক শিরো তন্নম্মবসু ঐ ওস্থোক্ল মুংডাইজবনি, থব্রাইন সুক মুংডাইবসিদি অমুক তমলনি থাজদে মফম খংদব ইবাইবক্ত চপ্পবিব পুন্সিসিগি।

দেস : তাইবং মপুন ফত্তবত্থ থিংবিসন্ন, ঐখোয়গি মুংশিনব অমসুং য়াইফবরন হেঙ্গংহনবিসন্নু ঐখোয়গি চহিন য়ামথংপগ লোইনন।

ওথে : মন্নম্ন থোকহনবিসন্ন থৌজালহৈব নোংদম্বন! ঐ মপুং ফান ফোংদোকপ ভমদ্রে মুংডাইবসি, সুর ইদগি হেনব ভমদ্রে ( মথবাক্ত মখুং থম্মগ ) কা হেন্ন মুংডাইবনি :

( হন্ন হন্ন চুপ্লগ, নন্ত্রগ দেসদেমোনাগি মখুংত্ত মথবাক্ত থম্নগ নন্ত্রগ লাপ্প চুপ্লগ )

মসিনি—মসিনি, লিংজেল মান্নদব খোরকফম কবিগুন ঐখোয়গি থম্মোইন য়েংনরব তারবসু!

ইয়াগো : ( মথন্দ ) ওহ, হুজিক্তি নখোয়নী সুবত্থ চানবিদা! অত্তবু পুংজেদো লৈথোক্লনি ঐন কায়নব, পুকচেল শেংবনিন হায়ব ঐদি।

ওথে : লাকও চংসি লানবন্দ। পাউ জাবিম্নু, মকপ পূম্নমক ; ঐথোয়গি লান লোইরে, তুর্কীশিংম্ভু ঈশিংদ লুপখ্রে। করম করম্ন পানবিরম্বিবগে ঈথৎসিগি মকপাশা ? চাক্লবী, নংবুদি সাইপ্রস অসিদ লুন তৌনরনি ; সুরাইগি মীশিংনে য়াম্ন মুংশিন তৌবিরম্মি। মফম মরাং থুভদন পংডাংদ ডাংলে ঐ, মুংশিরবী, মুংডাইমনখ্রুন ঐ পডশিল্লে। ঐন হায়জরি, ফরব ইয়াগো, অমুক্ত চৎপিম্ন ঈচগু অতুগ পোৎচৈ উপূ মুংবু থাংদোকপিরকউ। অতুগ কেপ্তেনহুবুম্নু পুরকউ লানবন্দ। মহাক অফব মীনি, ইকাইখুম্নগদব মগুণ লৈ। লাকও দেসদেমোনা, সাইপ্রস্ত উম্ন-বসিদি মুংডাইখ্রে।

( চৎখি ওথেল্লো, দেসদেমোনা, লোইনবশিংগ )

ইয়া : থীজ্জন ইমানি উম্নসি হিথাংভমদ। সুরাইদ চংশিল্লকউ। নথৌনা লৈরবদি মহাক, মীন হায়নবদি, মরিল লৈতব মীম্নু মুংবু মুং-শিরবদি মহৌশা পাল্লমদব মরিল পাল্লকই হায়নৈ, মুম্ন তাও। ডসি অহিংদি লেফটনেণ্ট্, কোর্ট গার্দ য়াওগনি :—অহানবদ মসি ন্নঙ্গোন্দ হায়ব তায় : দেসদেমোনা মহাক মুংশিনব শোইদ্রে।

রোদে : মহাক ! করিগি, ওইথোক্তব য়ানি।

ইয়া : নখুং খুদোন্দু অম্নুম হায়ন থম্মু, ( মচিনবান্দ ) নবুক্লীংম্ভু শিং-গৎহল্লু। রেংউ, কয়া কম্ন মান মুংশিখ্রবনো অহানবদ মূরবু, নাপল্ল তৌতুন-ডাংবগিদমক অমসুং অভকপ মীনম্ব বা মঙোন্দ লীবগিদমক : ডাইখো, ওইদ্রব বা ডাংবগিদমক মুপীসিন মাবু অম্নুম মুংশিখিদ্রাও ? অচুম্ব উশিনব ডম্ব নপুক্লীংম্ভুন মহৃম থম্মুম্ভু।

মুপীত্থুগি মমিৎত্তু মবুক থলহন্দব য়াদবনে ; লাইমু মানবত্থু উরগ মান মুংঙাইদোরিবু কবিনো ? মৌরিতৈদ শাগৎলম্ব ঈত্থুন থর ইংথবক্লগ ; মৈবীত্থু চুপ্থৎনব, থল্লবত্থু অমুক নৌন লাম্মক্লব য়েং-বদ ফজব, চ.ই মান্নব, হৌনব খঙব, পুক্নীংত্থব শক চংই ; পুম্ন-মকাসিদ মূবত্থু ইন্নাং ন্নাৎপনিদো ; অপাম্ব ফিভমশিংত্থু ফংত্র-বনিন মাগি থোংপ নৌব মহৌশাত্থুবু নমথাক তৌবিরে হায়ব খঙলক্কনি, তম্থবকক্কনি, চাকমৌবক্কনি অমস্যুং মূবত্থুবু তুক্কচরক্কনি; মাগি মহৌশান মত্থ মঙোন্দ তাক্লক্কনি, অত্থুগ অনীশুব অপাম্ব অম থলহল্লক্কনি। ত্থুজ্রিক, ইবুংঙো, মসি য়ানবব ন্নানি, নত্তে মশান তাজবব অচুপ্ব ন্নানিন হায়ব—লাইথক ফদৌরিব নিপাসি কেশিওদগি হেনবদি কনা নৈ ? মবুকচেল লেপ্তুব মীফৎত অম, মপান্দ মতাং তৌশিন্নত্থুন হৌনব খঙব লৈবাকমচা মালহনব-দগি হেন্ন অফ ফত্তগি ন্নাখল লৈতব, মবুকচেল য়াংব, অরোনব অপাম্বত্থু থিংনব মরৈ পান্দব ? করিনো, লৈতবমে কনামতা : নাম্থোক্কনব অমস্যুং মরৌ হৈব মীন্নুথাঙ ; খুদোংচাব থিব কনব, থেংনত্রগ শাব ঙম্ব ; তমথীবব শিগৈজন ! মত্থুগি মথক্ক, মীকত্তু মশক ফজৈ, নহা ওইরি অমস্যুং পওলিব অত্থুগ শংলব পুক্নীংন থোইদাবশিংত্থু মঙোন্দ য়াওরি : মত্থুপুব লৌথৎনিংঙাই লৈতব শিগৈজন ; অত্থুগ মুপীত্থুনস্যু থেংনখ্রবনে মান পাম্ব য়াব নিপা অমনি হায়ব।

য়ো : মান অত্থুম তৌনি হায়ব থাজদে, মবুক শেংন লমচৎ ফজন উই।

ইয়া : শেংন মীয়োলহৌত্তব ! মান থক্পম য়ুত্থুম অজুমন শাবনে ; মাগি

মবুক্তু অশেংব ওইববদি মহাক কৈদৌউদ মূরবু মুংশিরম্মোই। শেংলব সঙ্গোম ক্ষীব! মহাক্ক মুপাহুগি খুবাক্কু পারহুন শান্নবহু নং উহৌত্রাও? মহু নং নিংখিন উংহৌত্রাও?

রো : হোয়, উবুদি উহৌই; মহুদি চুম্নগি চংনরোলনি।

ইয়া : মখুংলেংব নত্রাও! খুংসিন সাক্ষী; মবুকচেল ব্রারকপ ঙমদব অমস্তুং অমাংব ব্রাথলগি খুত্তম লোম্ন থিঙ্গংলকপনে। মচিন মচিন্দু কয়া নক্কৈ, মুংশাস্মর হোন্দোক্করকপহু লেঙ্গোম্নথি। অমাংব ব্রাথল ঙাক্কুনি, রোদেরিগো! অহুম্ন হঙ্গোইনরক্কবন লম্বী চিংহুন থীন্দন থুংলবনি থবক্ত, মমৈদ অমত্ত ওইরবঃ অচ্চা! য়েংওই, ঐন শিনব য়াও ইবুংঙো : নংবু ঐন ভেনিস্তগি পুরকপনি। ঙসি অহি দি সম্রী ওইব য়াও; ঐন নঙ্গোন্দ শিন্নগদবদি অসিনি—কেশিওন নংবু শক থঙদে, ঐ নংঙোন্দগি লাপ্ন লৈরোই : কেশিওবু শাওহন্নব পাম্বে অম থিয়্, হোন ঙাংহুনবু ওইবে নত্রগ মান ঙাকলিব থকসি খাসিহু কায়হন্দনবু ওইরে; নত্রগ অতোপ্প পাম্বে অতৈ, মতম্ন খুদোং চাব পীরকপ।

রো : ফৈনে।

ইয়া : য়েংওই ইবুংঙো, মহাক্তি মচিং ফত্তবনি, খিংতদ শাওগনবনি, মতাচাত্রবদি বোপ থাবকপ য়াই : শাওহন্নু, য়েনব হোরক্কব; কৈস্ম লৈতবহুদগি ঐন সাইপ্রসকি মীয়াম্ব মথক্ত লাহ্নোইহনগে; মখোয়গি পুকচেল্লহু শাওক্কবদগি ইংথহন্নোই মলোম লৈহন্দন, কেশিওবু থবক হেক তোকহন্ত্রিমখৈ। মহুগি মধা ঐন চংথরকপদদি নংন নীংব থুংগদব লমহু লাপ্নগোই; লম্বীদ পল

ওইবিব কেশিওবু খুদোংচান লৌখোকপ্রবদি—মহাক্সবু লৈরি-
মখৈদি আশা লৈতে।

রো : ঐ শোইদন তৌবগে---খুদোং হেক চাবগ।

ইয়া : খুদোং কবিগি চাবোই। ঐগ থীন্দন অমুক উন্নসি লানবন্দ ;
মাগি মপোং মচৈহু লৌরুখিব তাবি। বিদায়।

রো : বিদায়।

ইযা : কেশিও তুন মাবু নুংশি, ঐ মতু নিংথিন থাজৈ ; মুপীতুন মাবু
নুংশি হাযবদি, মহৌশানি থাজনব লাই : মূবতু ঐনদি ফন
নুংশিজদ্রবস্থ, মবুক লেপ্প নুংশিব যাব মীওং অমনি ; অতুগ ঐন
থাজি মহাক লেসদেমোনান নুংশিব য়াব মপুবোইব অম ওই-
গনি। হুজিক, ঐ নুপীহুবুস্থ নুংশি, মাবু চোপ্প পাম্বগি ব্রা নত্তে,
ইবাস অতু মীন ঐডোন্দ পীনব য়াববস্থ ; মচেৎ ওইনদি ঐ লম্মন
খুম্ব পাস্মি, মবুক ব্রারক্তব মূরবু চিংনৈ, ঐগি ইফম মুনপ্রবা
হায়তুন, ব্রাখল অসিন হূ মচংগুম্ন এগি থম্মোইসি চাথংলে ;
কবিমতন পেলহল্লোই ঐগি থব্রাইবু, ঐবু মাগ মান্নহন্ত্রি ফাওব,
মুপীগি মহুং নুপা ; মতুমক ডমদ্রগস্থ মূরবু মুপী থাজহন্দব অম্মুক্কি
মতিক মতুদি ব্রাখলন লাইয়েংব ডম্মোইদব। মতু পাংখোরুব-
গিদমক ঐন থাম্মিব মীবেম ভেনিস্তগি, পরপ পরপ শা ফানিং-
ইবসিন, মতিক চারবদি পীখিব থৌদাহু পাংলকপদ ঐন চপকনি
মাইকেল কেশিওবু নিংজোন্দ, থীরব ব্রাহৈন থাদনি মাবু মূবগি
মমাংদ ; মরমদি, ঐ কেশিওবুস্থ চিংনৈ, হজোইনদে ঐ, হুপীগ :

মুরদ থাগৎহনগনি, ঐবুন, মুংশিহন্নি মনা পীহন্নি, মাবু মপা লৈতন পডলব লোলা ওইহনবগি, ইংন মুংডাইন লৈজরম্বদগি ডাওহনবগিদমক। পূম্নমকসি সিদ ( মকোক্ত ) লৈরে, থরদি চনৈনরি: মীরৈহংকি অশেংব মশক্তি থবক পাডত্রিডৈদ উরোই। ( চৎখি )

---

## ২/২

### লমজাও অম।

লাকই পাও-রাওব অমন চে পুত্থুন; মীয়াম্ন ইন্নরকই।

পাও-রাওব: মসি ওথেল্লোন চানবিবনি, ঐখোয়গি পুকচেল চাওরব অথৌব জেনেরেলন, মত্থুদি হুজিক থুংলব পাওদগি, তুর্কীগি জাহাজ মপৈত্থু কায়খ্রবন, মী থুদিংমক হরাওবিরো; থরন জগোই শাবিরো, মুংডাই মৈজাও থাগৎপিরো, মী খুদিংমক মান মান পাম্ব মশান্ন নত্রগ কুম্মৈদ লুপ্নিরো: মরমদি, মুংডাইরব পাওসিগি মথক্ত, যৌদোক অসি মাগি লুহোংকুম্মৈস্নু ওইরনি। মসিস্নু মাগি চানবি পাওজেলনি: থক্ল-চান শং পূম্ব হাংগনি, চানিং-থক্লিংব ননীং তম্ব য়ানি, হুজিক তারিব পুং ৫ সিদগি হোরেল ১১ খিংবফাওব। নোংদোম্ন য়াইফহনবিসন্নু সাইপ্রসকি ঈথৎপু অমসুং ঐখোয়গি পুকচেল চাওরব ওথেল্লোবু। ( চৎখিব )

---

## ২।৩

### লানবনগী শংশাং অমদ।

চংলকই ওথেল্লো, দেসদেমোনা, কেশিও অমস্তং লোইনবশিং।

ওথেল্লো : ফবব মাইকেল, নংন ভাকশেনবত্ত য়েংশিনব তায় ঙসি অহিংদি : ঐথোয়ন ইশাবু তম্বিজগদবনি লৈবাকমচাতান লেপকম, মোঙথাংত্ত শান্নবোইদবনি অশিংবগি চাংদগি।

কেশিও : ইয়াগোদ শিন্নজখ্র তৌগদবত্থু অত্থুমকপু ইমিংমক্ক য়েংশিনজগনি ঐস্থু।

ও : ইয়াগোদি মবুকশেংবনি য়াম্ন। মাইকেল, গুদনাইট : হয়েংদি নংন ভম্মিমখৈ ভন্ন ইমানী ব্লারী শাব তায় লাকলো (দেসদেমোনাদ) ঐগী চান্নবী, লৈব লোইরে, মহৈত্থু চারগদবনি; শেন্দোংত্থু লক্লগদবনি ইমানীদ ঐগ নংগদ। গুদ নাইট।

( ওথেল্লো, দেসদেমোনা, লোইনবশিং চংখি )

( চংলকই ইয়াগো )

কেশিও : লাকপ ফরে ইয়াগো, ডাকশেনবদ চংপ তারি।

ইয়াগো : পু ভমসিদ নত্তে, লেফটেনেণ্ট; হুজিক্কি পুং ১০ ফাওব তাদ্রি। ঐখোয়গি জেনেরেলন স্থুক ভম্ন থাদোকপিরকপদি মাগি দেসদেমোনাবু মুংশিবগিনি; মাত্থু ঐখোয়ন মরাল পীদোববুদি নত্তে।

কে : মাসি ফজথ্রবী লৈম অমনি।

ইয়া : অঙকপ মিংনি মাগিদো ! লাম্মী-য়াথং ওইন মুংশিরকউ হায়-
বগুম তায় ঐদি ।

কেশি : বার্ত্তোন তৌব মিংতানি ; অদুবু ঐদি য়াম্ন ইকাইথী-দ উই ।

ইয়া : অদুগ মান য়া ভাংবদু, মুংশিরকউ হায়ন কৌবগুম্ব নত্রা ?

কে : মহাকসি হিবম খুদিংদ মপুংফাবীনি ।

( তাবদ ইয়াগো মুংঙাইতে )

ইয়া : মুংঙাইন তুমসন্নু । লাও লেফটনেণ্ট, য়ু লিক্লী অম য়াওরি,
অদুগ অসিদ সাইপ্রসকি লৈবাকমচা অনীথক লৈরে থকমিন্নসি
হায়দুন হয়াওন মীমু ওথেল্লোগি মশা ফনব ।

কে : ঙসি অহিংদি ঙম্মোই, ফরব ইয়াগো : ঐগি কোকসি মতা
অমনি ফংখিত্রে, য়ু য়াম্ন থকপ য়াদে : হবাও তয়ামগি চৎন-
বীদ মসি নত্তব অম পুথোক্লম্মবদি মুংঙাইরমনিদ হায়ন থল্লি ।

ইয়া : ওহ, ঐথোয়গি মরুপ ভাক্তনি ; কপ অমথক্তংদি ; অতৈদি ঐ
থক্কে নহুৎ শিন্দুন ।

কে : ঙসি অহিং ঐন থকখিব কপ অমত্তনি, মহুক্সু হৈজ শিংজদুন
ঈশিং মতিকচান য়াগ্লহোরবনি ; অদুবু য়েংউ মাইদ ভাংইবদু :
থকপ ঙমদবসে ঐগি লাইবক থীবান, হৈনদবসিদ অমুক য়াহ-
ন্নিংত্রবনে হাপ্তিন্দুন ।

ইয়া : কল্লি য়ানোনে নিপা ! হয়াওগদব অহিংনে : মতমগি লৈবাক
মচাশিংদুন থকমিন্ননীংঙে ।

কে : কদায় লৈ মথোয়দো ?

ইয়া : থোঙজিন্দ লৈনে ; অমুক্ত কৌশিনবিয়ু হায়রিবনে ।

কে : কৌবুদি কৌশিনগে, পামদি পামদব জাংনি।  (চংখি)

ইয়া : কপ অমত্তংগ হৈজিনখিব ওয়বদি ঐন.মান হায় থকখ্রবত্থিগি মথক্ত ওসি অহিং, য়ৈনিংব খংননিংবন থল্লনি মহাক ঐথোয় নহামচা ঈবেম্মগি হইত্থুগুম। হুজিক মুংশিবন নারব ঐগি পওসব য়োদেবিগো, মথক মখা ওল্লবদো মুংশি মশুংলাংগিদমক, থকখ্রে দেসদেমোনাগি মিংদ গেলোন মখা‌ জিত্থন, মিংশেন খাংব য়াওদোবি মহাকস্থ ওসি অহিং : সাইপ্রসকি পাথং অত্থমস্থ চাওজনীংখ্রব ওাক্ত ইজং মাংদনব চেকশিন্ন শেন্নখ্রব কাংবু, লান হৈনব ঈখৎসিগি মত্তিক চাখ্রব মীত্থৎশিং, পীথকখ্রে মখোয়বুস্থ পাথোক্ল, ওাকপ য়াওদোরি। য়ুওাওব কাংবুসিগি মরক্ত কেশিওবু তৌহনগনি থবক মত্থন ঈথৎ পূন্নমকসিবু শাও-হনব য়াব  মথোয় লাক্লমানে—: থবক্ত থোক্লক্লবদি ঐন নীংলিবসিগি মতুং ইন্ন ঐগি হিসি তাওথখিনি ঈচেন্দ মুংশিংক ঈরোইনন

( অমুক চংলকই কেশিও, লোইনবকই মোণ্টেনো অমস্থং লৈবাক মচাশিং ; মীনাইশিংন য়ু পুরকই )

কে : ঈশ্বরন থওনি, হায় পীথক্লবনি চোনবমখৈ মথোয়ন।

মো : কদায়দগিনো খিংত্তনি, পাইন্ট অমদগি হেন্দে, ঐন লান্মী অম ওইবগুম।

ইয়া : য়ু থরগ পুরকখে. কনা লৈবগে হায় ?

( শকই )  হৈগেনে ঐ হন্ন হন্ন,

কপ কপ্ত, ক্রেক ক্রেক,

লান্মীস্থ মী নিদো,

পুন্সিসু তেল্লীদো ;
করিগি তুদি থকসমু লাম্মীসু ।
য়ু খবগ পুরকখো, বোইজ !

কে : ঈশ্বরন সাক্ষী, ফজরব ইশৈনি ।

ইয়া : ঐ মসি ইংলণ্ডগি তম্মকপনি, মফমতুদদি থকপগি থৌনাদ মপা লৈতে : দেইনজ, জর্ম্মাণ্ড. পুকচাওব হোলেন্দরস—য়ু খবগ পুবকখো—মতিক লৈতে, লাম্বা ভম্পোং নত্তে ইংলিসক ।

কে : নংগি ইংলিসমেন্দুবু য়ু থকপ য়াম্ন হৈব্রাও ?

ইয়া : অওইবমক, নংগি দেইন্দুন ভাওতুন লোইবব মতমদ মাদি হাও-ন থকখিনি ; জর্ম্মানবু মাইথীব পীনব হুমাং কাংবিপোৎ নত্তে, হোল্লান্দরন হন্দোকপ হৌববদ মাদি মথংগি গ্লাসতু ইংন অমুক থলহল্লি ।

কে : মশা ফগৎসমু ঐখোয়গি জেনবেল ।

মো : ঐসু য়াওহৌগে লেফটনেন্ট, ঐসু নতুং ইনব ডমগনি ।

ইয়া : ওহ, নুংশিরব ইংলণ্ড ! ( শকই )

নিংথৌ ষ্টিফেন মতিক চাব অচৌবনি, মাগি খোংগ্রাওহু ক্রাউন অমত্ত চংবনি ; অতুবু থনখি মান পেনি তরুক হেপ্পিনখ্রে, মহুগি-দমক চৈথি মান মীমচানি দর্জ্জিন, মাদি অচৌব নিপানি মমিং চৎলবা, নংদি মী মচানি অনেম্ব থাক্কি : নাপন্ননি চিংথব লৈখাদ লৈবাক অমবু, অতুনদি লিংৎলু অতুম অমনব ফুরিং অহু । য়ু থরগ পূরকখো হায় !

কে : হায়, হন্দক্কিসিন ফজব হেল্লি অমহুদৈ ।

ইয়া : মসি অমুক্ক তাথিগেরাও ?

কে : তারোই, মরমদি অতুগুম্ব তৌব নিপাতু, ঐন লৌই, মফমতুগ মতিক চাদবনি হায়ন। অতুবু, ঈশ্বরন পূম্নমক্কি মথক্ত লৈ, কনবিগদব থল্লাইস্নু লৈ, কনবিরেইদব থল্লাইস্নু লৈ।

ইয়া : চুমই, ফরব লেফটনেণ্ট।

কে : ঐগি লন্নাই ল্লাদি, জেনেবেলতুবু উশিত্তবগি ল্লাস্নু নত্তে, অল্লাংব থাক্কি মী কনাবুস্নু নত্তে—ঐ ইশাবু কনবিব পামই।

ইয়া : মানি ঐস্নু অতুম্ন পামই লেফটনেণ্ট।

কে : মানি, অতুবু, শাওদি শাওন্নুকো, নংবু কনবিবদি য়ারোই ঐঙান্দগি হান্ন। লেফটনেণ্টপু কনবিগদবনি ফিবান পায়বদগি হান্ন—মহৌশাগি মথং মনাওতু ইন্দুন। মসি ওক্লে, ঐখোয়গি ইথৌদ খুং থাবসি। ঈশ্বরন ঐখোয়গি ইবাল পূম্নমক ঙাকপিসন্নু! লৈবাক মচাশা, ঐখোয়গি ইথৌদ পুক্নীং চংনরসি। থনগন্নু, Gentlemen, ঐবু য়ু ঙাওরে হায়ন: মসিন ফিরান পায়বনি, মসিন ঐগি য়েৎ থংব খুৎনি, মসিন ঐগি ওইনি: ঐ ভুজিক য়ু ঙাওরব নত্তে; ঐ নিংথিন ফজন লেপ্প ঙমই, ল্লাস্নু ফন ফজন ঙাংব ঙম্মি!

পূম্নমক : য়াম্ন নিংথিন ঙম্মি।

কে : কৈদৌরবগে, ফরেনে অতুদে; নখোয় থল্লন্নুকো অতুদে ঐবু য়ু ঙাওরে হায়ন। ( চংখি )

মো : ফম্পাক্ত চংলসে, অঙাংশা, ঙাকশেনব হৌরসে।

ইয়া : উমেদন নিপাদো ঐখোয়গি মাংদ চংখিবদো; মহাক লাম্মী

অমনি সীজরগি মনাক্ত লেপ্ল য়াব, অতুগ লানফমদ হুকুম পীরুব : অতুগ য়েংউ মাগি অশোনবতু ; চপ মান্নবনি মগুণগ শাংব, নুংখিল নুংদাংগুম, নুমিৎন পৃথ্নীগি খ্বাংগোইদ লৈব মতমদ, অৱাবনি মাগি ম্তৌসিদি । ঐন নুংশা থীরিবদি ওথেল্লোন মাবু থাজরিবসে, মান অমুম্ন ভাওব মতা চাদব মতমদ ঈথৎসিদ লৈরিব মী পূম্নমক্ক ৱা থোক্করকপ য়াই ।

মোন : মাবু অমুম হান্নন লোইন তৌব্রাও ?

ইয়া : ভূম্নমদাইদ মুম্ন ইতং তংতন তৌরিবনি : থকপদগি ভূমখ্রবদি ভূমখ্রে নত্রবদি ঘড়ি-মায়দ পুংজেন অনীরক লৈব য়েংদোরিবনি ।

মোন : মতু জেনেরেলদ খঙহনব ফৈদন । মহাক্তি মসি খঙলমদব য়াই নত্রগ মাগি অফব মবুকচেলতুন কেশিওগি অফবতুদ উব অতুগ মাগি মরাললোমদন য়েংলুদব ; মসি অচুম্ব নত্রাও ?

( লাকই রোদেরিগো )

ইয়া : ( লোন্ন ) হুজিক কমদৌব রোদেরিগো ? ঐন হায়জবি, লেফটনেণ্ট মতুংদ ; চংলো । ( রোদেরিগো চংগি )

মোন : মসি লাইবক থীবনি মতুদি পুকচেল চাওব মূবন মমাপোক্কুংদি অশোনব অম লৈব নিপাসিবু মহাকমক্তি লেফটনেণ্ট ওইন হাপ্লুবসিদি, মসি মূরদ তাকপদি পুকচেলশেংব থবক ওইনি ।

ইয়া : ঐদি ডমজরোই, ফজরব ইথৎসি পীগে হায়রবসু ঐ কেশিওবু য়াম্ন নুংশি, মাগি মরালসি কোক্কব করিনো তৌগনি—ডাইখো তাও করিগিনো নিম্নরিবা ?

( "মমুংদ লাওই—থর কনবিয়ো ! থর কনবিয়ো !" )

( রোদেরিগো তাম্নত্তুন কেশিও লাকই )

কে : ফত্রব ! নচৎনাইদব !

মো : কৈদৌনরে লেফটেনেণ্ট ?

কে : মচৎ নাইদব অমন গ্রেডোন্দ ইথৌ তম্বিরিব ! ঐন মচৎ নাইদব অসিবু লিক্লী য়োম্নব চরুকক ওল্রিফাওব ফুদৎকনি।

রো : ঐবু ফুবা !

কে : য়াম্ন ডাংব শারিত্রাও মীন্নখাড ? ( ফুই )

মো : নত্তে, ফরব লেফটেনেণ্ট ; ঐন হায়জরি ইবুংঙো, নখুৎতু খামজিল্লু। ( খাম্ব )

কে : ঐ চংকে খাদোকউ নগ্রবদি নকোক্তুদ থোমত্তুন তোক্কনি।

মো : তৌম্নু তৌম্নু, য়ু ডাওরে নং।

কে : য়ু ডাওরব।

ইয়া : ( লোম্ন রোদেরিগোদ ) চংখ্রো ঐন হায়রি। লাওত্তুন চংখ্রো—রা খোক্করে কাহ্লৌ অমনি হায়ত্তুন। ( রোদেরিগো চংখি ) নত্তেনে ফরব লেফটনেণ্ট! ঈশ্বরগি নোংদম, লৈবাক মচাশা—কনা কনা লৈবগে খর খাম্মো ! লেফটনেণ্ট ! ইবুংঙো মোণ্টেনো ইবুংঙো—ইবুংঙোখোয় খর খামদোক্লো হায়বনি ; ফজরে, নিংথিন ডাকশেল্লবমক্লি ( শরিক খিংই )

শরিক খিংলিবসি কনা ওইরিনি ? খঙলে লাইমুন ওইরিনি ! সহর পুম্ব হোগৎলনি : ঈশ্বরগি মনীঙনি : লেফটনেণ্ট, তোক-পিল্লো হায়বনি। পুন্সি চুপ্প নমাই খুনিদো।

( চংলকই ওথেল্লো লোইনবশিংগ )

ওথে : কৈদৌনরিবনো সিবো ?

মো : ঈশ্বরন সাক্ষী ঈ থোক্লিসে, শিব য়ান শোক্লবনে।

( জ্ঞান মাংই )

ওথে : হন্দোকনৌ নথল্লাই মাংনিংত্রবদি !

ইয়া : ভাইথোনে লেফটনেন্ট, ইবুংভো মোন্টেনো লৈবাকমচাশা— করিনো নখোয়বু মফম অমসুং নথৌগি জ্ঞান লৈত্রবাও ? হন্দোক্লৌ ! জেনেরেলনং ল্লা হায়রি ;—হন্দোকনৌ চোপনিংত্রবদি !

ওথে : করিগিনো, কমদৌনদি থোকখ্রিবনো সিবো ? য়েক্লব তুর্কীন তৌগদবত্থু নখোয়ন তৌরব্রা, লাইগি নোংদম্ম তুর্কীবু থিংখ্রে, নখোয়ন শিহল্লোরে, খৃষ্টানগি মিংচৎ থীননব চাওখৎতবৈ মথৎনসি তোকউ। শাওনিংবন পেন্নব হন্দক হৌব নিপাত্থু খঙউ মথল্লাইত্থু মমল লৈজরোই, খুদক্ক হাৎকনি ঐন। তমথীরব শরিকসি লেপহল্লু : মসিন কিহল্লে ঈথৎকি মী পূম্নবু, তূম্ব কায়ত্থুন থগৎনরনি। কৈদৌরগে মরুপশা নখোয়বো ? নবুক শেংব ইয়াগো, ল্লাবন অশিব মাল্লবা, নং তাকউ কনান মসি হৌখি, ঐবু নংন মুংশিরবদি—।

ইয়া : ঐ খঙজদে : মরুপ ডাক্তন হুজিক্ক ডায়রি, মখোয় মখোয়গি শংভমদ চানরম্মি নোর কল্যাগুম ; অত্থুদে, হুজিক্ক ভাইখ্রি, করিনো গ্রহ অমন মখোয়বু ভাওহনবগুম থাং শৎশৎ শৎতোক্লগ মবুক তম্ম শিরসত্থু থিমৈ, হায়ভম খঙজদে অভাং থৎনবগি হৌরককমত্থু ; মরুপ থৎনরসি উদৌশরুক ঐবু পুরকইব ইখোঙসি সেয় লান অমদ তেকচরম্মবদি করমগনি।

ওথে : কমদৌথ্রিবনো মাইকেল, নংন নশাবু কাওজক্করিবদে ?

কে : ঐ থুরুমজরি ভাকপিয়ু, য়া ভাংব ভমজদ্রে।

ওথে : মতিকচাব মোণ্টেনো, নংবু হৌনব ফন থঙবদায় ; মীন থঙনৈ নংবু চীংলেম্ন তপ্ন পাথং অম ওইন, শিংলব য়েংব হৈরবশিংন নংবু য়াংন থাগংনবি। করিদগিনো নংন মিংচং অছু মাংহল্লিববো, য়ু ভাওব মুংদাংদ থংনব হায়ব মিংথোল ফংনব ? ঐন হংলিব য়াহংসি থুম্‌।

মো : ফরব ওথেল্লো, ঐ য়াম্ন থীন শোক্লে : নংগি আফিসর ইয়াগোন লোইন তম্ব ভমনি ঐন থঙব পূম্ব ঐদি য়া ভাংজরয়োই, ভাংবদ য়াই চিল্লে ভসি অহিং ঐবু অকায়ব ভাংথ্রবা ঐ থঙদে, ইশাবু কঞ্জববু মীন য়ৈরক্লগ ইয়াল ওইদ্রবদি।

ওথে : হুজিক্তি নোংমদোম্ন সাক্ষী, ঐগি ঈন অচুমঅয়াল য়াথনবু থুত্থম চল্লক্লে, শাওনিংবন য়াথলবু থঙ্জিল্লগ লমজিংলক্লে ঐবু : ঐন লেংব হৌনক্লবদি, ইপাস্বোমসি থাঙ্গৎথ্রবদি নথোয়গি নরক্তগি চাওববস্থ কুম্থজনি চৈবাক্তুদ। ঐবু থঙহল্লু থীরব থংনবসি করম্ন হৌথি, কনান তৌহল্লিন্‌নো—অয়ানব নিপাছুদি প্রমান থংলগ ফাইবোক ওইশবস্মু মহাক্তু ঐগ, ঐবু মাংজরনি। করিনো ! লানগি সহর সিদ কিবন নিংক্লরিব মতমসিদ মী পূম্নমক্ল, থোকহল্লিববু লনাই থংনব, অহিংদ, য়ৈথায় থিঙ্গায় ভাকফমদ, অঙকপনি ! ইয়াগো, মসি কনান হৌনি ?

মো : মীচং মীথায় নাইছুন আফিসত তোৎনবগি পাওদম্নবদি য়াৎন নত্রগ হেন্ন অচুম্বদৈ, নং অশেংব লাম্মী নত্তে।

ইয়া : অহুক নক্ল ঐগী ওন্দ শোক্লব হায়রক্কনু। ইরৈসি ককথিবন হেন্না পামই ইচিন্দগি মসিন মাইকেল কেশিওগি মাংনব হায়রক্লদো-শকক ; অহুবু ঐন থাজ্জে অচুম্বহু হায়দোকপদদি মাগি করিম্নু মাংলোই। অস্থুম তৌই জেনেবেল, মোণ্টৈনোগ ইমানি য়াবী শাবিগৈদ কনবিম্নু হায়ন লাওহুন নিপা অম চেল্লকই : কেশিওন মাবু তায়রকই মতুংদ থাং শিংলহুন। নিপাসিন, ইবুংঙো, কেশিওদ চংশিল্লগ তৌবিমু হায়জ্জে ঐন তায়জনকই লাওহুন চংখিব নিপাহু কিজবদগি মান লাংবহুন হোৎদোক্লব য়াই সহর পূম্বু থক পক নিক্ল কিহন্নব : অহুবু নিপাহুন মখোঙ য়াংবন তানব ফংত্রহৌত্রে : ঐন হল্লকপদ তাজরম্মি থাংগ থাংগ থেংন খোন, অহুগ কেশিওন য়াশরুম্ব শাওন হৌন, মহু ঙসি অহিংসিদ নত্তন অমুক্ত মান তৌখিদ্রিব ঐন হল্লকপদ, কুইপোৎ নম্বে, মখোয়নী পকশিন্নরম্মি যান্নহুন থিন্নহুন, ইবুংঙোন লাক্লগ থাম-দোকপিদ্রিগৈডহুনন মসিদগি হেনন থোইদোকপ তম্নিংডাই লৈ-জদে : অহুবু মাঁ হাযবসিদি মীনি, ফবব মীম্নু করিগুম্বদ কাওই ; কেশিওন অরানব থৱবুদি তৌখ্রে মোণ্টনোদ, শাওরব কান্দ মীন মুংশিব মীদ ফহনিংহুন য়ৈবগুম, অহুগ কেশিওদম্নু অওইবমক, ঐন নীংই, লাল্লম্মবনি চেনখিব নিপাহুন থীন, মহু মীন থাংডম্মোইদব।

ওথে : ঐ খঙলে ইয়াগো, নংন নবুক শেংবন অমস্তং কেশিওবু মুৎশিবস মরাল অহু লূমদনব হম্বন য়াফমহু তান্নিবনি। ঐ নবু মুংশি কেশিও, অহুবু নংন আফিসর ওইবদে য়াম্নরোই।

( দেসদেমোনা চংলকই লোইনব থরগ )

য়েংউ ঐখোয়গি মুপী ফাওব ভূম্ব কায়রক্লদ্রা ! ঐমা নংবু খুদম অম ওইহল্লনি ।

দেসদে : কৈদৌনরক্লগে ?

ওথে : হুজিক্কি থোগোৎপ করে চাল্লবী । চংসি লাকও ভুম্মুরসি ।
( মোণ্টেনোদ ) মাবু পুখ্রো । ( পুখি )
ইয়াগো, সহরসি খব চেকশিল্ল য়েংউ । ফত্রব মখৎনসিন লাংতরক্লল্লব মীশিংবু ইংথহল্ল । চংসি দেসদেমোনা : অমুল্ল তৌই লাম্নীগি পুন্সিদি কুংঙাইন ভূম্ববদো খৎনত্নন কায়হনব ।
( অতৈ চংখি ইয়াগো, কেশিও নত্তন )

ইয়া : কমদৌবে, থীন শোক্লব্রা লেফটনেণ্ট ?

কে : ওহ, লাইয়েংব য়াদন শোকলে ।

ইয়া : মেল্লীন খঙনি, ঈশ্বরন মতুমক্তি থিংবিসম্ন !

কে : মিংচৎ মিংচৎ, মিংচৎ ; ওহ, মাংখ্রে এগি মিংচৎ , ঐগি শিব নাইরোইদব শরুক্তো অত্নগ লেমহৌবে শাগি শরুক্ল । ঐগি মিংচৎ ইয়াগো, ঐগি মিংচৎ !

ইয়া : পুকচেল শেংব ঐন খনবদি নশাদ শোক্লিবহ্ন শাথীবে, মিংচৎ মাংবদগি হেল্ল নাল্লরিনি ! মিংচৎ হাল্লবসিদি কান্নদব ওইদব নমথাক্কি : মগুণ য়াওদন তোইন কংনৈ, মতিক চংনম্ন মাংনৈ : নংগি মিংচৎ করিমত মাংদে, নংন মাংখ্রে খল্লক্লবদি । ব্লাগম্ন নিপা ! জেনেরেলন লোথৎপিনব পাম্বে লৈ ; নংবু হুজিক মচীং অমদগি লোথোক্লে মহাক থোইন মুংশিদবৈ মল্লে, লৈঙাক

লীচিং অমগিনি ; মরাল লৈতব হুইদ ফুবগুম কিহন্নব লমহেনব নোংশাবু : হায়জ চংচরে হায়রগ অমুক মরাইন লৌখংচনি।

কে : য়ু ঙাওব, কান্নদব, শিংদব আফিসর ঐবু তুকজবিয়ু হায়জবন হেন্ন কৈ নমথাক্কি মহুৎ অস্নুক ফব কমান্দার অমদ। য়ু ঙাও-রুরবা ! অতুগ তেনন্নাগুম ঙাংলুবা ! খংনরুব ! চাওথোকউবা ! ব্রাশকউবা ! ইমিদ ঙাংলুবা পঙলব ব্রা ? ওহ, নশক উদবী য়ুগি লাইরেম্বী, নংগি নমিং অতৈ লৈত্রবদি নংবু কৌগেকো লাইমু হায়ন !

ইয়া : নংন থাং পায়হুন মতুংদ তান্নরকপহু কনানো ? মান নঙোন্দ কৈদৌরকখি ?

কে : ঐ খঙদ্রে।

ইয়া : মহুবু ওইব য়াত্রাও ?

কে : তোংনখ্রব ব্রা কয়াদি নিংশিংহৈ, নিংথিনদি করিমত থুনব ঙমদ্রে। ঐন নিংশিংই খংনব অম থোকখি, কৈদৌবদৈনোদি খঙদ্রে। হে ঈশ্বর, মীন মচিন্দ চপ্পরিব য়েক্কববু, অঙকপনি, মংকোক্কগি থোপ হুবিখিনব হায়হুন হরাওনবিন, খিগংনরিব, থকপদ কনব তান্নরিব মশা মশাবু শা ওলহঙ্গনবগিদমক।

ইয়া : করিনো ফংরেনা নংদি হুজিক : অস্নুক থুন করম্ন ফরকইবনো ?

কে : য়ুঙাওবগি লাইমহুন অতোপ্প লাইমু অশাওবদ শিন্নরম্নে অহুননি : ইরাল অমন ইরাল অমবু উহন্দুন ইশাবু ইফাং কোংন তুকজহল্লি।

ইয়া : তোকলো, নং য়াম্ন কুপ্ন অফ-ফত্ত থিগনব নিপানি : মতম মফম অমন্নুং লৈবাক্কি ফিভমসিদ য়ুঙাওরগ খংনবহু থোক্লমত্রবদি

ফদৌবনি ; অহুবু থোকখ্রবদি থোকখ্রে, নংগি ফনব শেমজিল-হৌরগ লোইরেদনা ।

কে : ঐবু ইফমদ হজিনহনবিয় হায়রুবদ, মান শোইদন হায়রকনি ঐবু য়ুভাওবনি হায়ন ! লাইরেন হায়ত্রাগুম ইচিল মাপল পাল্ল-স্মবসু অহুগুম্ব পাওখুমহুন মথোয়বু য়াভাংব থোকহল্লোই । হুজিরু জ্ঞান ইতা তাব, অহুদগি থুনমক অপডব অম ওইব, অহুদৈ থিল্দন শা অম ! কয়াদ ভকখ্রবা ! অহেনব য়ু কপ থুদিংমক অমাংবনি, মহুদ য়াওব য়ুদো লাইমু মশামক্লি ।

ইয়া : তোক্লো তোক্লো, অফব য়ুদি খডনব মরুপকুম্বনি, মাবু নিংথিন শিজিন্নরগ : মসিবু থাদহুন লাওবগি কান্নদে। অহুগ অফব লেফটনেণ্ট, ঐন নী'ই নংবু ঐন মুংশি হায়বসি নং থাজৈ হায়ন ।

কে : মহুগি মতিকচাব প্রমান উৎখ্রে ইবুংডো। ঐ য়ু ভাওরুরে ।

ইয়া : নং নত্রগ অহিংব মী অম করিগুম্ব মতমদ য়ু ভাওরুব য়াই, নিপা । নংন করি তৌব তায় হায়বহু ঐ তাকে । ঐথোয়গি জেনেরেলগি মুপীন হুজিক জেনেরেল ওইরবনে : ঐন মসি হায়রুরিবদি করিনো হায়বহু, মহাকসে মশা পুম্নমক কথো-ক্লবনে মুপীহুগি মরমদ খনবদ, মাগি মশক মতৌ য়াশিংগি নিংথিজবহু য়েংবদ মুপীনদ নংগি নরাল পুম্নমক্তু হায়দোকউ ; মডোন্দ থয়াই য়াওন হায়জৌ নফম হজিলহনবিয়ু হায়হুন; মহাক অম্নক মতিক মবুক কৈ, থৌজাল হৈ, থোং নোই, মীন হায়জবদ য়াগল্লি মহুদি মডোন্দ হান্নজরবহুদগি হেন্ন তৌবিথিজবদি মাগি মরাল অমনি হায়ন থজৈ। মহাকি

মপুরোইবগ নগা হন্দক তাংশমদ তেকইবসি মাবু য়াচপা থাহুন শম্বিযু হাইয়ু ; ঐ অবৈবপুম্ব থারে নংন চান্নিংব, খল্লম চাও, নংন হন্দক কায়নখ্রিবহ্ হান্নদগি হেন্ন মুংশিনয়কনি ।

কে : অফব পাওতাক পীবিবে ঐডোন্দ

ইয়া : ঐন নঙোন্দ হায়রিবসি তশেংন মুংশিবগি ইবুক শেংন হায়-রিবনিকো ।

কে : অচুম্বনি, তশেংন থাইজ মতম চান অয়ুক্ত ফরবী দেসদেমোনাদ ঐগি য়াসি নোম্বিনব হায়জল্লান । মহুদ ইবাইবক থীববদি ঐগি আশা অমুক লৈত্রে ।

ইয়া : চুমই নংন হায়বিবহ্ । গুদ নাইট লেফটনেণ্ট ; ঐদি ডাকপ চংপ তারি ।

কে : গুদ নাইট, পুকচেল শেংব ইয়াগো । ( চংথি )

ইয়া : ঐবু অস্মুম তৌবগি মীফত্ত হায়দোব কনানো ? ঐন পীরিব পাওতাকসি ইবুক শেংন পীরিবনি, য়াখলদ খল্লব য়াব মূরন অমুক লোশংশিনব লম্বী । করিগুম্ব অফব হিরমদ হায়জবদ য়াগনবী দেসদেমোনানি ঈশিং মুংশিংকুম কান্নহন্নব মহোশান শেল্লকপীনি । মান হায়রিমথৈ য়াগদব মূরনি ধর্ম্ম হোংউ হায়-বফাও, মপানগি খুদম, অরানব ডাকপিব ক্রোশ থাদোকফাও নত্তে, মথল্লাইহু অম্মুক চেংন মাবু মুংশিবন ফাগ্রব, মহুদি মুপীহুন পাম্মিবমথৈ তৌ, তৌম্নু ইয়া য়াগদব, মাগি অপাম্বহুন লাইনি শোল্লব পুক্নীংদ মুপাহুগি, অহুদি ঐন মীকত্ত ওইদোক্লিব করি-গিনো, পীরুমগি পাওতাক কেশিওদ মতাং চান মাগি কনবগি ? নোঙোক লাইগি মীতং । লাইমূনবু পান্নবগি লোংলব পাপকি

থবক্ত তৌহনব, মিহৌহনগনি অহানবদ স্বর্গগি ফজরব মতৌন ঐন তৌরিবসিগুম : মরমদি মবুক শেংন অপঙবসিন হায়জ-চংচরিঙৈ দেসদেমোনাদ মরাইবক থীখিবত্থু কোকহনবিনব, নুপী-ছুনস্থু মূরদ মাগি রাত্থু নোম্বিরিঙৈদ কন্ন, ঐন হৌজিনগনি হু অসি নুপাত্থুগি মনাকোংদ মত্থুদি মান নোম্মিব রাত্থু মরম্মাই অপাম্বগিনি , মত্থুক্কি মতিক কন্ন রাত্থু মান নোম্মগ, মূরন শাও-গনি মাবু অত্থুক্কি মতিক। অস্থুম্ন থাওম্ন ওলহনগনি ঐন মাগি ধর্ম্মত্থুবু, অত্থুগ মবুকথবত্থুন ওইনগনি লাং মথোয়পূম্ববু থুহন্নব।

( বোদেরিগো চংলকই )

হুজিক কমদোবা বোদেরিগো !

বো : ঐন শ তানব যাওবিবসি শাদান হূইগুম্ন তান্নব ম্নাওদ্রে, খোংবদ যাওব হুই ওইন তৌরে। ঐগি শেলস্থু তুমত্থুন লোই-শিল্লরে , ডসি অহিংস্থু ফন থীন চৈ চারে ; মহৈ হায়বু অয়ো ফংলদ শেল অমত্ত হন্দন, খিত্তং শিংজব হেক্কংলকইবসি পুরগ ভেনিসত অমুক হনবদ তারে।

ইয়া ; কয়াদ লাইবক থীব অপঙব ওইদোবিবনো থাংব কন্দবদগি ! করম্ব অশোক-অনাবু থব থর নত্তন পাক হেক ফবগে ? নংন খঙইবত্থুনি ঐখোয়ন তৌরিব থবকসি লৌশিংগিনি, মিত্রংগি নত্তে, ; অত্থুগ লৌশিংগি থবক্তি মতম ঙাইব তায়। থবকসিবু ফজন চপ্থত্রাও ? কেশিওন নংবু ফুরে নংগি খিৎতং শোকপত্থুন কেশিওবু মফম তাহল্লে। অতোপ্প মহৈ অতৈস্থু মুমিৎকি মথাদ মুল্লকই, অত্থুবু হাম্ন শাংখিব মহৈন হাম্ন মুনবনি : ঙাইবদ পেনখো হুজিক্কি। লাইগি নোংদম্ন নোংঙাল্লে ; মুংঙাইব থবক্ত

পুংশিংবু কয়াদ তেম্ম উহনগ্রবা। মং পোখাক্লল্লো, নংগি থুংভমদ চংলগ ; চংলো, ঐন হায়রিবসিনি, কোম্ম অতৈ তায়কখিনি ; নত্তে, নং চংলো হায়বনি।            ( রোদেরিগো চংখি )

থবক অনীনি পাংথোকক্কদব : ঐগি সুপীন কেশিওগিদমক মবেম্মদ হায়জগনি, ঐন মাবু হৈনসিনগনি ; তাঞ্জা অহুদ ঐন মূরবু খৈদোক্কুন থমগনি, অতুগ কেশিওন মতুদ হায়জচংচরিডৈ শং পুশিনগনি ; মানি, মহুম্ম তৌগদবনি : পাম্বৈ অসি মচিন পঙহনব য়াদে তঞ্জানহুন থিলহন্দুন।            ( চংখি )

## ৩/১

### লানবন মমাংদ।

( কেশিও অমস্তুং যন্ত্র ইশৈ শকপ খর চংলকই )

কেশিও : ওঝাশিং, সুব্রাইদ খোংবিয়ো ; অয়ামন ঐন পীজনি, করি-গুম্ব অম কুইহন্দন ; শকউ—"গুদ মোর্নিং জেনেরেল।" (খোংই)

( ফাগীপুব চংলকই )

ফাগী : করিনো ওঝাশিং, নখোয়গি যন্ত্রশিংহুবু নেপল্‌স য়োক্করত্রা—মনা অহুক খোঙ্ক্তহুবো ?

যন্ত্র মী ১ : কমদোবা, ইবুংঙো, কমদোবা।

ফাগী : মথোয়ত্তুবু, ঐন হায়জন্নিবদি, মুংশিংকি যন্ত্রবা ?

যন্ত্র ১ : হোয়, মেরীন খঙনি, মানি, ইবুংঙো ।

ফাগী : ওহ, মমৈ অম য়াম্থরিব অত্তুননি ।

যন্ত্র ১ : কদায়দ য়ারী অম লীথরিব ইবুংঙো ?

ফাগী : মেরীন খঙনি ইবুংঙো, অয়াম্ব মুংশিংকি যন্ত্রদি অত্তুম্ন ত্তোই । সে নখোয়গি দক্ষিনা লৌখ্রো ওঝাশিং : জেনেরেলন নখোয়গি ইশৈত্তু য়াম্ন মুংঙাই, মরম অত্তুন মাবু মুংশিবিরবদি যন্ত্রত্তু খোংত্তুন লাংবির, হায় ।

যন্ত্র ১ : ফনি ইবুংঙো, খোংজররোই ।

ফাগী : তাব ফংলোইদব ইশৈ য়াওবিরদি শকপি খোংবিখিব য়ানি : অত্তুবু মীন হায়নৈ, ঐখোয়গি জেনেরেলদি ইশৈ খোইন পামদে ।

যন্ত্র ১ : তাকপিখিব ইশৈত্তুদি ঐখোয়গিদ য়াওজদে ।

ফাগী : অত্তুদি নখোয়গি উত্তোংগাত্তু খাওদ হাপচিনখ্রো, ঐদি চংলনি, চংলো মাংখ্রো মুংশিং মরক্ত

কে : তারিত্রা পুকচেল শেংব মরুপ ?

ফাগী : নত্তে, ঐ নংগি পুকচেল শেংব মরুপ্ন তাদে ; ঐ নংন ঙাংবা তারি ।

কে ঐ নঙোন্দ হায়জরি, য়াহে শাম্নবত্তু তোকপিরো । সনাগি শেল মচা অম লৈরেসে নংগি । জেনেরেলগি মুপী শেন্নব ইবেম্মত্তু হোৌগংলব্দি মঙোন্দ অমুক্ত হায়বিন্ন কেশিও হায়ব নিপা অমন য়া অমত্ত হায়জনিংই হায়ত্তুন : চানবিত্তুন হায়বিগেরা ?

ফাগী : হৌগৎলবনি, মান শোমদ থোরক্লবদি, ঐন নিংই, পাওসি মঙোন্দ হায়ব মাল্লি।

কে : ফরব মরুপ চানবিয়ুকো। ( ফাগী মী চৎথি )

( ইয়াগো লাকই )

উন্নব মুংঙাইরে ইয়াগো।

ইয়া : নংদি ফমুংদ তূম্মুদ্রমানেনা ?

কে : কদায়দগি তূম্মুনি, ইমানি কায়নদ্রিঙৈন নোং ঙাল্লপোৎনি। ঐ নখোয় মুপীদ পাও অম থাখ্রে ইয়াগো। ঐন মঙোন্দ হায়জগদব হায়ববু পূকচেল ফবী দেসদেমোনাদ অমুক্ত পুশিনবিয়ু সিনি।

ইয়া : ঐ থিন্দন মাবু থাদোরক্লগে ; ঐন পাম্বৈ অম শিজিন্নহুন মূরবু থৈদোক্নি নখোয়ন ননিং তম্ন ব্লারী শাবত্থ কায়দনব ! ( চৎথি )

কে : ঐন নোল্লুক্ত থাগৎচরি মহুগিদমক। ঐ অমুক্ত থেংনথিদ্রি অম্মুক থৌজাল হৈব মবুকশেংব ফ্লেরেন্স মচা।

( লাকই ইমিলিয়া )

ইমিল : গুদ মোর্নিং, ফরব লেফটনেণ্ট : নংগি ব্লাহ্থ তাবদ ঐ ওয়োক মুংঙাইখিদ্রে ; অহ্থবু করিম্ম তৌরোই পূম্নমক ফরকখিনি। জেনেরেল মতৌ মনাওন অহ্থগি মরমদ ব্লারী শাই ; মাগি মুপীন নংগি ফনব কল্ল ঙাংই : মূরন থুমই নংন মৈরুব নিপাহ্থ সাইপ্রস্ত মমিং য়াম্ল চৎপনি, মরুপ মপীজা য়াম্লা লৈবনি, অশিংব থবক তৌবদ নংবু নফম লৌথোকপনি হায় ; অহ্থবু মান নংবু মুংশি, নংগি ব্লা নোম্বিরব য়াওদ্রবস্থ থুদোং হেক চাবগ থিন্দন লৌথৎকনি হায়।

কে : অত্থবু ঐন নঙোন্দ নোঙ্গরিবদি, খুদোংচাব ফংগদব লৈরবদি চানবিত্থন দেসদেমোনাগ ঐগ চীক্ল য়ারী ঙহাক্ত শাহনবিয়ু।

ইমি : লাকও চংবিরকউ। হায়নিংব পুম্ব হায়ব য়াগদব মকমদ ঐ নংবু থম্বিগে।

কে : ঐ লম্মন তোঞ্জরে ইবেম্মগি। ( চংখি )

---

# ৩/২

## লানহনগি কা অমদ।

( চংলকই ওথেল্লো, ইয়াগো অমস্তুং লৈবাকমচা খর )

ওথে : চিঠিশিংসি ইয়াগো, হিনাওশাবত্থদ পীথো, মঙোন্দ পাও চেনথো ঐন সিনেট্ট খুরুমজরকই হায়ন। মসি লোইরবনিন ঐ লানবনলোমদ চথোকউনি ; মফম অত্থদ নং ঐবু উনরো।

ইয়া : ফনি ইবুংঙো, ঐ তৌজরগে।

ওথে : লৈবাকমচাশা, লানবন্দু য়েংঙউরসিরা ?

লৈবাক : ঐথোয় ইবুংঙোগি থৌগল তৌজনি। ( চৎখি )

---

## ৩/৩

## চংলকই দেসদেমোনা কেশিও অমস্তুং ইমিলিয়া

দেস : শোইদ্রে খল্লু, নবুকশেংব কেশিও, ঐন হেক ভমজব মখৈ নংগিদমক হোৎনগনি।

ইমি : ফরবী ইবেম্মা খর তৌবিয়ু : ঐখোয় নিপাদি করিনো মডোন্দ খোকপদৌন মথল্লাই মুংঙাইত্রবনে অওইবমক।

দেস : ওহ, নখোয় নিপাদি মবুক শেংবজাৎনি। চিংনগম্বু কেশিও, নংগ ঐখোয় নিপাগ চান্নহনগনি, হান্নগুম্ম মরুপ ওইহনগনি।

কে : খোজ্জাল হৈরবী ইবেম্মা, খোক্লিংবদ খোক্লসম্ন কেশিওদ, মহাক করিমত ওইরোই ইবেম্মবু নিংজব ননাই নত্তন।

দেস : ঐ খঙডে, নংবু থাগৎচরি। নং ঐখোয়গি মুপাবু মুংশি, খঙন-রকইবস্ন কুইরবনি ; শোইরোই হায়ব থাজো, মহাক কুইন খক নংডোন্দগি লাপ্ন নৈংবাই, অশিংবগি মতম হেন্দোক্তুন।

কে : আহোয় ইবেম্মা, অত্তব্ন মত্তুগি বাখল লীখুন্দু অমুক্কি মতিক শাং-খিব য়াই, নত্রগ মরা তাখিব য়াই মচিঙ্গাক অফব চাহুন, নত্রগ অহোংব ফিভমত্তুদগি চাওখৎখিবস্নু য়াই, ঐবুস্ন উবিদ, ইফম হাংবস্নু মেন্সিনখি, ঐগি জেনেরেসন কাওবিখিব য়াই ঐন মুংশিজব অমস্তুং নীংজবত্তু।

দে : মত্তুম্ন চিংনগম্নু, ইমিলিয়াগি মাংদ হুজ্জিক ঐন শোইহল্লোই হায়-রিবসিনি নংগি নফম : থাজো, ঐন মরুপাকি পাংগে হায়ব্রব খবক্তু মচেং অম ফাওব য়াংতন পাংগনি ; পোখাহল্লোই ইপু-

য়োইববু ঐন হায়জবদ য়াবিত্রিমথৈ ; মান তেরকগ শেম্লনি, তান ব্লাতুন য়ারক্তি বফাওব ডাংগনি, মাগি ফমুংতুদ তক্ষমশং ওইহনগনি, চাকচাভম্না গিজ্জা, মরাল হায়দোকফম ; মান তোব থবক খুদিংগ তোংশিন্ননি ঐন কেশিওগি ব্লাথোকসিগ। মরম অতুন কেশিও, ব্লারুবমু, নংগি উকীল ঐসে ব্লাথোক অদু থাদোক্কদবগি মতুং মথব্লাই থাখিনি।

( চংলকই অরাপ্পদগি ওথেল্লো অমসুং ইয়াগো )

ইমি : ইবেম্মা, আদ ইবুংঙো লেংলক্লে।

কে : ইবেম্ম, ঐ হথ্রগে।

দেস : নত্তে, ডাইখো, ঐ ডাংনগে তাথো।

কে : ইবেম্মা হুজিক্তি তোকপিরো ; ঐ য়াম্ন হৈনজদ্রে, ইতিক চাত্রি ঐগি ব্লাফমতুগি। ( চংখি )

দেস : ফত্রে, নংন অপাম্বতু তৌরো।

ইয়া : হায় ! ঐ মতু পামদেকো।

ওথে : করি হায়ব ইয়াগো ?

ইয়া : করিস্থ নচ্চদে ইবুংঙো : করি হায়দৌনো খঙদে।

ওথে : কেশিও নত্রা ঐথোয়গি মুপীগি মনাক্তগি চংখিবদো ?

ইয়া : কেশিওনি ইবুংঙো ! নত্তে, শোইদবনি, ঐ থম্লুব ঙমদে মতুদি মান অসুম্ন মরাল লৈব মাম্ন লোম্ন চংখিনি হায়বসি জেনেব্লেল লাকপ উবদ।

ওথে : ঐ থাজ্জে মহাক কেশিওনি।

দেস : য়েংওই, ইবুংঙো ! ঐ সিদ ব্লান্নী শাজরম্মিবনে ব্লাকংলব নিপা অমগ, ইবুংঙোন চানবিব মাংবদগি মরাইবক থীরব।

ওথে : কনাবুনো নংন হায়রিবদো ?

দেস : কনা ওইদগে, নংগি লেফটনেন্ট কেশিওনে, ঐগি করিগুম্ব ইতিক ইগুণ লৈজরবদি, ইবুংঙোবু য়াহনব ঙম্মব, মহাকপু থীন্দন লোখংপিয়ু। খঙদত্নুন লাল্লুবনি মহাক, জ্ঞান তান নত্তে, মহাক্ল ইবুংঙোবু তশেংন মুংশিব নংলমত্রবদি ঐসি লমচং উব ঙমদবী ওইনি অশেংব মাইথোংদৈ : ঐন নিজরি ননাইত্নবু কৌশিনবিয়ু।

ওথে : হুজিক্ক সিদগি চংখিব নত্রা মাবো ?

দেস : চংখি অওইবনি, অস্নুক তুকথন মত্নদি মান চিথ্রম্ব অরাব মচেং অত্নুন ঐবুস্ন রাহল্লে মাগ লোইনন। মুংশিরব ইবুংঙো, মহাকপু লৌখংপিয়ু।

ওথে : হুজিক ঙম্মোই, মুংশিরবী দেসদেমোনা, কোন্ন তৌসি।

দে : অত্নু থীনদি থীনবিবরোইকো ?

ওথে : নংগি য়েংত্নুন খর থুগংপ য়াই।

দে : ঙসি মুংদাং চাকচাব মতমদদি ?

ও : হুঁম, ঙসি মুংদাংদি য়ারোই।

দে : অত্নুগ হয়েং চাকলেন চাব মতমদা ?

ওথে : ঐ হয়েং য়ুমদ চাক চারোই ; কেপ্তেনশিংগ লানবন্দ চাক চামিন্ননি।

দেস : অত্নুগ হয়েং মুংদাং ; নত্রগ লৈবাকপোকপগি অয়ুক্ক ; লৈবাকপোকপগি মুমিৎয়ুংবদ নত্রগ মুংদাংদ ; য়ুমশকৈশ মুমিৎকি অয়ুক্ক ; ঐন হায়বদি মতমদো তাকপিয়ো ; মুমিৎ হুন্নীদেদি.

হেন্দোকপিব য়াদ্রে : অওইবমক মহাক করিনুংগি তোজক্লন্ন-বনো হায়ন থল্লবজ্রাংনি ; অতুগ মাগি মরালতু ঐখোয় মীচম্ম থন্নবদদি লম্নাই লৈনব মরীফাওব করুব য়ান থীব নত্তে, তোব-বুদি লানগি মতমদদি, মীন হায়নৈ, মফম চাওরব ফাওব লাল্লুরবদি খুদম ওইন চৈরাক পীগদবনি হায়ন। কৈদৌঙৈদগি মাবু লাকহল্লদগে ? তাকপিয়ো হায়বনি। ঐন হায়জরিবস্মুম্ন নংন ঐঙোন্দ হায়বদ ঐন য়ানিংদতুন নংবু সুম ঙংতুন লৈহনগদব করি লৈবগে হায়বতু থনবদ ঐ জ্জাচন মম্মি। করি হায়বগে ! মাইকেল কেশিও হায়রিব নিপাতু ঐবু যেম্বিব মতমদ তোইন লোইমবিরকপতুনে ঐন নংবু কয়া থোশাদন ঙাংবদ মান নংবু শোগংখি নংগি নহুংকুম, মাবু লোথংনব অস্তুক য়াম্ন ঙাংনব্রাও ? থাজবিয়ু ঐঙোন্দ হায়বিরবদি ঐদি য়াম্ন ঙম্মি।

ওথে : ওক্লে তোক্লো ; মান লাক্লিংব মতমদ. লাসনু, নংন হায়বদ ঐ য়াদব তোরোই।

দেস : মসিদি বোরগুম্ব নিব নত্তে ; ইচম চম্ব থুংমোজ্জা উপাশিল্লু হায়-বগুম্বনি, নত্রগ অহাওব ঙিল্লাক চাও, লুম্ন লৈয়ু, নশা ফলব করিগুম্ব অম তোবিয়ু হায়গুম্বনি : নত্তে, মুংশিব চাং য়েংনব হায়রকল য়া ওইরবদি, য়াম্ন লুব, পীথোকপ কিব য়াব নিরকপ য়াইদো।

ওথে : ঐ নঙোন্দ করিমত মাই হায়রোই : মতুগি মতুং, নং ঐবু মতম থরদং ইথন্দ লৈহল্লু হায়জরিবসিনি।

দেস : ঐদি মাই হায়গত্রাও ? হায়জরোই : বিদায়, ঐগি ইবুংঙো।

ওথে : বিদায় দেসদেমোনা : ঐস্থ লাক্লনি থীন্দন।

দেস : চৎসি লাকও ইমিলিয়া। অপাম্বছুদ তৌবিয়ো, ঐদি মতম পূম্বদ হায়ব ইনবী ওইজরি।

( চৎখ্রে দেসদেমোনা ইমিলিয়াগ )

ওথে : শুমহৎপ ডম্বী শকহেনবী ! নংবু মুংশিত্রবদি থয়াইসি নোরোক্ত লাক্লসমু! নংবু মুংশিব হেক তোকপদ তরং ওনগনি তাইবংসি। ( মথন্দ )

ইয়া : ঐগি পুকচেল চাওরব অভম্ব—

ওথে : করিমো নংন হায়ববো, ইয়াগো ?

ইয়া : মাইকেল কেশিওবু, ইবুংঙোন ইবেম্মদ কোইবিরিঙৈ, ইবুং-ঙোন মুংশিবত্থ খঙখিব্রা ?

ওথে : মহাক খঙখি হৌবদগি লোইব ফাওব : করিগিনো মন্থ হংলিববো ?

ইয়া : ঐ চুম্ন খঙনিংঙুন তৌবনি ; কনাগিস্থ মাংনব নত্তে।

ওথে : করিগি খঙনিংলুরিবা ইয়াগো ?

ইয়া : মাগ ইবেম্মগ শক খঙনৈ হায়ন ঐদি খঞ্জরমদব।

ওথে : য়েঃ, খঙনৈ, য়ায় তোইন পাও পুথোক পুশিন তৌখি।

ইয়া : অওইবমক !

ওথে : মানি, অওইবমক্লি : মত্থদ করি চিংননিংঙাই নৈ ? মাবু মবুক শেংব্রাও ?

ইয়া : শেংইনি, অভম্ব ইবুংঙো !

ওথে : শেংইনি ! উম, শেংইনি।

ইয়া : অভম্ব ইবুংঙো, ঐন খঙজব অম নৈ।

ওথে : করিনোনে নংন খল্লিববো ?

ইয়া : খনবিয়ু অভম্ব ইবুংভো !

ওথে : খনবিয়ু অভম্ব ইবুংভো !

নোংমদোয় খভনি, মান ঐগি খোম্মাংদু হল্লকই ; করিগুম্ব হিংচাব মাগি য়াখন্দ লৈরবগুম উখোকপদ অকিবগি মশক ওইরগদব। (ইয়াগোদ) নবুক্লীংদ য়া খয় শোইদন লৈরে ; ঐন তাথি নংন অসাইদ হায়খিব—নংদি মদু পামদে হায়ন, কেশিওন ঐগি মুর্শিগি মনাক্তগি চংখিবদ : নংন পামজিববু করিনো ? ঐন নংভান্দ মাবু মুংশি পাও পুনখি হৌবদগি সোইব ফাওব হায়ব তাবদ, নংন ভক্ক হায়খি "অওইবমক," অদুগ পিগুম গুপথি, থুপাচিন্দুন থম্বগুম অকিব য়া অম নংগি থোপ্পু : নংন ঐবু তশেংন মুংশিরবদি তাকউ য়াখল অদু।

ইয়া : ঐগি ইবুংভো, নংন খভবি ঐ ইবুংভোবু মুংশিজ্জে হায়ব।

ওথে : ঐ থাজ্জে মুংশিবিরিনি হায়ব ; ঐ খভডি, নং মুংশি হৈ অমম্বুং নবুক শেংই, অদুগ হায়দোক্তি্রভৈদ য়াহৈশিংদু নিংখিন ওল্লি হায়ব ; মরম অদুন নংন লেপখিবদুন ঐবু হেল্ল কিহল্লে : মবুক শেংদব মীফভশিংগিদি মদু হৈনখ্রব মরৌনি, অদুগ অচুম্বচংপ নংগুম্বদদি অর্থ লৈব মরেপনি, খম্মোইগি ইখিলন খাম্বা য়াদন থোরকপ।

ইয়া : মাইকেল কেশিওগি য়াদি, য়াশকুন হায়নি মবুক শেংইনি থজ্জে।

ওথে : ঐস্ু অদুম খল্লি।

ইয়া : মীসিদি মপান্দ উংলিবদু মমুংদম্বু ওইনগদবনি ; মদু নজ্রবদি মাইথোংদ লায় উংনরোইদবনি।

ওথে : অচুম্বনি, মীদি মপান্দ উৎপাহ্নু মঙ্গুলেম্ন ওইনাব চুমই ।

ইয়া : অহুম্ন তৌরবদি ঐন নিংই কেশিওসি মবুক শেংব লিপা অমনি ।

ওথে : নত্তে, নংন হায়রিবহ্নুদগি হেন্ন অর্থ লৈ মংগি ন্নাহৈশিংহ্নু : ঐন হায়হল্লিংলিবদি নংন হেক নিংবহ্নুমক্কি, নংন খল্লিবহ্নু ফন ফত্তসন্ন, ময়েক লান হায়দোকউ ।

ইয়া : ফরব ইবুংঙো, ননাইবু ভাকপিনি ; ইথৌ খুদিংমক পাংথোক্লব খুরৌ চল্লবসু ঐ, মীনাইশিং ফাওব মনিংতম্বহ্নুদদি ঐবু পুনদে । ঐগি ন্নাথন্দু হায়দোকউ ? অন্নানব ফত্তব ওইরবদি ; কদায়দ লৈবগি কোন্নুংদো করিগুম্বদ অমোংপ ন্নাথলন মহ্নুদ চংখিদব ? কনাগি পুক্লীংনো শেংলিব অমাংবগ তোংনদব ন্নাথল থনবদ অচুম্বগ অন্নানবগ য়েংনদব ?

ওথে : ঐঙোন্দ অবানব চংখ্রে খঙলগ মহ্নু নংন ইনাকোংদ তাহন্দ্রবদি, ইয়াগো, নহাক মরুপকি য়েক্লবগ ন্না তান্নখ্রে হান্নব তায় ।

ইয়া : ঐন ইবুংঙোদ হায়জগদবদি—ঐহাকসি মীগি মন্নালদ উগনব ইন্নাল অম লৈ, তশেংন য়াজনি মসি ঐগি ইপোক্কি হৈনরকপনি, ঐগি চিংনগনব পুক্লীংসিন মীগি অশোই অঙাম্ব লৈরমানে হেক্ত খল্লুই ইরৈ লৈতব মফমদসু ; অহ্নন লৌশিং লৈব ইবুংঙোন চানন থাজবিরুসু, অপঙব ঐন চুম্ন চিংনব অমম্নুং কিজবহ্নু অহুগ পুক্লীংদ মুংঙাইতব ন্নাথলসু য়োকপিন্নু ঐগি মুন্দব মিৎয়েংদৈ । ঐগি ন্নাথল খঙহনবসিন ইবুংঙোগি পুক্লীং থোইশাওব, থন্নাই মুংঙাইতব থোকপ য়াই ঐসু পুকচেল ফত্তব লৌশিং লৈতব ওইব য়াই ।

ওথে : নংনহায়রিবহু 'করিনো ?

ইয়া : মিংচং হায়বসি নিপাগিস্থু, মুপীগিস্থু, ইবুংঙো, লেংদব মমল লৈব মশিনি মথোয় 'থরাইগি : শেঙ্গাও হূখিবহুদি কৌশিং হূখিবনি, করিস্থু লৈতবনি ; ঐগি ওইরম্মি, মাগি ওইখ্রে, লিশীং কয়াগি মথুং চনখ্রে ; অতুগ মহাক অদো মিংচং হূখিব ঐঙো-ন্দগি মশাবু ইনাকখুলহনবস্থু নত্তন লাইরতল্লি ঐবুদি চানন।

ওথে : ঈশ্বরন থঙনি, নংগি পুক্নীংত্থু ঐ খঙব'তায়।

ইয়া : খঙব য়ারোই ঐগি থম্মোইসি নখুংত পায়রবস্থু ; ঐগি থন্নুংদ লোংলিকমথৈ খঙবিব থক য়ারোই।

ওথে : হা !

ইয়া : চেকশিনবিয়ু মত্তৈমনাও থাজনদববু, ইবুংঙো ; মমিং নাপু কাবী হিংচাবীত্থু মাবু লোইব মীত্থু চাবনি। থাজব হাংপী মুপীগি মত্তৈত্থু ইংন পানব ঙম্মি, মান মরাইবক থীবত্থু খঙজত্থুন লাব্রকবীহুবু মুংশিন্নবদি ; অতুগ অরাবনি, কয়াদ খোইদো-শাওগংন মিকুপ মশীং থীগব নিপাদো, মতুবু মুংশিরগ থাজদব, চিংন চিংনন য়াম্নদি মুংশিবা !

ওথে : ওহ, থরাইচাকপা !

ইয়া : লাইররগ পেল্লবদি ইনাকখুনবনি, ওক্নব থুল্লব, ঙমখৈ নাইদন খুল্লবস্থু লাইরনি হায়ত্থুন স্নম কিরবদি নিংথমথান কোকপগুম লাইররবনি নিপাত্থু। ফরব লাইরৈবাক, মীওইব ঐখোয়বু কনবিয়ু থম্বন মৈশাদগি !

ওথে : করিগি, করিগি অত্থুম ভৌনি ? নংন নিংব্রা ঐবু থম্বন মৈশা

লাংন হিংগনি, চিংনব থাজদবন ভোক্লন থা অমদগি থা অম ঙাইনি? মতু ওইরোই, চিংবু অমুক্তং চিংনগ্রবদি ঐদি অচুম্বনি নত্রগ অরানবনি হায়ব খঙজ্রিফাওব ভোক্লোই; মরম চাদন চিংনবগি কোঙ্গোন নংন থোকহল্লিবত্বু ঐগি থরাইন থাজ-রবদি ঐবু হামেংগ ওগ্নৌ। ঐন খম্বনগদব নত্তে ঐগি মুপীবু ফজ্জে, মীওক মীচান ইহ, ইশৈ জগোই ফে হায়রগ; লমচং লৈবীদদি মখোয়ত্নুন হেঙ্গংহল্লি মরমচংতু: ঐগি ইতক ইগুণ ব্রাংপগিদমকস্নু চিংনরোই ঐন মচেং অমফাওব, মান-ঐগি থাজব মাংহনগনি হায়ব। মরমদি মমিং পাল্লি, মহাক্ন ঐবু খনখি, ইয়াগো, নত্তে, ঐ মুম্ন য়েংখিনি চিংনদ্রিবৈ মমাংদ; চিংনরবদি ঐন চাং য়েংগনি চিংনরিবত্নু, চিংনবগি প্রমানত্নু অচুম্বনি অরানবনি হেক খঙবগ অমদি লৈররোই খুদক্ত মুং-শিব নত্রগ থাজদব।

ইয়া: ঐ মুংঙাইবে মত্ তাবদ, মবমদি ঐ হুজ্জিক খুদোংচাব ফংজরে ইনিংতম্ন উংনব মুংশিব অমস্নুং ইথৌ: হায়দোকপ ইথৌনিন হায়জরগে তাবিরসি। ঐ হুজ্জিক প্রমানগি ব্রাদি পল্লখিবোই। ইবেম্মবু খব শেন্নবিয়, কেশিওগ মবী লৈনবদ মিংয়েং তা-বিয় চিংনগনবস্নু থাজগনবস্নু তৌবিদন, নংগি মহৌশান চিংন-গন্দব অতিংব লীচিংত্বু মীন নমথাক তৌখিব ঐগি থরাইন য়াজ্জনীংদে; অদোমদ খব চেকশিনবিয়: খঙই ঐ লৈবাক্কি লীচং, ভেনিসকি মুপীশিংদি উহল্লি নোংথক্নু শাজং কস্না, মত্নু মখোয়ন মপূরোইশিংগি মমাংদ উংপ ঙম্মোইদব; মখোয়গি

অল্লাংব অচুম অরাঙ্গ ল্লাখলদি ফত্তব তৌদববু নঃত্ত, ফত্তবত্থ লোংপবুনি । ।

ওথে : নংন হায়রিবত্থ অচুমত্রাও ?

ইয়া : মহাক্কি মপাবু নমথাক তৌখি, নঙোন্দ লৈত্থন ; মপাদ মান উংথি নংগি শকপু পামদে, কি হায়ন, অত্থগাদি নংবু মুংশি-রম্মি খ্বাইদৈ হেন্ন ।

ওথে : অত্থম্ম তৌথি মহাক ।

ইয়া : অত্থনদি ঐন হায়খিবত্থ চুমদ্রা ; অত্থক নহা ওইরিবী মান কয় হৈন তৌশিন্নত্থন মপাগি মমিংত উফুল চাইখ্রিবনো য়েংউ মহাক্ক খনখি পোংশেম যাত্থন ওইরমানে ; ইহে, ঐন তৌরিবসি চুমদ্রে ল্লারৌবিব য়াদে ননাইবু ঙাকপিয়, ইবুংঙোবু মুংশিজ্রমনবদগি ভিংন হায়দোকউরে ।

ওথে : ঐ নংগি তৌবিমল খক কাওরোই ।

ইয়া : ঐগি ল্লাশিংসিন পুক্লীং থর মুংঙাইহন্দন উজ্জৈ ।

ওথে : করিমত তৌদে, করিমত তৌদে ।

ইয়া : অওইবমক, মুংঙাইত্রমানে চিংনজ্জৈ । ঐন হায়জখিবশিংত্থ মুংশিত্থন হায়জমানে লৌবিনি নিংজ্জৈ । ঐন উবদদি থল্লাই শোক্ল উজরে । ঐন খুরুমজগাদবদি ঐন হায়জখিবশিংত্থ অর্থ পাক্ল পুবিত্থন লমলাপ্প ল্লারেপ তাবিগম্ন খিত্তং চিংনবিবদৈ হেন্ন ।

ওথে : ঐ তৌরোই ।

ইয়া : অত্থম্ম তৌবিপ্রবদি ইবুংঙোন ঐগি ল্লাহৈশিংত্থ অরানব মহৈ

য়ানখিনি ঐগি য়াখলনদি খঙনমদব। কেদিওম্তু ঐগি মতিক চাব মরুপনি ইবুংঙো, থরাই সুংঙাইবিদব উজরেদা।

ওখে : নত্তে, ঐ করিস্নু তৌদে। ঐ অহৌত করিমত্ত থল্লে, দেস-দেমোনা মবুক শেংবীনি হায়ব নত্তন।

ইয়া : অদুম্ন কুইন হিংসন্নু ইবেম্মতু! অদুগ ইবুংঙোস্নু অদুম্ন থনব কুইন হিংবিয়ু!

ওখে : অদুবু খঙদে তাইব' পীচংন মাগি লম্বীতু লাম্নুন—

ইয়া : হোয়, মতুনি থন্নদোব য়াফমদি : শেংন হায়দোক্নরবদ—মতিক মপা চাব পাখং কয়ান মরৈবাক্কি, মচু ভিন্নব, মফম মায়বন লোগে হায়রবদ, ঐখোয় খ্বাইন লাম্বা চায় লৌনকৈ থন্নবতু মঙোন্দ করিস্নু নাচুংখিদে, ভক্ত্র থনবিয়ু, অস্নুম খ্বাইগ মান্নদব মাগি লম মহেক্সিবু কনাগুম্ব অমন হায়রোইদ্রাও চাংকায়ব হৌনদব য়াখলনি? ঐবু ভাকপিন্নু, মাগি য়াদ নত্তে হায়জরিবসি ; চিংবুদি চিংনজে, মাগি পুক্ৰীংহুন চুম্ন থল্লক্নগ নহাকপু চাংদম্নরব য়াইং মরৈবাক্কি শকওংগ অদুগ থন্নকপ য়াইং অরেম্বদ মঙোন্দ লৈজরুরে!

ওখে : বিদায়, বিদায়। নংন মতুদগি হেন্ন খঙলক্নবদি ঐঙোন্দ তাকউ ; নংগি সুপীবুস্নু খর য়েংহল্লু : ঐবু থনম্মো ইয়াগো।

ইয়া : ( চৎন চৎন ) ঐ চৎচরে, ইবুংঙো!

ওখে : ঐন লুহোংলুরিব করিগিনো? মবুক শেংব নিপাসি মান হায়রিবহৌদে হেন্ন উরে, হেন্ন খঙলে, চিংননিংঙাই লৈত্তে।

ইয়া : ( হল্লক্নগ ) ইবুংঙো, ঐন নোল্লুক্ন হায়জনি; য়া অসি মখা শাংখন থন্নবিকরব্নু, মতমদ শিন্নথোকপিন্নু, কেদিওম্তু মফম

হজিললহনব য়াই, থবক্তু মতিক চান পুজে ; অতুবু মহাকপু স্থম লৌথৎপিদতুন থর থম্নবদি ইবুংঙোন উবিরকখিনি মাবু অমসুং মাগি খুজৎতু : য়েংশিনবিহো, ইবেম্মন মাবু লৌখৎপিনব কয়া কম ইবুংঙোদ য়া নোম্নকপগে, মতুদেসু ভাব য়াম্ন তাবিনি। মবক আসদদি ঐগি য়াশিংদু থাজব য়াত্রি খনবিখো, ঐন নিংজরিবসি শোইদ্রে হায়দোব কিজরিবনি ঐসু, অতুগ ইবেম্মবুসু শেংই খনবিখো, থরাইয়াওন হায়জরি।

ওথে : ইশাবু থাম্ব ঙমজরোই হায়বগি কিগনু।

ইয়া : ঐ অমুক বিদায় নিজরে। (চৎখি)

ওথে : নিপা অসি কা হেন্ন মবুক শেংই, অতুগ তাইবং পুক্লৗংগি অকুপ্প লীচং নিংথিন খঙই। মাবু ওক্তবীনি হায়বগি মতিক চাব প্রমাণ ফংলবদি ফন চেংন পূল্লমসম্ন মহাক্তু ঐগি থম্মোইদ, থদৎতুন লংখোকখিনি মহাকপু হুই খোংবগুম মুংশিং মরক্ত, মনীংতম্ন অপাম্ব ফাব চংচখিনব। ওইরম্ব য়াই, ইচু মুবগি, খোংপ মেংব য়াংপগি য়ারী য়াতাই শাবদ মাঙ্গোল্দ কোইগনব শিংগুম্ন নত্রগ চহি য়াম্মবগি, মতুসু পঙয়ামদি য়ামদ্রি—মহাক চৎখ্রে, ঐবু লৌনম্মে ; ঐন পোখাগদবদি মাবু তুক্কচরগদনি। ওহ, লুহোংবগি শাপ, ফজরবীশিংহুবু ঐখোয়ন কৌজবশাই ঐখোয়গিনি, অতুগ মখোয়ন লাম্মীবতুগি মপুদি ঐখোয় নত্তে! হঙোই ওইবন হেন্ন পামজে লৈখুন অমগি ঈরিক্ক হিংব, ঐন মুংশিজবৈ কাতীন অম মীন শিজিন্নবব থাকপৈ মহুৎত। অতুবু মসি অচৌঅশাংশিংগি লাইবক থীবনি ; হিন্নমসিদ মখোয়ন তোঙ্গৈ মীচমদগি ; থাদোকপ

য়াত্রব নোংদম্নি মসি শিবগুম্ন : থাজব য়াদবী লৌ হায়হুন ইয়াইবক্ত য়েকখ্রবনি হেক পোকপদগি। দেসদেমোনা লাক্নে

( অমুক চংলকই দেসদেমোনা অমস্নুং ইমিলিয়া )

মান মবুক শেংলমত্রবদি, ওহ, স্বর্গস্নু শেংত্রে! ঐ মসি থাজরোই।

দেস : কৈদৌবিরবগে ঐগি চানরব ওথেল্লো ; চাকলেন লোইরে, মবুকফব ঈর্ষাসিগি মীয়াম বার্ত্তোন তৌবিরুবহুন ভাইনহৌরে।

ওথে : ঐন লাক্লে।

দেস : করিগিনো অহুক শোম্ন ভাংবিরিববো ? হকচাং ওম্মিত্রবাও ?

ওথে : ঐগি লাইবক স্নুয়াইদ থর চীকই।

দেস : ঐ থওড়ে, অহিং ভূমদবৈ ওইরিনি। মরন্নাই ফজথিনি। কোক্তু পুনশিনগে, পুং অমদ ফখিনি।

ওথে : নংগি রুমালসি পিকমল্লি।

( মকোক্তগি রুমালহু লৌথোক্লগ থাদরম্মি )

চিকচসমুসে। লাকও চংমিন্নরসি।

দেস : হকচাং ওমদে হায়সিদি মুংভাইত্রেদা। ( চংমিন্নখি )

ইমিলিয়া : রুমালসি খুনবদি মুংভাইরেদা ; মূবন মওোন্দ ইহান হান্ন পীখিব খুদোম্নি : ঐখোয়গি লমহেনব নিপান মসিবু হূয়াম্লকউ হায়হুন ঐওোন্দ তকলকইব চামরকপু ওরে ; অহুবু মুপীহুন খুদোল্সিবু লুন ভৌজবন, নিপাহুনগ মাংহনব য়াদে হায়রন য়াশকহনখিবগ, মনাক্ত থম্মি মতম পূম্নমক মান মসিবু চুপ্পনবগিদমক অমস্নুং য়ারীশানবগিদমক। মল্লিদ লোল্লীব মরোলসি হান্ন লৌখোক্লগ, ইয়াগোদ পীগে, মান কৈদোনরগব থওদে, কৈরেং য়ুরেংব মনীংহু মাগি, থুংজনব।

( ইয়াগো অমুক চংলকই )

ইয়া : হায় কৈনো ! নথন্দ কৈদৌরি ?

ইমি : ঐভোন্দ চৈঙরাকচম্নু, নংগি কৈনো অম লৈরে।

ইয়া : ঐগিদমক পোং অম ? অচম্ব পোং ওইরিনি—

ইমি : আহ !

ইয়া : অপঙব মুপী লোব ।

ইমি : ওহ, অত্তুন লোইরবাও ? রুমালত্তুমক পীরবদি নং ঐভোন্দ করি পীনি হৈজিক ?

ইয়া : করম্ব রুমাল ?

ইমি : করম্ব রুমাল ! হেরা, মূরন অহানব দেসদেমোনাদ পীখিবদো নংন হূরাল্লকউ হায়ত্তুন ঐভোন্দ তোইন ইন্সিনখিবদো।

ইয়া : মভোন্দৈ হূরাল্লরুব্রা ও ?

ইমি : নত্তে কদাইদগি ; থোশাদবদগি মান থাদরম্বনি, থুদোং চাদত্তুনা সিদ লৈবদগি ঐন থুনবনি। য়েংউ, সিদ লৈরে।

ইয়া : অত্তুনিদন মুথীমচা হায়ত্তুন, কদায় ঐভোন্দ পীরো।

ইমি : কৈদৌনদোরিবনো, অত্তুক থরাই য়াওন মসিবু ঐভোন্দ হূরকউ ইন্সিল্লিবো ?

ইয়া : করিগিনো, নং কৈদৌনগগে ? ( লাকই )

ইমি : থোক্টন কাম্নদোব লৈত্রবদি ঐভান্দ অমুক পীরকউকো : লাই-বকথীবী মুপী, মাংগ্রে হেক খঙলকপদ হাওত্তুনা চংতোবনি।

ইয়া : খঙইকা হায়রুমুকো ; ঐগি কাম্নদোব লৈ। চংলো, ইনাক্ত লৈরম্নু ।　　( ইমিলিয়া চংথি )

কেশিওগি ইমুংদ রুম্মালসি থাদয়রনি মাল খুম্নব। মুংশিংকুম্ব করিস্থ লৈতবসি খম্বন মৈশা লাংবদদি ধর্ম্ম শাস্ত্রগি অংেপ প্রমাণগুম থোকই; মসি কান্ননি। মূন্নসি ওনবদ্দি হোৌরক্লন ঐগি হূত্নুন: মত্তা চাদব ব্রাথন্দি মচং অত্থ হূ শুমই, মত্থ অহানবদদি থোইদোক্ল হাওতে হায়ব খওদে, অত্থবু ঈদ চংখিত্নন মাগি থবক্তু থিংতং হৌথ্রবদি কস্তক্কি থোংম চাকপ-গুমই। ঐন হায়বত্নমক্কি: য়েংউ, মহাক লাক্লে!

( ওথেল্লো লাকই )

কবান কান্নরোই, সঙ্গোইদাক্ল (*) কান্নরোই, কান্নরোই পৃথ্বীগি তূম্নীং হিদাক পূম্বনস্থ নংবু মুংডাইন তূমহনব ওরাংদৌন।

ওথে: হা হা! ঐডোন্দ নমথাক?

ইয়া: করিনো কৈদৌবিরবগে জেনেরেল? অদোমদ খনবিক্লরনো।

ওথে: মাংখ্রো! চংখ্রা চংলু! নংন ঐবু মীওং কোলুদ চপ্লম্মে ঐন ব্রাশকইবসিনি মপূং ফান নমথাক তৌথিবন হেন্ন কৈ খিজিক্লমক খওড়ুবগি মত্থং।

ইয়া: কৈদৌবিরবগেনে ইবুংডো?

ওথে: ঐ করি খওডম্মি মান হূখিব অপাদ্বৈ পুংজাশিংত্থ? ঐ মত্থ উখিদে, খল্লুদে, মত্থন ঐবু মাংহল্লমদে: মথংগি অহিংত্থ নিং-খিন তূমখি, ব্রাইশংখি মুংডাইখি; ঐ থেংনখিদে মচিনবান্দ কেশিওন চিন্থেংনখিবৈ: হূপিব পোংকি কান্নব লৈত্রবদি

(*) Mandragora—তূম্নিংহনব হিদাক পাম্বী, সঙ্গোইদাক হায়জিনবনি।

অমাংব নিপাদুদ মাংখি হায়ব থওদসন্ন, মাংদ্রবগ চপমান্নে মঙোন্দদি।

ইয়া : মসি তাবদি মুংঙাইতেদা।

ওথে : ঐ মুংঙাইবমগনি লাম্মীগি মীপুম খুদিংগ, লম্বীদ শূব য়াওন, মাগ চান্নজখ্রবস্ত ঐনবু খওলমদ্রবদি। ওঃ! হুজিক্তি মপোক-সিগি বিদায় পুক্কী'গি পোত্থাব, অপেনব. Fare well উচেকমতু লুহুপ্ত থেংপ লাম্মীমপৈ, অকনব লাঙ্গাও, অরাংব পাম্ববু থর্ম্ম ওইহনব! Fare well থেরুথোংব অথোব শগোল-শা, অয়াকপ ট্রম্পেৎ, নিংদোন চোংহনব ড্রম, নাকোংদ হুৎপ তৌদ্রি, নিংথৌগি ফিবাল অমস্তুং শুমহৎপওম্ব অতৈ অতৈ, লেমজভম ওইব লানগি নাপল, খুজ্জিন থৌরাংগি কুম্মৈ, পুম্ম-মক বিদায়! বিদায় নোংমৈ তোপ, মাংতাকহনব ওম্ব, অহৌব নাথোন্ন শিদব জুপিটবগি নোংমৈশিঙ্গং মতৌ তম্বা! বিদায়, ওথেল্লোগি পুন্সিগি থবক লোইরে!

ইয়া : করিনো তাকপিরিবহুবু অওইব্রাও, ইবুংঙো?

ওথে : মীফত্ত, শোইদন প্রমাণ পীয়ু মবুক শেংদবগি ঐগি মুংশিবীন, শোইব য়ারোই মিৎন উব প্রমাণ; নত্রবদি তাইবংমীগি মাং-দব থরাইগি মমলন খওনি ঐগি অশাওবন হৌরকপগি পাউ-খুম পীদোশকক নং হুই ওইন পোকচরম্বন ফরমদোবনি থল্লকনি!

ইয়া : ঐঙোন্দহুম শাওবিবহুদ তারব্র?

ওথে : ঐব মত্ত উহল্লু, নত্রগ অম্মুম্ব প্রমাণ পীয়ু মহুদ অহোব, চিংমনিংঙাই ওইব য়াওদব; নত্রগ নগুন্সিদ মাংতারুপ।

ইয়া : ঐগি পুকচেল চাওরব অওম্ব ।

ওথে : নংন মুপীবু মিংদা থীহন্দুন ঐবু ওংলবদি লাই অমুক নীংলুরম্ব ; মিমুংশি করিমক্ত খওলম্ব ; তমথীবগি মকোক্ত তমথীব কয়া থোঙ্গংলু ; তৌ থবকশিংত্থ স্বর্গবু কপহন্নব, পৃথ্বীবু থুকহন্নব ; মরমদি, হাপকংনব লৈররোই নরাল অতৈ, নশাবু মতম চুপ্প নোবোক্ত পংতুন থয়ব, ঐবু লান্ন চিংনহনবসিদগি হেন্ন ।

ইয়া : হে থৌজাল ! হে ঈশ্বর ঐবু ভাকপিয়ু ! ইবুংঙোবু মীরাও ? রাখল খন্নব জ্ঞান লৈবিরাও ? ঈশ্বরম্ম য়াওবিসম্ম, ঐগি ঐগি ইফম লোথোকপিয়ু । ও লাইবকথীব অপঙবা, নবুক শেংববু নরাল ওইহন্নব হিংবা ! ও তমথীরব তাইবংপান ! খওজিনবিহৌ, পাওতাকসি খওবিহৌ, হে তাইবংপান চুমজ্রিং ভাংব অমস্থং ইবুক শেংবদি য়াইফব ওইদে । কান্নব পাউতাকসিগিদমক ইবুংঙোবু থাগৎচরি, মতুংসিদদি মরূপ অমত্ত খক মুংশিজররোই মরমদি মুংশিরুবদগি পোকই অস্তুম্ম শাওনিংহনব ।

ওথে : নত্তে, ভাইখো নং নবুক শেংগদবনি ।

ইয়া : ঐ অশিংব ওইজরগে, মরমদি পুকশেংবদি অপঙবনি, মাগি ফনব তৌরুব মুংশিবত্থ মাংজে ।

ওথে : তাইবংপান্ন সাক্ষী, ঐন খল্লি ঐগি মুপী মবুক শেংই, অমুক শেংদমানে ; ঐন খল্লি নংবু চুম মানে, অমুক চুমদ মানে । ঐ প্রমাণ খর পামই । মাগি মমিং থাজগুম লংলম্বত্থ মাইহীংন শীথ্রে হুজিক, ঐগি কুচুগুম্ন মমথ্রে । য়ান্নব থৌরীন

য়াংত্রবদি, থিল্লব ছুরীন লৈরবদি, হু, মৈ নত্রগ মুংশা। ফুল্লব ঈশিং ঈচেন লৈরবদি ঐ মসিবু থাংহ্নুন থক লৈরোই। তাং দাংবহু থওলবদিকো!

ইয়া : ঐ উজরে ইবুংঙো, শাওনিংবন পূম্ন উমখ্রে : ঐ নীংঙমজদ্রে, ঐন মহু ইবুংঙোদ পীরুবনি। অশেংব থওব পাম্বিবকো?

ওথে : পামহ্ই, নত্তে, থওদব য়াদবনি।

ইয়া : থওবিব য়াই, অহুবু কমদৌনা? কমদৌরগ ইবুংঙোবু নে তা-বিগদগে? ইপঙ পঙন কুম্মৈগুম য়েংবিব য়াগত্রাও ইবেম্মহু লমলানবদ?

ওথে : অশিব অমস্থুং নোরোক! ওঃ!

ইয়া : ঐন নীংই, মসি তন্নব লুরব থবক্তি ফিভম অহুদ মখোয়বু পুরকপ হায়বসি : মখোয় মশেনগি নত্তন অতোপ্প মিৎন উবদি মহু শাপকুম্বনি। মহুদি কমদৌনি? করি হায়নি? ঐন কমদৌরগ পেনবিদগে? মখোয়ন করিগুম্ব হামেং, য়োং, কৈশাল নত্রগ য়ু ঙাওব ওইরবস্থু ইবুংঙোন য়েংবিনি হায়ব ওইথোক্কবনি। অহুবু, ঐগি য়াথল লীখুম্ন পরম চুম্ন, প্রমাণ চান অচুম্বগি থোঙ্গান তাম্ন পুরক্কবদি পেনবিব য়াই, মহুদি ঐ তৌজগে।

ওথে : ময়েক লাব প্রমাণ পীদবয়াদে দেসদেমোনান মবুক শেংদবগি।

ইয়া : ঐ মসি থবকসি পামজব নত্তে, অহুবু ঐন হৌজিল্লুরবনি পঙহ্নুন পুকশেংবদৈ অমস্থুং ইবুংঙোবু মুংশিবদৈ, ঐ চথজরগে। কুইত্রি ঐন তুমিন্নখিবহু কেশিওগ, মহুদ য়া চীকপন ঐ তুম্ব

করিমত য়াথিদে। মী মথল অম লৈ মবুক্তু চেংখিত্রবা মতুদি তৃম্ব মতমদ মথোয়গি অবোনব ব্রাহু হায়দোকপ : কেশিওন্সু মথল অতুগি মী অমনি। মান তৃম্বদ শোনব ঐ তাখি, "সুংশিবী দেসদেমোনা, চেকশিনসিংকো, ঐখোয়নীন সুংশিন-বসে লোংসিকো ;" অতুদগি মান, ইবুংঙো, খুংসি করক কবক পায়রগ কৌরকই, "ওহ, সুংশিরবী ইবেম্মা," অতুগ মচিনযান্দুন ঐগি চিম্বান্দ মরা তাথ্রব মীচুপ ফুক্লগে মতাগুম কন্ন চুপখি, অতুদৈ নুংশামপী হোল্লগ হায়খি "তমথীরব নোংদম্ন নংবু পীখোকথিবনি মূরতুদ!"

ওথে : ওঃ, তাহৈদবা ব্রা! তাহৈদব ব্রা!

ইয়া : নত্তে, মসি মমংগি ব্রাদনে।

ওথে : অতু ওইরবস্থু মসিন তাথ্রব ব্রারেপ্তুবু শোগৎলি : মসি মরম চাব মচিংননি, মংগি ব্রা ওইজররবস্থু।

ইয়া : অতুগ মসিন তেংবাংলব য়াই মশা নোম্ন প্রমাণ অতৈবু।

ওথে : ঐন মাবু লোইনমক মচেং মচেং শেগাইনি।

ইয়া : নত্তে, শিংবিনো : ঐখোয় করিস্থু অওইব উত্রি ; হুজিকস্থু মবুক শেংলম্ব য়ারি। মসিদংদি তাকপিয়, করিগুম্ব মতমদ উবিখিদ্রা রুমাল অমথক ইবেম্মাগি মখুৎত পায়ব হৈজাস্পেং লোনবদো ?

ওথে : অতুগুম্ব অম মঙ্গোন্দ পীখি, মতুন ঐগি অহানব খুদোল্লি।

ইয়া : ঐদি মতু খঙদে ; মতুগুম্ব রুমাল অমদি ওইরমগনি শোই-দন ইবেম্মাগি—ঐ উথি ওসি কেশিওন মকোয় তৈথোক্লখিব।

ওথে : মতুন অওইব ওইরব্রাদি।

ইয়া : মতুন অওইব ওইরম্মবদি নত্রবম্নু· ইবেম্মগিবু ওইরম্মবদি, ইবেম্মগি ফম্তুনব রাদ তায় প্রমাণ অতৈত্নগ করিগ।

ওথে : আঃ, মীনাইত্নুগি মথন্নাইত্নু নীনীং ৪০ শুরম্মবদিকো ! অমদি য়াম্মন্দে, শোনমল্লি ঐন লম্মন খুম্বদ। ঐ উরে হুজিক অচুম্বনি হায়ব। য়েংউ ইয়াগো, পডন মুংশিরম্ব পুম্ব নোংথক্ত কাম-থোক্লবনি : চংখ্রে মতু। মত্নুত্ত হৌগংলক্লো তমথীব লম্মন মথুম হাংহৌব লৈখুনদৈ, শিন্নখ্রো নুংশিব, নংগি লুহুপ অমদি তাংবন থম্মোইদৈ মীওংনব তুকজবদ ! পোমথংলো থম্মোই পোংলুমত্নুন, হূ কাখংলু লৌন্দুন চীকপনি !

ইয়া : অত্নুমকপু তপথবিখো।

ওথে : আঃ, ঈ, ঈথেং, ঈথেং !

ইয়া : খাংবিখো, ঐন হায়জরি ; নবুন্নীংত্নু ওল্লকপ য়ারি।

ওথে : কৈদৌউদ ওইরোই, ইয়াগো, কৃষ্ণসাগরগি উমহীন ইংলব থিডডমদব হইচেলন চেম্ববগুম কৈদৌউদ হঙ্গংতন মারমোরাদ বোক্ফরন্ত। ঈথেং পাম্ব রাথলশিন্নু ঐগি, কন্ন য়াংন চেম্ব-খ্রনি, কৈদৌউদ হন্ন য়েংলক্লরোই মবুক তপ্প মুংশিবদ, মতিক লৈব মথা লাওব লম্মন মথুম্ন মত্নবু উমখিদ্রিবফাও। হুজিক্তি, নুংডৌগি মানব নোংথক্ত খডবিহৌসন্নু, ( খুকউ লৈতাই ) ঐন হায়খ্রিব রাশিংত্নু ঐগি অরেপ্প রাশক্তি।

ইয়া : ডহাক্ত হৌগংপিখিন্নু ( খুকউ লৈতাই )

সাক্ষী ওইহৌ, তত্তন নোংথক্ত ডাল্লিব থন্নান মৈরাশা, নথোয়ম্নু অকোয়বদ লৈরিব মুংশিং মুংশা, সিদ কথলি ইয়াগোন মাগি,

থম্মোই, মরৌশিং মথুৎ শিজিন্নবব, ওথেল্লোদ লাল্লকপশিংবু লম্মন খুন্নদ ! মহাক্ন পীসন্নু য়াথং, ঈথেং তানদৌব থবক্তন্সু, মাহ্নু পাংখোক্কনি ঐন থন্নুংদগি যৌদাগুম ।

( মখোয়নী হৌগংলি )

ওথে : তরাম্ন ওকই ঐন নংগি নুংশি নতেং, চুন্ন চীন্ন থাগংপদ নত্তন থন্নাই হকচাং য়াওন, থুদক অসিদ শিম্থাম্নু পীরবনি নঙোন্দ : ঙসিদৈ হুম্মীগি মন্নুংদ তাহল্লু ঐঙোন্দ কেশিও হিংদ্রে হায়ব পাউ ।

ইয়া : ঐগি মরুপ্তু শিরে; তাকপিবগ পাংলগদবনি । দেসদেমো- নাদি হিংজসন্নু ।

ওথে : লীচং নাইদবীহুম্নু নোইথায়রদৌবনি ! পংতুন লৈরুসন্নু নোরোক্কি কোমদ ! লাকও ইমানী চংমিন্নবসি, মাঙোন্দৈ লাপ্ন ; ঐ ইথন্দ লৈরুব তায় করিগুম্ন পান্বৈ ফংনব থীন্দন হাংনব ফজন তীঙ্গংবী অত্নুবু । হুজিক্কি নংন ওইরবনি ঐগি লেফটনেন্ট ।

ইয়া : মতম পুম্নদ ননাই ওইজরবনি ।· ( চংখি )

## ৩/৪

### লানবন মমাংদ ।

চংলকই দেসদেমোনা, ইমিলিয়া অমসুং ফাগী পুব ।

দেস : নিপা নংবু থঙত্রা লেফটনেন্ট কেশিও কদায়দ লৈ ?

ফাগী : মহাক্ন লৈহ্নন ওইদনা ঙাংভনসি ঐ হায়ব ঙম্মোই ।

দেস : করিগিনো নিপা ?

ফা : মহাক লাম্মী অমনি, কনাগুম্ব অমন লাম্মী অমবু লৈ, ওইদব ঙাংই হায়বদি মঙোন্দ থাংন থিনবগুম্বনি।

দেস : য়ারেমতু তানিংদে, কদায়দনো মাগি লৈভমবো ?

ফা : মাগি লৈভম ইবেম্মদ তাক্তোরিবসি ঐগি লৈভম তাকপনি।

দেস : মসিগি য়াসিবু মরোল লোব য়ারিব্রাও ?

ফা : মাগি লৈভমসি ঐ খঙজদে, ঐন মাগি লৈভম অম শেম্মগ সিদ নম্রগ অতুদ লৈ হায়রবদি ঐন লৈতুন ওইদব ঙাংভম তাকপনি।

দেস : মীঙোন্দ হংডুরগ খঙলকপ য়াব্রাও ?

ফা : তাইবংপান পুম্নমক কোইহং হংউবনি মাগিদমক, অতুগ পাউ-খুমতু পুজরকপ তারে।

দেস : মাবু থিরুচো, সিদ লাও হায়রম্মু, অতুগ মাগি য়াতু ঐখোয় ইবুংঙোদ কন্ন হায়নরি, ফরকপ য়াই হায়ন তম্নম্মু।

ফা : মতু পাংথোকউবতু মী অমগি লৌশিংন লাম্ব ফংব পোৎনি ; মবম অতুন ননাই ঐ মতু পাংউনব হোৎনজগে।

দেস : কদায়দ ওইবিদগে ঐন রুমালতু মাংহল্লরিবসি ইমিলিয়া ?

ইমি : ঐ খঙজদ্রেনে ইবেম্মা।

দেস : ঐবু থাজ্জৌ, শেলন থল্লব শেঙ্গাও মাংজাখিবন হেন্ন ফবমগনি হায়ব : কারগুম্ব ঐখোয়গি লেমলব মুগ্নন মবুক শেংগনব নংলমদন খম্বনজাওব মী মচা ওইরম্ব থোক্লবদি ঐবু ইবুক শেংদে থনখিব হেন্দোক্ল য়াপোৎনিদো।

ইমি : মহাকপু খম্বনগনব্রাও ?

দেস্ : কন্না, মাবো ? ঐন থনবদি মান পোকপ লমগি মুমিংতুন খম্বন রাখলহু মঙোন্দে লোইন চুপথোকখ্রমানে।

ইমি : য়েংউ, মহাক লাক্লে।

দেস্ : ঐ মাবু থাদোক্লরোই হুজিক, কেশিওবু মনাক্ত কোইহ-ল্লুদ্রি ফাওব।

( ওথেল্লো লাকই )

কৈদৌবিরবগে ইবুংঙো ?

ওথে : ঐগি ফববী মুপী। ( লৈথোক্লগ ) অশেংব পুক্লাং লোৎপসি কয়া লুখ্রবা ! নংবু কমদৌবিগে ?

দেস্ : কৈস্ত তৌজদে, ইবুংঙো।

ওথে : নখুংতু কনায় য়েংগে : খুৎ অসি চোৎলিনা, মুপী।

দেস : চহি য়ামজদ্রিবা, কংহল্লব অরাবস্ত নংজদ্রিবা।

ওথে : মসিন তাকই মহৈয়ানগনব, নবুক ফব: শাব, য়ায় শাব অমস্তং চোৎপ খুৎসিন তৌগদবদি ননিং পঙতম তমদব চবা হেনব, লাইনিংব অমস্তং পুকচেল ফাব, সিদ উবে লমহেনব নহা লাইমু অম। মসি খৌজাল হৈব খুৎনি মী:ন্দ পীথোকনব।

দেস : অওইব ওইন হায়বিব য়াই অতুম্ন; মবমদি খুৎসিননে থম্মোই কৎচখিবদো।

ওথে : পীগনব খুৎ: থাইনদি থম্মোইন খুৎ পীনরম্নি, হুজিক্তি অনৌব চৎনবী অম, খুং পীথোক্লগ থম্মোইন খাক্লহৌব।

দেস : মহুগি মরম ঐগি হায়নিংঙাই লৈজদে। হুজিক্তি সোমদ ভাংনরসি, রাশকপিখিবদো।

ওথে : করি য়াশক্লো, চান্নবী ?

দেস : ঐন কেশিওবু কোইনজখ্রে, ইবুংঙোগ য়াক্লী শাহক্লব ।

ওথে : মিৎ, নাকোং মুংঙাইতে, নংগি রুমালছু অমুক্ত য়াইগে ।

দেস : সিদ লৈরে, ইবুংঙো ।

ওথে : ঐন নঙ্গোন্দ পীখিবদো ।

দেস : মত্তুদি ঐঙোন্দ লৈতে ।

ওথে : লৈত্রে ?

দেস : লৈতব মক্লি ইবুংঙো ।

ওথে : মত্তু মরাল অমনি । রুমাল অত্তু ইজিপ্তকি মুপী অমন ইমাদ পীখিবনি ; মহাক মাইবী অমনি, মীগি পুক্লীং খঙই ; রুমালত্তু মঙোন্দ লৈরিবমখৈ, ইমাদ তাকখি, মাবু মুংশিহন্দুন বাজিবু লেংহল্লোই হায়ন ; অত্তুগ মত্ত মাংহনখ্রবদি নত্রগ পীথোকখ্রবদি বাজিগি মিংন মাবু তুক্কজন উনি, অতোপ্প অপাম্ব অতে যিথিনি : ইমান শিরমদাইদ মত্তু ঐঙোন্দ পীরম্মি, অত্তুগ হায়রম্মি, "নরাইবর মুপী থিহল্লগ নংগি মুখীত্তুদ পীয়ু", অত্তুন নঙোন্দ পীবনি । মত্তু চেকশিন্ন থম্মু, নমিৎকুয় লুন তৌ ; মত্তুবু মাংহনব নত্রগ পীথোকখিবগ মান্নন মাংতাক্লীংঙাই ওইব করিমত লৈরোই ।

দেস : অওইব্রনে ?

ওথে : অচুম্বনি মসি : মিত্রং য়াওরি মত্তুগি মরোলদ, চহি চনী পুন্সি খিবা লাইতোংবী মাইবী অমন তুংগি থোদোক মমিংত উব মতমদ লোনখিবনি ; রুমাল শাখিব মুগাত্তু অশেংব তীন্ন

কোকপনি ; রুমালত্থু মচু শংখিবন থোইদোক্ল হৈবশিংন, হিদাক্তুন নৈশাবীগি থম্মোইদৈ লৌত্থন গেমথিবা।

দেস : অওইবমক ! মত্থন্ অচুমব্রাও ?

ওথে : য়াম্ন চুম্ব য়ানি, মরম অত্থুন লুন থম্মু।

দেস : অত্থুদি, ঈশ্বরন চানবিত্থুন মত্থু ঐঙোন্দ উহনবিরমত্রবদি ফরমনিদকো !

ওহে : হা ! অত্থুম হায়রিব করিগিনো ?

দেস : অত্থুক শাওন ফিংন ঙাংবিরিব করিগিনো ?

ওথে : মত্থুবু মাংখ্রবাও ? লৈখিদ্রবাও ? নংন লাম্ব ফংলরোইদ্রাও ?

দেস : ঈশ্বরন ঙাকপিসনু ঐখোয়বু !

ওথে : মাংখ্রে হায়রিব্রাও ?

দেস : মাংখিদে, অত্থুবু মাংখ্রগ কৈদোবগে ?

ওথে : মাংখ্রে ! কমদোনা ?

দেস : ঐন হায়রি, মাংখিব নত্তে।

ওথে : লৌরুচো, ঐ য়েংগে মত্থু।

দেস : করিগিনো, লৌরুব ঙন্নিয়ে ইবুংঙো, অত্থুবু ঐ হুজিক্তি লৌজরুরোইয়ে। মসি তাৎ মাল্লি, ঐন য়ানোম্বত্থু তোরুব ; খুরুমজরি, কেশিওত্থু লৌখৎপিরো হায়বনি।

ওথে : রুমালত্থু লৌরুচংলু : ঐগি পুক্নীংসি য়াম্ন চিংনরে।

দেস : মত্থু অমুক্ত থম্বিখো ; কেশিওদগি হেন্ন মতিকচাব নিপা থেংনবিরোইয়ে।

ওথে : রুমালদো !

দেস : ঐন হায়জরি, কেশিওগি ব্রা তাকপিরো।

ওথে : রুমালদো !

দেস : মাগি মমাই পাকপা, মুংঙাইয়াইকব পূম্ব ইবুংঙোন মাবু মুং-শিবিবদ লৈরব, অত্থুগুম্ব নিপা অমনি মহাক, খুদোংথীব কয়াম্ব ইবুংঙোগ নংমিন্নরুববনি—

ওথে : রুমালদো !

দেস : অওইবমক, চুমদবজাংনি ।

ওথে : হন্দোকউ চংলু !  ( চংখি )

ইমি : নিপাসিবু খম্বনমৈশা লাংদ্রবাও ?

দেস : ঐ মমাংঙৈদ মুম্ন তৌব অমুক্ত থেংনখিদ্রি শোইদনমক, রুমাল-ত্থুগি অওকপ খর লৈবতায় : মত্থু মাংখিবদ ঐ ওস্থোক্ত মুংঙাইখিদ্রে ।

ইমি : চহি অম অনীন নিপা অমবু শেংন উংতে, মখোয়সিদি থো-গোৎপ চাকখাওনি, ঐখোয়ন অহানবদ লাম্ন চারগ থল্লব মতমদ চিপ্পাক হুন্দোকই । য়েংবিয়্ন ইবেম্মা, কেশিওগ ঐখোয় নিপাগ !

( লাকই কেশিও অমস্মুং ইয়াগো )

ইয়া : পাম্বৈ অতৈ লৈতে, মুন্দুন তৌবিব নত্তন ; এঃ, লাইবক-ফরেদা ! চংলো, নিংখিন হায়জরুরো ।

দেস : কমদৌরিবা হৌজিকপো, ফরব কেশিও ! করম করম তৌরিবগে ?

কে : ইবেম্মা, ঐন হান্ন হায়জখ্রবত্থনি : ইবেম্মাগি কৃপাদগি ইফমদ অমুক্ত হঞ্জিনহনবিয়্ন, য়াওহনবিয়্ন ঐবুস্থ মান মুংশিবিবৈ মরক্ত,

থন্নাইমক য়াওন ইকাইখুম্নজবনি মাবুদি ঐন। চানবিদসন্নু ঐবু শাথীব ইবাল ওইববদি, তৌজখিব থবক, হুজিক ন্নাজন্নিব অহুগ তুংদ পাংজগে নীংইবসিন মথোজালহু লৈব ওক্ত্রবদি। অহুগ মতুংক্তং থডবস্থ ঐডোন্দ কানবনি, অহু ওইরবদি পেন্দব য়াদবনিন ইংন লৈজখ্রনি, কবিগুম্ব থোরম অমদ কুন্দুন থাংজখ্রনি ইবাইবক্ল তম্ব ডাইহুন।

দেস: অন্নাবনি, নবুক য়ান্ন তপ্লব কেশিও! ঐন নোম্মিব ন্নাসি নাতৈ অম চাদ্রে, ঐগি ইবুংডোসি ঐগি ওইদন উবি হুজিক, ঐ খডব ডমদ্রি মাইথোংগুম্ন পুকচেলহু ওল্লব্রা, ডম্বমথৈ হায়জরুবে নশুংলাংগি ঐহাক্ল, ডাংমনবন মান শাওনিংবহুগি পান্দমফম নক্ল্রবে, ডাকপিসন্নু পুন্সিদ ঐবু অখডব লাইরেম্বী খুদিংনদি! মতম থবদি খাংখো, অডম্বমথৈ ঐন হোৎননি, হেন্নবু হোৎননি ইশাগিদমক ঐন ডমগদবদৈ: ঐন হায়জন্নিবসিনা ওক্লে খনবিখো।

ইয়া: ঐখোয় ইবুংডোবু ন্নারোখ্রব্রাও?

ইমি: হুজিক্ত সিদগি লেংথি, তশেংন পুক্লীং লৈতাদব উই, মহোশা খক তোদে।

ইয়া: মাবু শাওবমগদ্রাও? ঐ উখ্রে নোংমৈ তোপ্প মাগি লাম্মীশিংবু কাপথেকখিব অতিয়া তান্ন, মনাক্তগি মনাও লাইমুন মুনথিবগুম কবিস্থ নাচুংবিখিদে, মানবু শাওরমগদ্রাও? করিগুম্ব লুরব ন্না অম লৈরম্ব তারে, ঐ উন্নরুগে: শাওবু শাওরন্নবদি ন্না অম লৈরম্ব শোইদ্রে। (চৎখি)

দেস : ঐন হায়জরি, খর উন্নবিরু। শোইরোই লৈবাক্কি করিগুম্ব রান ভেনিস্তগি নত্রগ সাইপ্রস্ত থোক্লব য়াব করিগুম্ব রাথোক্ল লেখাগ্নরে মাগি পুক্লীং ঈপাক মরা তপচবত্নু ; অস্তুম্ব ফিভমদ মীগি মহৌশান শাওই কৈস্নু লৈতবদ, মথোয়গি পান্দমকম্ল অরুব রা ওইরবস্নু। মসি তশেংন তৌনৈ, থুংশা অমদ নারু কৈস্নু তৌদব হকচাংগি মফম অতৈদ অনাবত্নু ফাওই।

চুমদে, ঐখোয়ন খনগদবনি মীদি লাই নত্তে, বোরন কন্থাবু লুন তৌবগুম তৌত্নুন লৈফদে। ঐবু থীন রারকউ ইমিলিয়া, ঐ লাল্লুরে, মাগি অচোপ্প য়েক্লবগুম ঐভোন্দ চানবিদবগি ঐগি অনেখ রাথম্ন মাবু লান্ন মরাল পীরুরে।

ইমি : ঈশ্বরগি কৃপান ওইরমসন্নু ইবেম্মন খনবিবগুম লৈবাক্কি রাথোক, ওইরমদসন্নু ইবেম্মবু থাজদব নত্রগ খন্বনব।

দেস : অন্নাবান মতম, খন্বনব য়াব করিমত তৌখিদে ঐদি।

ইমি : খন্বন মৈশা লাংলব মীদি মত্নুন ইংদে ; মরমত্নুগিদমক মথোয়দি খক খন্বন্দে, মথোয়ন খন্বনবদি মশান খন্বনগনবননি : মসি হিংচাবী অমনি, মথন্দ পোকচব মযন্দদৈ।

দেস : নোংথরু হিংচাবীত্নুবু ওথেল্লোগি পুক্লীংদৈ তাম্লোকপিসন্নু।

ইমি : মত্নু ওইসন্ন ইবেম্ম।

দেস : ঐ চংলগে, মহাক থিরুগে। কেশিও নং লাপ্তুন লৈয়ু, মতা চান লৈরম্ব থেংনরবদি, নংগি রাত্নু হায়নগে য়াবিরুব, লৈজবমথৈ হোংনত্নুন।

( দেসদেমোনা অমসুং ইমিলিয়া চংথি )

( বিয়াঙকা চংলকই )

বিয়াঙকা : ঈশ্বরন য়াইফহনবিসনু, মরুপ কেশিওনু !

কে : য়ুমদগি থোরকইববু কয়িগিনো ? করম করম তৌরিবগে থাইদগি মুংশিরবী বিয়াঙকা ? অঙৌব ঐ নখোয়গ লায়রম-লিবনি চায়রবী ।

বিয়া : ঐন নংগি লৈভমদ চংকে লাকপনি কেশিও । কয়িগিনো লাক্লিবকো চয়োল অম চুপ্প, মুংখিল অরেং অমসুং মুংদাং তরেং ; পুং ১৬৮ ? মুংশিবন লাক্লব পুংশিংদি ঘড়ি-মাইদগি শরুক ১৬০ হেন্না শাংই । য়াথে পুংশিং থীবদো !

কে : ঙাকপিয়ু ঐবু বিয়াঙ্কা : হুজিক্ক মিশিগুম্ব য়াথলন নমথবিরম্মি ঐবু ; অদুবু লেপ্তন অমুক লাকচরগ শিংগৎচগে লাকখিহবৈ হিসাবতু, মুংশিরবী বিয়াঙ্কা ।

( দেসদেমোনাগি রুমালতু পীরগ )

মসিগি মরোলসি খর শিন্দোকপিয়ু ।

বিয়া : আয়, কেশিও, কদায়দৈনো সিদে ? হেন্না নৌব মরুপ অমগী খুদোন মাপ্লিঃ লাক্কবৈ মুংঙাইতবত্থু মরম অম লৈরম্মেদনা ; মতুদ তারব্রাও ? ফরে, য়াম্না ফরে ।

কে : ঙাইখোনে মুপী ! লংশিনখো অনেম্ব য়াখন্দো লাইমুপি মরমদ "মঙোন্দগি নংন লৌরকপনি ।" নং-হুজিক খম্নন মৈশাদ ঙায়ই "মুপী অমদৈ নিংশিংপোং ;" অদু নত্তে, বিয়াঙ্কা ।

বিয়া : অদুবদি কনাগিনো ?

কে : ঐ খঙদেনে চায়রবী : ঐগি কাদ তাররবদি, মৈয়োং অসি পায়রগা, অসুন অমাক্ত্রবৈদ লোইদন থিরকখিনিয়ে শিন্দোক-

হৌগে ভৌবনে : পুখ্রো, থর্‌ শিল্লোরকউ; মত্ৰা খর ইথক খবরথো ।

বিয়া : নংবু খাদোল্লবা! করিগি ?

কে : ঐ হুজিক ভেমেরেলগা উন্নদৌর নৌরি, দুশী শিরে খওহনক কাম্নদে, খওস্থ খওহল্লিংদে।

বিয়া : করিগিনো মরম তাকপিয়ু।

কে : নংবু মুংশিদবৈ রা নত্তে।

বিয়া : অদুবু মুংদি মুংশিবিদে হায়রব, অস্বাই কাওব চংমিন্নবদি য়াইদন অদুগ ভাকপিয়ু ওসি মুংলাংদি ওস্তা উজব বংলব্ৰাও ?

কে : লাপ্প চংমিন্নব য়াত্রবনে। ঐ মুয়াইদ থবক লৈবনে, অদুবু ঐ দীলম নাকে।

বিয়া : ফরেনে অদুগ ; ফিভমগি মতুংইন্ন ঐস্থ চংপ ভারে।

(চংখি)

## ৪/১

### সাইপ্রস, লানবন মমাংদ

চংলকই ওযেল্লো অমসুং ইয়াগো।

হয়া : অদুম হায়ন খনবিব্রাও ?

ওথে : অদুম খল্লি, ইয়াগো !

ইয়া : করি, চীরা চিন্থংনবদো ?

ওখে : চৎনবী কায়ব হৌনদবদো।

ইয়া : নত্রগ মাগি মকপক মাইগৈ ফিজেৎনন পুং অমরোম করিরোম হিপফমদ লৈব করিগুম্ব অমাংব রাথল্দি খল্লুদ্রন ?

ওখে : মাইকৈ ফিজেৎনব ফমুংদ, ইয়াগো, অদুগ অমাংব রাথল্দি খল্দব ! মদু লাইমুবু লৌনম্নি : পুকচেলদি শেংনিংলগ অদু ম্নদি তৌবশিংগি পুকচেলদুবু লাইমুন মিহৌহল্লি অ.গ মথোয়ন মিহৌহল্লি লাইবৈবাকপু।

ইয়া : অদুনদি মথোয়দি কৈদৌত্রে, ভাকপিব য়াব করি লৈতব মরাম্নি : অদুগ ঐন মুপীদ রুমাল অম পীরুরগ—

ওখে : করি অদুদৈ ?

ইয়া : করি ওইনি মাগি ওইখ্রে ইবুংঙো, মাগি ওইখ্রবনিন, ঐগি মোত্তু, মান পীনিংব নিপাদ পীখিব য়ারে।

ওখে : মশাগি মমায় ( ইজৎ ) মু মশান ভাকচগদবনি : মদু মাঃ পীথোকপ য়াত্রাও ?

ইয়া : মাগি মমায় ( ইজ্জৎ ) হায়বসি উনদব পোৎমচংনি মপান্দ মথায় পান্দন উব কয়া পানব তোইন উই। অদুগ রুমালগি রাদি।

ওখে : নোংদোম্ন থঙনি, ঐ কাওথোক্লীংউরে। নংন হায়খি—ওঃ, নিংশিংলক্লে কাকলাম্ন যুমথক্ত তোংলরগ তাবপগুম খুদোংথীদৌরে হায়ন মীপুম খুদিংদ মহাক্ত পায়খ্রে ঐগি রুমালদু।

ইয়া : অদুবু কৈদৌবগে ?

ওখে : মদু ফত্রে হুজিক্তি।

ইয়া : করি, ঐবু হায়খ্রবা মুপাদুন নঙোন্দ অরানব তৌব ঊখ্রে নত্রগ

হায়ব তাখ্রে হায়ত্নুা ? অসুম মীফম্ত য়াম লৈ মখোয়মুন কম হায়জবদগি নত্রগ ইবেম্মশিংত্নুন মশান য়াজবদগি করিগুম মনীং থুংলুরগ নাপল তৌদন লৈওমদব—

ওখে : কেশিওন অত্নুম হায়বকা তাখ্রবা ?

ইয়া : হায়খ্রে ইবুংঙো ; অত্নুবু থাজবিয়ু মহাক্ন য়াশক্কুন হায়দে হায়মন চেনব তৌরোইদব লৈতে।

ওখে : মান করি হায়খি ?

ইয়া : অওইবমক, মহাক কৈনো অমদি—চপ চাবদি ঐ খঙদে।

ওখে : করি ? করি হায়বা ?

ইয়া : লৈব (*)—

ওখে : মুপীত্নুগ ?

ইয়া : মুপীত্নুগরা, মুপীত্নুগি মবমদ্রা অপাম্ব লৌবিয়ু।

ওখে : মাগ লৈমিন্নব ? মাগি মরমদ লৈত্নুন ঙাংব। লৈমিন্নবা ! মত্নু থোইদৌশাওগৎপ য়ানি।—রুমাল—মরাল হায়দোরকপা—রুমাল--! মরাল হায়দোক্লবনিন থোরীদ য়ান্দুন হাৎপ ; অহানবদ য়ান্দুন হাৎলগ কোম হায়দোকহনব মরালত্নু। ( রাম্থ-রমদায়গি ঙাওব হৌব ) মসি খল্লুবদ ঐগি হকচাংসি নিকই। অম্লুক শাওনিংবন মমহনবসি পুক্নীংগি মচৎ নত্তে, মরম অম লৈব তায়। ঐবু অম্লুম নিকহনবসি য়াহৈন নত্তে। অচ্চা !

(*) lie গি অর্থনি অনী থোক্ন অর্থ লৌনব (১) লৈব। (২) লয়ব, ওইদব ঙাংব। ইয়াগোন য়াহৈন শুমহৎকে লাক্লবনি।

নাতোঙ্গ, ঙাকোংগা, চিঙ্গাঙ্গ চিঙ্গাঙ্গ—অসিবু ওইরে রক্রাও ?
মরাল হায়দোকপা—কমাজ ! আঃ—কত্তক মাইনা !

( ব্রামচন অথি )

ইয়া : থবক চখৌ, ঐগি হিদাক, পাংথোকউ ! থাজগনব অপঙব-
শিংদি অসুম্ম ফাবনি ; মতিকচাবী মবুক শেংবী কয়াম্সু মতৌ
অসুয় চোম্ম নংই মরাল লৈজদন। করিনো কৈদৌয়ে ! ইবুংঙো !
ঐগি ইবুংঙো, কৌজরি ঐন, ওথেল্লো !

( কেশিও লাকই )

হুজিকপু কমদোরিবা কেশিও !

কে : কৈদৌরে সিদে ?

ইয়া : ঐগি ইবুংঙোসি শারৈ হোৎখ্রে। মসিন মাগি অনীশুব রাম্ব-
বনি ; ঙরাংস্ু অমুক তৌখি।

কে : চুবাদ ভকউদনা।

ইয়া : হুম, তৌরুসু ; তম্বরিবত্থু মান থোকপ অহুম তৌজসনু, নত্রবদি
ময়াদ কোঙ্গোন কাহুন থীন ডাওরকপ য়াই। য়েংউ, লেং-
লকল্লে : সুন্নাইদৈ ঙহাক্ত চংথোকউ চংলু, মহাক থীন্দন
হোৎগংলক্লনি ; মহাক্ল চংখ্রুগ্ন ইমানী লুরব য়ারী অম শাসি !

( কেশিও চংখি )

কমদোবিরবগে জেল্লেরেল ? কোক শোকপিগ্রাও ?

ওখে : নংশিহু লক্করিক্রাও ?

ইয়া : ঐন ইবুংঙোবু লাক্লবা ! কদায়দগি ঈশ্বরন থঙনি। নিপা
থোক্ক খুদোংথীবহু থাংহনজনিংবৈ য়ানি !

ওথে : য়চি পানব মীদি হিংচাবনি অমসুং শা অমনি।

ইয়া : মীয়াম লৈব অচৌব সহরদদি শা য়াম লৈ, লৈবাকমচা তাব হিংচাবম্ভ।

ওথে : মহাকপু মরালহু য়াত্রাও ?

ইয়া : অকব ইবুংঙো, নিপা থোকপিয়ো ; খদাং কোইহৌব ময়ুম পাল্লব খুদিংমক, খনবিস্থ ইবুংঙোগুম্ব ঙাক্তনি : মী লখা লখা হিংই হুজিক মুংদাং খুদিংগি তুম্ব শেংদব ফমুংদ, মহুবু মরম্নাই-গিনি হায়ন য়াশকউ য়াগদবশিং : ইবুংঙোগিদি খরবু ফরি ; ওহ, নোরোক্কি মলোমনি, লাইমুগি তমথীরব মলরুনি, শেংদবীবু অশেংবীনি খনব, অহুগ মাগ চিস্থেংননব থিন্দুন থম্ব ফমুংদ ! হুঁম, ঐদি অশেংব খঙজনি; অহুগ ইশাবু খঙজব ঐন, খঙ-গনি মহাক করি ওইরমনি হায়ব।

ওথে : ওহ, নং অশিংব মীনি : হিরমহু চুমমগনি।

ইয়া : অম্বরাইদ ঙহাক্তং তোঙাম্ন লেপ্তন লৈবিরু, থাংব কনবগি ঙমখৈ মমুংদ কুন্দুন লৈবিখো। অম্লাব ইপাক্ত ইরাক্লহুন ইবুংঙোন সিদ লুপ্নিচৈ, নতিক চাদব পুক্নীং-ঈহুলহুন নম্মিডৈ, কেশিও লাক্লম্মি : ঐন মাবু তাম্থোকখি, য়াম্থরিবগি মরম নিংথিন পীরগ, ঙহাক লৈরগ য়ারীশাসি লাকউ হায়খি, মাম্ন য়াখি। অম্বরাইদ লোৎতুন ঙহাক্তং লৈবিয়ু, অহুগ তাবিয়ু মান থিগৎপদো, করেমবদো, উশিৎতব উৎপদো মমায়গি মকম খুদিংদ ; মরমদি য়ারীহু নৌন লীহনগে মহাকপু, কদায়দ, কম-দোন, কয়া তোইন, কৈদৌঙৈ, উমথ্রে, উমথিনি নহাক্কি মুপীহুগ ঐন হায়জরিসিনি মমাইদো য়াঙাংদো মুম য়েংখিয়ু। মেরীন

সাক্ষী, থাংবদ কনবিয়ু, নত্রবদি ঐন হায়জনি ইবুংঙোবু শাও-
নিংব মচীংদন শাব, নিপা থোকপদি য়াওদব হায়ন।

ওথে: তারিব্রা নং ইয়াগো? নং খঙলক্লনি ঐন কয়া হৈন থাংব
হায়বত্থু। অত্থবু, নং তারিব্রা ঈখেং পায় তমথীনি ঐ।

ইয়া: মত্থু মতাং চাদব নত্তে; অত্থবু মতম চাব ঙাইবিয়ু ফিংবিগন্থু।
হন্দোক্কুন লৈবিরগেরা? (ওথেল্লো হন্দোকখি)
ঐন হুজিক হংগনি ...শিওদ বিয়াঙ্কাগি য়া য়ুমগি মুপী অম,
মান নীংজব অত্থু য়োল্লগ মাগি মচিঞ্জাক অমস্থুং মফি মরোল
লৈজবী: মত্থু তীল অমনি কেশিওবু কাহেন্ন পামজব; ওক্তবীগি
লাইথুংদে। ময়াম্বুন মিহোৎনব মহাকপু মশান মিহোব অমস্থুং
মাইথীবন অমথক্ত: কেশিওন মাগি য়া তাবগ নোক্তব ঙমদব
ফাকফাক। মা লাক্লেদনা:

( কেশিও অমুক চংলকই )

মান মোমোন্দ নোকপদ ওথেল্লো ঙাওত্থন চংকনি; মাগি পঙ-
লব মথখন্দুন শোইদন থনথিগনি লাইবক থীব কেশিওন মবুক
য়াংব, নোকপ থেবত্থু শেরান্নব য়াখল অমরোমদ। কমদোক্লিব
লেফটনেণ্ট?

কে: ওইত্রব ইফম হায়জিন্দুন ঐবু নাব হেলহল্লে, মত্থু ওইদবদগি
শিদোরব ঐনি।

ইয়া: দেসদেমোনাত্থু নিংথিন ইল্লৌ, শোইদন হজিনগনি।
( তপ্ন ঙাংই )
হুজিক করিগুম্ব য়াথোক অসি বিয়াঙ্কান ঙম্ব ওইয়ু, কয়া থুন
নং নমাই পাকবা!

কে: ওম্বোকপনি, তোল্লব জীবদো !

ওথে : য়েংউনেসে, নোকপবু হৌখ্রে।

ইয়া : মুপীন নিপা অমবু মুক মুংশিবদি অমুক্তসু থেংনখিদ্রি।

কে : ওম্বোকপ লাইবকথীবীনি ! মহাক ঐবু তশেংন মুংশিব জাৎনি।

ওথে : মহাক হুজিক অশেংবদু য়াফাৎত্রি, নোক্ত নোকই।

ইয়া : তাদ্রিব্রা কেশিও ?

ওথে : য়ারীছ অমুক লীনব মান হায়জরি, হাইয়ু, মহু য়াম্ন কৈ।

ইয়া : মান মীঙোন্দ হায়রিবদি নংন মাবু লোগে হায়রি হায়না, নংবু লোদোরিব্রা ?

কে : হা হা হা ··· ( হৌন নোকই )

ওথে : নমাই পাক্লব্রা য়োমমচা ? লান ঙম্বগিরা ?

কে : ঐন মাবু লুহোংব ! করি হায়বা ? খ্বাইগি মুপী অমবো ! খুরুমজগে, ঐগি খঙবগি পাঙ্গলবু খরসু ইকাইখুম্নবিয়ু ; ঐবু অহুক পঙই খনবিগনু। হা হা হা······

( অমুক হৌন নোকই )

ওথে : মানি, মহুনি মহুনি : মমাইপাকপাশিংন নোকপ হৌনৈ।

ইয়া : অওইবমক হায়নরে নংন মাবু শোইদন লোয়নি হায়ন।

কে : অওইব, অহুম ঙাংনব্রাও ?

ইয়া : অওইব নত্রবদি ঐ মীকপ্ত অমনি।

ওথে : নংন ঐবু মাইথীহল্লে ? কৈ !

কে : মহু য়োংম্নবীছন শন্দোকপ য়ানি : ঐন মাবু লোনি হায়বসি

মান মুংশিজবদে অমসুং মশাবু থাজজবদে থজবানি, ঐন নোংলা লাশকপদে নত্তে।

ওথে : ইয়াখোম খুদম তৌরকই ঐহোন্দ, কেশিওন য়ারী শীয়রবি।

কে : হৌজিক মাক ঐগ উন্নবিং অসুয়াইরা, মকখা খুদিংক মান ঐবু তাহ্রে। ময়াম্পু সমূত্রমপাক্ক ঐ য়াবী শারদি কেনিন বচা থরাং, লাক্রেনে অমনবীদো, খুংসিন সাক্ষী, ভকশমম মশা কোনরবিন।

ওথে : হায়রম য়াই, "ওহ, মুংশিরব কেশিও ! মতৌসিন তৌরম য়াবদি।

কে : অতুগ লেংবান্দ ভাথরক্লুন কপই, কোন্দুন চিংই : হা হা হা ...

ওথে : হৌজিক মান হায়রিবসিন ঐগি কাদ মাবু চিংসিনবগী য়ানিঙ্গে। ওং, ঐ উরে নংগি মনাতোন্দো, অতুগ হুইদি উদে নংগি মনাতোন্দু থৎলগ হৌজিনফম।

কে : কান্নে, ঐ মাবু থাদোকপ তারে।

ইয়া : ঐগি মাংমক্ত ! য়েংউ, লাক্রে হায়।

কে : হৌজোং অঙৌবী অমনে ! মেয়ীন থডনি, মনম মুংশিবৈ য়াদনি।

( বিয়াঙ্গা লাকই )

ঐবু মকম খুদিংদ তায়ন্ত্রিবসিবু কবিরিসো।

বিয়া : লাইমু মতৌমনাওন তায়ব ওইসমু ! অদাই ঐহোন্দ শীন রুমালচুবু করি হায়ন্ত্রিবনো ? মচু লোকব ঐ শঙগ্রক জাথনিং ঐহোন্দ রুমাল মরোমচু শিন্দোকউ হায়ব নত্তাও। কমদম য়ারীদে—নংগি কাদ ভারম্ব, কনানো থাদরম্মিবচু হায়বসু থওনব ! মচু ইকাইব থওনবী অমন তৌরকপ খুদোমে, অদুন ঐহোন্দ

শিংলোকত ছায়ব নত্রাও ৩.মে, নংশি ওতবী থুপীথুদ শীকখ্রো ;
থংনিংব মকমদৈ কংজবকউ, ঐ মরোলম্ভু লোথোকপ ঙম্মাই।

কে : কদিনো করিনো, বিয়াকা চাম্নবী, অতুক শাওরিবতু করিগিনো ?

ওথে : নোংমদোয় খঙনি, মহু ঐগি রুমাল ওইরমগনি।

বিয়া : ঙসি মুংদাং ঐখোয়দ চাকচাব লাকদব ওইরবদি লাকপ য়ানি ;
ঙসি লাক্লিংত্রবদি ঐন লাকপ য়ারনি হায়রব মতমদ লাকউ।

( চংথি )

ইয়া : ইয়রো চংলো, চন্নগ্রো।

কে : অওইব চংপন ফব তায় ; নত্রবদি লম্বীদ চৈহুন চংখিব তারে।

ইয়া : মখোয়দ চাগত্রাও হোরেল মুংদাং ?

কে : হোয়, চাসিরা নিংই।

ইয়া : কৈ, মতা চারবদি ঐ হুদ লাক্কে, ঐন শানিংব য়ারী অম দৈ।

কে : কৈ লাকউমে, শোইয়োইফো ?

ইয়া : চংলো মথা তারম্নু। ( কেশিও চংথি )

ওথে : (লাক্লগ) করম্ন মওংদ মাবু হাংসিগে ইয়াগো ?

ইয়া : অরানব তৌবগি মান নোকপহু উবিহৌত্রাও ?

ওথে : ওহ, ইয়াগো।

ইয়া : রুমালহু উবিহৌত্রাও ?

ওথে : মহুবু ঐগিহুরাও ?

ইয়া : ইবুংঙোগিসি, খুথসিদ থঙনি, মেথবিয়ু অপাঙবী ভুপী হায়রবদি
ইবুংঙোখোয় ইবেম্মহুবু মান কয়া মুন তৌবা। ইবেম্মন রুমালহু

মঙোল্ল খুদোন ডোরে, অছুগ মান অমুক মাগি ওক্তবীছদ শীথোকখিবদো।

ওথে : চহি ৯ চংন মাবু হাংলবদদ ঐ পেম্নি। ফজবী মুপী অম ! নিংথিবী মুপী অম ! মুংশিবী অম !

ইয়া : নত্তে, মছ কাওবিখো।

ওথে : উম, মুপীছ পংলসমু, শিরসমু, ভসি অহিংমক নোঙ্গোক্ত তাখ্রসমু ; মরমদি মহাকপু হিংহল্লরোই : নত্তে, ঐগি থম্মোইসি মুং ওল্লবনি। ঐ মসিদ ফুহুন য়েংলে, খুংসিদ নাছন তোক্লে। ওঃ, তাইবংপান্সিদ মঙোল্দগি হেন্ন মুংশিব লৈতবনিকো : নিংথৌরেনগি মহারানী ওইরগ হায়রিবমখৈ ম্লাহনব ভম-দৌবীনিকো নংবো !

ইয়া : নত্তে, অদোমদ খনবিরুনো।

ওথে : থৌরীদ য়ান্দুন শিসমু ! ঐন হায়বদি মান ওইবছদ হায়বনি : য়েংতুম্ন লোনবন হৈরিব ; অভকপ ফংন ইশৈ শকপী ; ওঃ ! মান ইশৈ শকপ তাবদ শঙম ফাঙব হিংচায়তম্ব কাংথিনি : ফাগীন হৈরিব, অনৌব য়াথম্ন হোংইবা !

ইয়া : মগুণশিংছন মরালদমক হেঙ্গংহল্লি।

ওথে : ওঃ, শরুক লিশীং অম হেঙ্গংহল্লি : মছগি মথক্ত মবুকচেল্লন নৌরিবা !

ইয়া : হোয়নে, মবুকচেলছ নৌমল্লে।

ওথে : মছবুদি অচুম্বনে : অছবু কয়াদ য়ানিংঙাইনো ইয়াগো ! ওহ. ইয়াগো, কুয়াদ মুংঙাইখিব্রবনোদো ইয়াগো !

ইয়া : মরাল নৈরককাওবদ অতুক মুংশিবিরবদি, অরানব তৌজব য়ানব য়াথং ওইন পীবিরোদন ; মরমদি ইবুংঙোদবু শোক্ত্রবদি অতৈ কনাদস্থ শোকপ নত্তে।

ওথে : মতুপ মতুপতুম ককথংকনি, মান ঐবু থাজব য়াদব মতৈ ওইহনব্রা হায়ববু !

ইয়া : ওঃ, মহাক য়াম চুমদব জাংনি।

ওথে : ঐমক্কি আফিসরগবু।

ইয়া : মতুন অমুক ফত্তব হেক্সংহল্লে।

ওথে : হু খর পুরকউ ঐভোন্দ ইয়াগো, ঙসি অহিং : ঐ ঙসি মাগ মরৈ য়েংনরোই, মাবু চৈরোই, মতুম তৌরগ মাগি মশক মতৌ ফজবতুন ঐগি লম্মন খুম্নিংবসি মাংহনখিব য়াই ঙসি অহিংমক ইয়াগো।

ইয়া : হুন তৌবিরম্ন মতুদি, মেংথায়তুন হাংপিয়ো ফমুংদ, মান মাংথোকপ ফমুংল্লুদ।

ওথে : অফব য়ানি, অফব য়ানি : য়ায়েন্দু পাম্মি : য়াম্ন ফরে।

ইয়া : কেশিওগি য়াদি, ঐ মাগি পোৎলোইব নিপা ওইজগে : মাসিগি য়াদি নোংয়াইদ য়াম্ন ভাবিনি।

ওথে : য়াম্ন ফরে। ( ট্রম্পেৎ মথোল তায় ) করিগি ট্রম্পেৎনো খোং-লিবসিদে ?

ইয়া : ভেনিস্তগি করিগুম্ব লাক্লমগনি, শোইজ্রে। মসি লোদোভিকোনি দিউক্ক থারকপ : য়েংবিয়ু, নখোয় ইবেম্মম্ন লোইনরকই।

( লাকই লোদোভিকো, দেসদেমোনা অমস্নং থোগনবশি )

লোদো : ঐখয়ন ঙাকপিসয়ু মন্ত্রিকতাক [illegible] [illegible]।

ওথে : অদোম্মু ঙাকপিসয়ু, ইবুঙো।

লোদো : ভেনিসকী দিউক অমম্বুং দিনেটরশিংনা য়াইকপাও থারকই।

( চিঠি ১ পী )

ওথে : য়াইকপাও য়াওরকইব পাম্বৈসিবু চুপচগে। ([illegible] পায়)

দেস : করি পাওনোনে তাদ লোদোভিকো ?

ইয়া : ( লোদোভিকোদ ) উনব মুংঙাইরেদা অঙম ইবুংঙো, সাই-

প্রসন তরায় ওক্লি।

লো : থাগৎচরি ইবুংঙোবু। লেফটনেন্ট কেশিওবু কমদৌরি ?

ইয়া : হিংই ইবুংঙো।

দেস : তাদ, মাগ ঐখোয় ইবুংঙোগ লাইবক ইখদে মুংঙাইনদ্রে :

থর তাইশিন্নবিরম্মি নিংজে!

ওথে : নংগিদুবু শোইদ্রবাও ?

দেস : করিনো তাকপিরিবদুবো ইবুংঙো ?

ওথে : ( পায় ) “মসি নংনা ভৌদথ য়াদে, নংনসু পামজদব—”

লোদো : মঙোম্ম হায়ব মন্ত্রে, মখাক চিঠি পাম্মি। ইবাঙোগ কে

শিওগবু খৎনরব্রাও ?

দেস : লাইবক থীরব অথংনদি : চাম্লনবগিদমক করি কম্মিনো মতো

হায়ব ঐ য়াজনি, কেশিওবু মুংশিবনিন।

ওথে : নোরোক্কি মৈ অমম্বুং কক্তক!

দেস : ঐদি ইবুংঙো ?

ওথে : নংবু য়াথঙ লৈত্রাও ?

ওথে : মানি, নংন ঐঙোন্দ মাবু হুলহন্নকউ হায়বদায় : ইবুংঙো—মুপীসে হন্নকপ ভমই নৈতুন হন্নকপ, অদুবু অমুক চংখি, অবুকয় নৈরকই ; অমসুং মহাক কয় ভমই ইবুংঙো, কয় ; অদুগ মহাক হায়ব ইনবীনি, ইঙোন হায়বগুম হায়বইনবী, য়ায় হায়বইনবী ! নপিছু তাহনব লেপকন্থু, মসিগি ময়মদি ( চিঠি ) ইবুংঙো—ওহ, হৈশিংন য়াবশারিবী। ( দেসদেদ )

( লোদোদ ) ঐবু য়ুমদ হন্নক্লো হায়রি।

ঐ অমুক কৌরক্কে। নং চংখ্রো চংলু। ( দেসদেদ )

ইঙো, য়াথংসি ইকোক্ত থোঙ্গরে, ভেনিন্ত হঙ্গরক্লনি। মুয়াদৈ মাংখ্রো ! ( দেসদেমোনা চংখি ) কেশিওন ঐগি ইছং শিল-হৌরনি। অদুগ হঙো, ভসি মুংদাংদি, ঐন খুরুমজরি, ঐথোয়দ পুন্ন লুক হাসি : ইঙোবু তরায় শুর্রি সাইপ্রসন—হামেংগুম য়োংগুম ভাক্ত !

( মমিংত শা ভাক্ত উব অকোয়বদ্দ ) ( চংখি )

লোদো : মসিবু চীংলেম্ব মূরত্তুরা সিনেটকি মীপুন্ন হিরম খুদিংদ মতিক চাবনি খনখিবদো ? লীচং অসিয়া মাগি, পুক্লীংগি করি-গুম্ব লীচিংন মাবু হাইহনব লেংহনব ভমদে হায়নবদো ? নুংগি চীংহুমগুমই মাগি খনুংহু হায়নবদায় শোকপ ভমদে কাওদংপ ভমদে ভেঙৈন ভেয়ান করিগুম্ব থৌদোক্স খুদোংথীবদৈ কাপচরকপা ?

ইয়া : মহাক মহৌশাগি নত্রে।

লোদ : মাদু জ্ঞানদি তারিত্রা ? থোগু মহীদি লাংত্রিবা ?

ইয়া : মহাকসি মহাক্ল ওইরিবসিনি : ঐগি মিংয়েংন মহাক করি ওইরদগে হায়জরুব কান্নদে : ঐন ঈশ্বরদ নিজরিবদি মহাক্ল হুজিক ওইরিব ফিভমসে হোংদোরকপনি।

লোদ : কৈনো, লুপীদবু য়ৈবদি !

ইয়া : অওইবমক, মহু অওকপ থবক নত্তে ; অহুবু মহুন খাইদগি শাখীব থবক মহাক্ল তৌবদৈ ওইরবদি ফনি।

লো : মহুবু মাগি মহৌশারাও ? নত্রগ চিঠিহুন মাগি ঈদ তৌরিব থবক্লা, অনৌব মরাল পোকহল্লবা ?

ইয়া : অল্লাবনি ! অল্লাবনি ! হায়দোকপদ লেম্ব থবক নত্তে ঐন উরিব অমস্তুং খঙলিবসি। ইঙো, নশান য়েংশিনবিয়ু মাবু অমস্তুং মাগি থবক্ল মাবু উংলকপহু, ঐন তাকচন্ত্রবস্ন য়ানব ; মতুং ইনবিয়ু অহুগ মান চথরকপহু মিংয়েং তাবিয়ু।

লো : ঐ মুংঙাইত্রে, মাবু ঐন খঙলমহু লায় উরকপসিদা।

(চথখি)

## ৪/২

### লানবনগি কা অমদ।

(ওথেল্লো ইমিলিয়াগ লাকই)

ওথে : অহুদি নং করিমত উত্রেনে ?

ইমি : করিমতস্ন তাজখিদে, করিমতস্ন চিংনজখিদে করিগুম্বদফাওব

ওথে : কৈ, কেশিওগ মাগ পুন্নদি উরেনে।

ইমি : অহুবু মহুদ করিগুম্ব অকায়ব উজখিদে, মথোয়নীন ভাংনব য়াহৈখুদিংমক ঐ ভাজখি ।

ওথে : করি, মথোয়নীবু অমুক্ত মুক্রম মুক্রম শোন্নরাও ?

ইমি : কৈদৌভৈদ তৌখিদে, ইবুংঙো ।

ওথে : নংবু পাথোনগা শিহুনস্থ ভাম্বোকখিদে ?

ইমি : কৈদৌভৈদ ভাম্বোকখিদে।

ওথে : মাগি হুমাই লৌরুনব, খুৎমোজা লৌরুনব, মাইখুম নত্রগ করিগুম্ব লৌরুনবস্থ ?

ইমি : অমুক্তস্থ ভৌখিদে।

ওথে : অছু অঙকপ য়ানি ।

ইমি : মবুক শেংই হায়বসি শেন থানব ওমজনি, ঐগি থরাইসিমক পোম্বা ওইব ওমজনি ইবুংঙো : অতোপ্প অতৈ চিংনবিরম্মবদি য়াথন্দু থাদোকপিয় : মহুন ইবুংঙোগি পুক্নীংবু লৌনম্বনি। কনাগুম্ব মীফত্তন য়াথলহু কোক্তা হাপ্লম্মবস্থ নোংদোম্ন শাপ তৌ-সম্নু মাবু লাইরেন্ন চিরুব। মরমদি, ইবেম্মা মানবু শেংত্রবদি, চুমত্রবদি মুংঙাইগদব নিপা লৈতে ভাইবংপাল্লিদ ; ফন শেংলবী মুপীবস্থ মাংথোকখিনি তোকঙান।

ওথে : মাবু সিদ লাও হায়রস্মু, চৎলু । (চৎথি ইমিলিয়া)

মহাক ওক্রব হায়রে, অহুবু পাওপুবী অতৈস্থ মান হায়রিব অশুন্ন হায়ব মঙম্মি। মসিগি মুপীসি ওম্বোক্ল লুন ফত্তবীনি,

অচেৎপ য়া লোৎকম শো লোনব উপুনি : মপাল্দন মবুক শেংব শায়ত্থন খুকউ লৈতায়গ লাই খুরুম্বী, ঐ মত্থ মান তৌব উপ্রে।

( দেসদেমোনা ইমিলিয়াগ লাকই )

দেস : ঐগি ইবুংঙো করি পাম্বিবগে ?

ওথে : সোমদ লেংশিনবিরকসি চায়থোইবী।

দেস : করি-তাকপিগদবা ?

ওথে : নংগি নমিংত্থ য়েংগে ; ঐগি মাইদ য়েংলকউ।

দেস : করম্ব অকিব মপায়ো অত্থদে !

ওথে : ( ইমিলিয়াদ ) তৌরুরো মহৌশায় নথৌদো খর ইবেম্মা ; মুংশিনবশিংবু থম্বিরম্মো মখোয়দ, থোঙত্থ লোল্লম্মু ; লোকখু, নত্রগ "অহেম", কনাগুম্ব লারুবদি নংগি নহৈ অঙকপদো : পর পরপ চংলো। ( ইমিলিয়া চথি )

দেস : খুকউ লৈতান হংজরি, য়াহৈ শিংত্থগি অর্থবু করিনো ? য়াহৈ-শিংত্থদ অকিব অম উপ্তরি, অত্থগ য়াহৈশিংত্থদি নত্তে।

ওথে : করিগি, নংবু করিনো ?

দেস : নংগি ননাইমুবীনি ইবুংঙো, নংবু নীংজবী, অশেংবী মুপী।

ওথে : লাও, য়াশকউ মত্থ, নোরোক তাহন্নব নশাবু ; নত্রবদি লাই-রৈবাক্কি জীব মানবনিন. নংবু নোরোক্কি লাইমুশিংন ফাওব ফাদৌব কিগনি : মরম অত্থন অনী থোক্ক নরালত্থ লংজো ; য়াশকউ নবুক শেংই হায়ত্থন।

দেস : লাইরৈবাক্ক মসি অচুম্বনি হায়ব খঙই।

ওথে : লাইরৈবাক্ক তশেংন খঙভি মত্থদি নং নোরোক্কুম্ন থাজবয়াদবীনি।

দেস : কনাদ, ঐগি ইবুঙো ? কনাগ ? ঐবু করম্ থাজব য়াদিবী ?

ওথে : ওঃ, দেসদেমোনা! চৎলো, চৎলো, চৎখ্রো !

দেস : অল্লাবনি, কয়াদ মুংঙাইত্রব মুমিৎনো ! করিগিনে কল্লিরিববো ? শিম্থবিরিব পিসিবু ইশুং লাংদগিরা ঐগি ইবুংঙো ? ঐখোয়গি পাবুংবু চিংনবিরবস্ু হল্দক শ্রেনিস্ত হল্লক্লো হায়ব, মরাল অদু ঐঙোন্দ শিবিগনু : ইবুংঙোগ পাবুংগ কায়নবগুম, ঐশু পাবুংগ কায়নরবনিদো।

ওথে : নোংথক্ল পাম্বিরবস্ু অল্লাবদ ঐন খাংবঙম্বগি চাংয়েং লৌব ; মখোয়ন হৈথবিরবস্ু অল্লাব, ইকাইব খিবিক অহাংব ইকোস্ত, কোগোক কোক্ল লাইয়হনবিরবস্ু নীংজব পৃম্ব থুংহন্দন ঐবু ফাহুন থম্বিরবস্ু, লৈগনি খাংবঙম্বে মরীক অমদি থরাইগি কাচীন্দ : অল্লাবনি, নোংথক্ল ঐবু ওইহল্লি লেংদব শত্তম অম, মাগি লক্লব খুদোল্ল খিল্লব, মতুস্ু খাংগনি ঐ ! অদুবু মসিন, ঐন থম্মোই তুংসন্দুন থম্ব মফম, ( দেসদেমোনাদ মখুৎন খিল্লগ ) ঐগি থরাইগি হিংভম নত্রগ হিংদভম অদুন ! পুল্সিগি ঈচেল্লবু চেলহল্লিব নত্রগ কংহল্লিব ঈফুৎন মফম অদুদগি লংথোকপিরকপ ! নত্রগ মদুবু ঈশিংতুংভম ওইন থম্লব মোৎলব হঙোইশিংন কুম্লব অমস্ুং মরূম কোক্লব ! মদু উদোৌবাগ শক্লক্তি, খাংবঙম্ব ঐহাক্কি, নৌরব, ঙাঙ্রানব লাইমচা মানব মশক্তু ওম্মোকউ, নোয়োক্কি অকিশক্কমদু উৎলো !

দেস : ঐন নিংজৈ ঐখোয়গি ইবুংঙোন ঐবু ইবুক শেংন লৌবিনি হায়ন।

ওথে : অদু মানিং: কাদেনগী হক্তিশ্রম: শাহাৎশংদ মরূম তোইক

কোকপদো। ফজব মুংশিব হাকমনবৈ খাখ্রে লৈরাং নহাকপু মিং নাতোন্ন, খনখ্রে নংবু পোক্লমদব ফনি।

দেস : খণ্ডব্রে, ঐবু করি পাপ লংজরুবগিনো খণ্ডহৌদন ?

ওথে : ফজরবী চেবাংসিবু, নিংথিরব লাইরিকসিবু শারকগ্রাও মথক্ত ইননব "ওক্তবী" হায়না ? করি পাপ লংজরুরবা! হে খ্বাইগি মুপী! নংগি নপাপ্তু পল্লুবদদ খজাইসিন মৈফম ওইহ্নন চাক-থেকখিনি ইমাইসে মৈতান উং তানব। করি লংজরুরবা! নোংথক্ত মনাতোন মেনগনি, থান মমিং উইশিনগনি থেংনব খুদিংবু চুপ্প খ্বাইগি মুংশিংন মত্ত তানিংদত্নন লোংখিনি পৃথ্বীগি লৈখুন্দ। করি লংজরুরবা! ইকাই-খণ্ডদবী খ্বাইগি মুপী!

দেস : লাইরৈবাক্ত খণ্ডনি, ঐ:ডান্দ অরানব হায়বিরে।

ওথে : নংবু খ্বাইগি মুপী নত্রাও ?

দেস : নচ্চদে, খৃষ্টান অমনিন ঐ : মী অতৈবু লাম্ন, আইনকায়ন শোকহন্দন হি অসিবু ইবুংঙোগিদমক খাক্তুন থম্বন খ্বাইগি মুপী হায়ব য়াব্রবদি, ঐস্তু নচ্চদ।

ওথে : করি, খ্বাইগি মুপী নত্তে হায়ব ?

দেস : নচ্চদে, লাইরৈবাক্ত লৌখৎপিদৌরিবীনি।

ওথে : অত্তুবু ওইব য়াব্রাও ?

দেস : ওহ, লাইরৈবাক্ত ঐথোয়বু ভাকপিসন্ন।

ওথে : ঐন্ন ভাকপিন্ন অত্নদি, ঐদি লাম্ন থন্নুরে নংব, ভেনিসকি ওক্তবী, লৌনবী, ওথেল্লোদ লৈখিবীহ্নি হায়ন।

য়েংথোক্‌ ( মথোল হৌগৎলি ) লাইরৈবাক থোংভাকপা সেন্ট পিটরনি মাইয়োক্ত নোবোক্তি থোংশং খোদা পুৰী ইবেম্মা।

( ইমিলিয়া হল্লকই )

নং, নং, উম, নং লাক্লবা !

ঐথোয় থবক লোইজবে, অন্নামনসি লৌবিয়ু : ঐন হায়জরি, শো লোনবিয়ু মীওোন্দ তাকথোকপিন্নুকো। ( চৎথি )

ইমি : ওন্থোকপনি, নিপাসিন মবুক্ত খল্লিববু করিনো ? ঐথোয় ইবেম্মন কম কম তৌবিরিবা ? কমদৌবিরিবগে ইবেম্মবু ?

দেস : অওইবমক, ঐ তওখাই অম তূম্মুববনি।

ইমি : ইবেম্মা, ঐথোয় ইবুংঙোগ কৈদৌনরবগে ?

দেস : কনাগ ?

ইমি : করিনো, ঐথোয় ইবুংঙোগনে ইবেম্মা ।

দেস : কনানো নংগি ইবুংঙোবো ?

ইমি : ইবেম্মগি ইবুংঙোদো ।

দেস : ঐগি ইবুংঙো লৈত্রে : ঐঙোন্দ রা ঙাংলন্নু ইমিলিয়া ; ঐ কপ্প য়াদ্রে, পাউথুম অতৈ পীনিংঙ হৌস্নু লৈতে, মিৎকি পিরাং নওুন। ঐন হায়জরি, ঙসি অহিংদি লুহোংবগি ফি.শিংত্থু ফমৃংদ থাবিয়ু : মত্থু কাওগন্নু ; অত্থুগ নথোয় মুপাবু সিদ থর থারকউ।

ইমি : তশেংব য়াওন অমনি ! ( চৎথি )

দেস : ইতিক চাবনি ঐবু সুম্ন তৌবিবসি, য়াম্ন চারবনি, ঐন কৈ-দৌরুবগি মান সুমদৌন ইরাল পীবিরিবনো, কদায়দনো ঐগি পিক্লব ইরাসবো ?

( হমিলিয়া ইয়াগোগ লাকই )

ইয়া : ননাইবু কৌবিব করিগিনো ইবেম্মা ? করি শনবিরিবগে ?

দেস : ঐ হায়ভম খঙদে। অঙাং তম্বিব শিংন ঙাংই, চৈ, থবক পী,

খোন্দি পঙকন কন্দে : ঐবুস্নু অতুম্ন চৈবিব য়াবনি ; মরমদি ঐস্নু চৈবদদি অঙাংগ পারা মান্নরিবনি তশেংন।

ইয়া : কৈদৌনরবগেনে ইবেম্মা ?

ইমি : অন্নাবনি ইয়াগো, ঐথোয় ইবুংঙোন ইবেম্মবু খ্বাইগি নুপীনি হায়তুন অস্নুক থীন খোন য়াক্ল চৈবিরে মতুদি অশেংব থম্মোই অমত্তন খঙব ঙম্মোই।

দেস : ঐবু মিং অতুরা ইয়াগো ?

ইয়া : করি মিংনোনে ইবেম্মা ?

দেস : মান হুজিক হায়রিব অস্নুম্ন ঐগি ইবুংঙোন ঐঙোন্দ ওইরম্মি হায়বিথি।

ইমি : মহাক্ল ইবেম্মবু খ্বাইগি নুপী হায়থি : চাকনিব অমনফাওব য়ু ঙাওরগ মাগি তোল্লবী নুপীদ অতুক থীন চৈরোই।

ইয়া : করিগিনো মান অতুম্ন তৌরিবদে ?

দেস : ঐ খঙদে, ঐদি অতুগুম্বী নত্তে।

ইয়া : কপকন্নু, কপকন্নু। ওহ, অন্নাব মতম।

ইমি : লাম্বা চাব নিপা কয়া, মপাবুং, মরৈবাক অমস্নুং মরুপমপাং পুন্নমক থাদোক্তুনা লাকইববু খ্বাইগি নুপী কৌবিনব্রা ? মসিদবু কপ্লোইদব কনানো ?

দেস : মসি ঐগি ইরাইবক থীবননি।

ইয়া : মতুগি শ্রাপ মথক্ত লাকসন্নু ! কদায়দগি পোক্লকইব মচীং-নোনে মাগিতুবো ?

দেস : খঙদে, ঈশ্বরনদি খঙবিরিনি।

ইমি : ঐবু থৌরীদগ্রান্দুন হাৎপিয়ু; অস্থুম্ব মিংচৎ শ্রীবসি, কনাগুম্ব লোনমজাওব মীরৈহৎ, নমথাক হৈব মীয়ুথাং ফত্তবদ তৌরগ যুংঙাইব মীনাইমচান থবক ফংনবৈদমক শেম্ব ওইরমনি; মত্থু নংলমত্রবদি ঐবু থৌরীদ য়ান্দুন হাৎপিয়ু।

ইয়া : অচ্চা, অত্থুগুম্ব মী লৈব হৌনদে; মত্থু ওইথোক্তব য়ানি।

দেস : অত্থুগুম্ব মী লৈবস্ব থোক্লবসু ঈশ্বরন মাবু ঙাকপিসমু!

ইমি : য়াল্লব থৌরী কোঙোইন মাবু ঙাকপিসমু! নোরোক্ল শায়-দেকসমু মাগি শরুত্থবু। করিগিনো মান খ্বাইগি যুপী হায়ন চৈরিবরো? কনানো মান তিন্নরিববো? করম্ব মফমদ? করম্ব মতমদা? করম্ব মওংদা? কদায়দ মাল্লিবনো? মূরদ হায়-জিনবনি মসি কনাগুম্ব মীরৈহৎন মবুক পিকথ্রব, মপা লৈতন ফত্তব, মীনাইগুম্বন। হে ঈশ্বর, তুকজরব অত্থুম্ব মীশিংবু করিগি ফোংবিদে, মবুক শেংব খুদিংদ শাজৈ অমমম পায়রুরবিথ্রন, মী-রৈহৎতুগি মনঙ্গন অহাংবদ শেৎশেৎ কহল্লন্দুন, করিগি পুরন-বিদবগে নোংপোক ভুমখৈদৈ নোংচুপ ফাওবা!

ইয়া : মপান্দ তাথিদনব ঙাংউ।

ইমি : তুকজরব মীশক্তি মথোয়দো। নংগি য়াথলবু যুংপান ওম্বোক-হনব ঐবু মূরগ নত্তব মরী লৈনৈ হায়ন নংবু চিংনহনব মীশক অত্থুগুম্ব অম ওইরমগনি।

ইয়া : নং পঙলবী যুপী অমনি, চৎলো আদ।

দেস : হে ফরব ইয়াগো, ঐন করি তৌরগ ঐগি ইবুংঙোবু অমুক

হঙ্গিনগদগে ? ফরব মরুপ, মভোন্দ চৎলু ; নোংথকি মতাম খঙনি, ঐন মাবু মাংজরিবসি করিগিনো ঐ খঙদে ঐ খুকউ লৈতারিবসিনি : ঐগি পুক্লীংন করিগুম্বদ মুংশি রাশক্তু কায়-হনখ্রবনি রাথলদ নত্রগ থবক্ত ঐগি মিৎ, ঐগি নাকোং নত্রগ ইন্দ্রি অতৈন ছিরম অতৈদ মশাবু মুংভাইজহল্লব, নত্রগ ঐন মাবু মুংশিখিদব, মুংশিত্রব, মুংশিররোইদব ওইরবদি, ঐবু মান চাকলীবী ওইনব থায়নবিরফাও, মপোক অসিগি ঐ মুভাইব ফংদন মাংজখিগে ? থোজাল লৈতবন য়াম্না তৌব ঙমই ; মান ঐবু থোজানবিদবদগি ইথল্লাই হাৎপিখিব য়াই, অদুবু ঐন মাবু মুংশিজববুদি মোৎহনব ঙম্মোই। ঐ চিন্দ পঞ্জব ঙমদে খ্বাইগি মুপী হায়বসি, মসি হায়বদ ঐ তুক্কজবন ছুজিক মতাম তৌই ; মিংথোন অসি হাপ্পিনব থবক অদু ঐ তৌরোই পৃথ্বীদ লৈরিব লনথুম পৃম্ব ঐঙোন্দ পীগে হায়রবস্থ।

ইয়া : ঐন হঙৎচরি, তপথবিয়ু ইবেম্মা ; মহু মাগি মচীংনি, লৈবাকি থবক্ক মহাকপু শাওহল্লে, অদুগ মান ইবেম্মদ চৈবনি।

দেস : অতৈ নত্তন মহু ওইরম্মবদি ফনিদকো—

ইয়া : অতৈন নত্তে, থাজবিয়্ম। ( ট্রম্পেৎ খোংব তায় )

ট্রম্পেৎন মুংদাংগি চাক চারনব কৌরি। ভেসিস্তগি লাকপ পাও বুবশিংদু চাদোবগি ভাইরম্মি ; চংবিরো, কম্বিগমু, পুম্নমক ফররকখিনি। ( দেসদেমোনা ইমিলিয়াগ চংখি )

( রোদেরিগো লাকই )

কমদোব ছুজিক রোদেরিগো।

ল্লো : নংন ঐভোন্দ তৌবিরিবযি চুমত্রমারে থল্লি।

ইম্না : নংগি করি আংনব তৌরবগে ?

য়োদে : মুক্তিগি নংন য়েথোরকই ইম্নাগো, লৌশিং অম তৌখ্রন। ঐ ছুক্তিক ভাব তারক্লে, নীংন পুংনক করিগুম্ব খুদোংচাব অমতবু ফংহল্লে। ঐ মসি থাংহন নৈথব ওন্নরোই, নহানমখৈ পওহন অরাব নংসকইব অহুগিন্দু শাওদব ওন্নরোই।

ইম্না : ঐন হায়ব তাগেরা য়োদেন্নিগো ?

ল্লো : অওইব ঐ য়াম্ন তামল্লবনে, নংন হায়ব য়াগ পাংথোরকপ থবক মরী লৈনদ্রে।

ইম্না : নংন ঐভোন্দ শীরিব ইরান্দু য়াম্ন চুমদবনে।

ল্লো : অচুম্ব নত্তবদি অমত্ত য়াওদন। ঐগি লৈজবথিবিক চাদিং তৌখ্রে। নংন দেসদেমোনাদ খুদোন তৌবিরুনি পুথিব মনি মুক্তশিংহুগি তওখাই অমত্তন লাইনীংখ্রবী ফাওব লৌব য়ানি : নংন ঐভোন্দ হায়বদায় মুপীহন লোখ্রে, মহুগি মহুৎ শকথও মাইথও নহনগনি, চায়ব অমসুং ইকাইখুম্নব ফংগনি, অহুবু ঐ মহুগি খুদম অমফাওব ফংদ্রি।

ইম্না : ফরে, চংলোনে অহুগ, য়াম্ন ফরে।

ল্লো : য়াম্ন ফরে ! চংল্লো ! ঐ চংপ য়াদে, নিপা ; মসি য়াম্ন ফবস্নু নত্তে : নত্তে, ঐন নীংবদি মসি য়াম্ন ফত্তব পোংথনি, অহুগ ঐ ভাব ভাব হৌরে ঐবু লৌনম তৌখ্রে হায়ব।

ইম্না : য়াম্ন ফরে।

রো: ঐন হায়রিবসিনি, মসি য়ায় কম নত্তে। ঐ দেলমেমোয়া ইশক তাক্লনি: মান ঐগি মনিশিংহু হনবিয়রবদি ঐ মডোন্দ চানখিয়ু হায়জরোই, ঐন চুমদন হায়জকবহুগি নীংঙমদন লৈজনি; হল্লকউ য়াত্রবদি ঐ শোইদন নডোন্দপি তানগনি।

ইয়া: হায়ব ওক্লে তোক্লো হুজিক।

রো: হায়, ঐন হায়খ্রিবহু থবক্ত তৌরোইদব অমত্ত নত্তে।

ইয়া: অহুনিদন, হুজিক্তি মরিক লৈত্রে হায়ব উরেদন, মহোশা নংবু ঐন সৌরম্ব মীশক্ত দগি হেনবজাহল্লিদন। কদায় নত্তুংহু পীহু রোদেরিগো: নং মরম চাব ঐগি ইয়াল পুখোক্লে, অহুমু ঐন হায়রিবসিনি হিরম অসিদ ঐ ইবুক শেংখ্রবপোৎনি।

রো: অহুমদি উত্রিবসিনি।

ইয়া: ঐ অওইব য়াই, অহুম হায়ন উদে হায়বহু; মংন চিংঅরিবহু পঙব নত্তে, লানব নত্তে। অহুবু রো…রিগো [illegible] মহু লৈরবদি তশেংন, ঐম হুজিক্ত লৈ হায়ন থাজব য়াথদি মরম হেন্ন ফংলকইবসি, হায়বদি উইন, নরিংজেল অমসুং মখোনা, ঙসি অহিং মহু উংলু; মথংগি অহিংদ নংন দেসদেমোনাহু লোব ফংত্রবদি, থাজব হাংপ নিপা অমনি হান্নন ঐবু লোম হাংনব পাম্বে থিজ্রৌ।

রো: ঙাইখো, করিনো হায়রিবহুবো? মরম চাব খ্যাংব য়াব থবক্লাও?

ইয়া: ইবুংঙো, ভেনিস্তগি থৌওইন পাও খুব অম থারক্লে কোইরেহু ওখোল্লোগি মহুৎত গোভর্ণর ওইন থনম্মো হায়রহুন।

রো'ঃ অহুবু অচুমত্রাও ? কৈদৌনি অত্থগ ওথেল্লোগ দেসদেমোনাগ ভেনিস্ত হনমিন্নখ্রনি ।

ইয়াঃ ওহ, নত্তে ! মহাক মোরিটানিয়াদ চৎখিনি, ফজবী দেস-দেমোনা লোইনখিনি, করিগুম্ব খুদোংথীবন মাবু পম্বহন্ত্রবদি : পম্বহন্নব শোইদব মরমদি কেশিও লৌথোকপনি ।

রোঃ কেশিও লৌথোকপ হায়ববু করি হায়রিবনো ?

ইয়াঃ করি ওইনি হায়বগে মাবু ওথেল্লোগি মহুৎ শিনব ওমহন্ত্রগ লোইরে থোগু, থুগাইত্থন লৌথোক্লগ ।

রোঃ মহু নংন ঐবু তৌহন্নিংবনিনে ?

ইয়াঃ মানি, নথৌনা লৈরবদি নশাগি কান্নব অমস্তুং ফংফম থোকপ ফংনব তৌহন্নিংবনে । মহাক ওসি অহিং খ্বাইগি মুপী অমগিদ চাক চাগনি, ঐস্থু মত্থদ চৎকনি মাবু উন্নব : মহাক্তি হুক্তিকফাওব মরাইবকফব পাওত্থ তাত্রি । মান মফমত্থদ চৎপত্থ নংন ইন্নববদি, ঐ মহু নোংয়াই অমস্তুং পুং ১ গি কারক্ত তানব শিনগে, তাঙ্গা য়েংলগ নংন ইরাই লাইন লোইশিনব ওমগনি । ঐ ননাক্ত লৈগনি নত্তেং পাংনব, ইমা-নীগি খুৎত মহাক তুগনি । লাকও, ওক্তুন লৈরম্মু, ঐগ চৎমিন্নরসি ; মহাক শিহন্দব য়াদে হায়বত্থ ঐ নডোন্দ উংকে, মহুদে নংস্থু ভাব তারক্তনি নং তৌদব য়াদবনি হায়ব । চাক চানব মতম হেল্লবনি, অহিংসি ফন থেংলে : থবকসি পাংউরসি ।

রোঃ মসি তৌদব য়াদবগি মরম অতৈ তাখিনি ।

ইয়াঃ পেন্নব তাহনগনি ! ( চৎখি )

# ৪/৩

## লানবনগি কা অমদ।

চংলকই ওথেল্লো, লোদোভিকো, দেসদেমোনা, ইমিলিয়া অমসুং থৌগনবশিং।

লোদো : ঐন হায়জরি ইবুংঙো, য়ানবনি থিন্দোকপিরসু।

ওথে : এঃ, খনবিরসু, থর চংথোকপ ঐডোন্দ ফনি হায়ত্তুন তৌবনি।

লো : ইবেম্মা, গুদনাইট; ওয়োম মুংঙাইজরে থাগৎচরি।

দেস : লেংলকপসি হরাওনব্রে ময়াম।

ওথে : চংলসি হায়ব্রা ইবুংঙো? ওহ, দেসদেমোনা—

দেস : ঐগি ইবুংঙো?

ওথে : চংলো তুম্মুয়ো থীন্দন; ঐ কুইরোই হল্লক্লনি: নংগি লোই-নবীশু চংহনখ্রো: হায়, শোইব য়াদে।

দেস : তৌজনি ইবুংঙো।

( চংখ্রে ওথেল্লো, লোদোভিকো, থৌগনবশিং )

ইমি : হুজিকপু কিডম কমদৌরিবগে? মবুক্তি হায়দগি থর তম উরেকো।

দেস : থীন্দন হল্লকনি হায়রম্মি। মান ঐবু কমুংদ তুমজাহন্না, খংবুন চংহনখ্রো হায়রম্মি।

ইমি : ঐবু চংহনখ্রো!

দেস : মাগি য়াথংনি ; মরমত্তুন ফরবী ইমিলিয়া, ঐগি মুংদাংগি ফিজেৎতু পীবস্মু অত্তুগ চৎলো : হুজিক ঐখোয়ন মাবু শাও-হনব চুমদে ?

ইমি : মাগ ইবেম্মগ মুকখঙ খঙনরমদবন ফরমনি খল্লি ঐদি।

দেস : ঐদি অত্তুম্ন থনদে : ঐন মাবু অম্মুক মুংশি মত্তুদি মহাক্ক মঙক কনব, ঐবু থিংব, মান পিশুম শুকপ পুম্নমক ঐগি মিৎতদি ফজন অমম্মুং থোজাল লৈন উই। ঐগি ফজেৎসি অমুক্ত হোংদোকমিন্নসি !

ইমি : ইবেম্মন থাও হায়ব ফিশিংহু ফমুংদ থাজরম্নবনি।

দেস : ফরে অত্ত। অওইব হায়রবদি ঐখোয় পুক্নীংসি কয়া পঙথ্রু-বনো। ঐন করিগুম্ব নঙ্গোনদৈ হান্ন শিখিব থোক্লবদি ঐগি হকচাংহু লুহোং-ফিশিংত্তুন কুপ্পিয়ুকো।

ইমি : অত্তুম্ব অরেম্ব রাত্থু থনবিরুনো।

দেস : ঐখোয় ইমাগি বারবারা কৌবী, মনাইমুবী মচা অম লৈরম্মি: মহাক্ক মুংশিজব মুপাহু ভাওখি, অত্তুগ মহাকপু হুন্দোকপিরম্মগ চৎখি। মুংশি থায়ন খুদম খঙন উপাল, "উইলো" হায়ব ইশৈ অম মাগি লৈরম্মি। ইশৈত্তুন মাগি মরাইবক্ত ফোংদোকখি, কুইরব রানি, মত্থু শক্ক শক্কত্তুন মহাক শিখি। ইশৈহু ভসি অহিং পুক্নীংদৈ হেন্দোকত্রে। ঐ ফমুংদ হিপনীংলে, কোকসি নাকল্দ য়াম্বরগ লাইবক থীবী বারবারাগুম ইশৈহু শকলুনব। থীন্দন শেমশাব লোইবিরো হিপ্পুনব।

ইমি : মুংদাং ফিজোন লৌজরু হায়ব্রা ইবেম্মাগি ?

দেস : নত্তে, পিনগাসি খর লৌখোকউ। লোদোভিকো হায়ব মুপান্থ মশক ফজবান।

ইমি : য়াম্ন ফজব নিপানি।

দেস : য়াস্থ ফজন ঙাংবনি।

ইমি : ভেনিস্ত মুপী অম লৈ ঐ খঙই, পেলেষ্টাইন ক্লাওব মখোঙন চৎলু য়াগদবী, মগি মচিনবান্দুগ থেংনব অমুক্তং ফংজনব।

দেস : ( শকই )

"ফমথি লাইবক থীবীদো মুংশামপী হোন্দুন কত্রংচাক পাম্বী অমৈ মখোঙদ,

শকউ শংলিব উইলো অমত্তগি ;

মখুৎন থমজ মবুক্ত, মকোক্ল খুকউ মথক্ত

শকউ উইলো, উইলো, উইলো :

লূরব ঈচেলন চেল্লি মনাক্ত, নেম্‌ন ঙংত্থন হীক হীক কপ্পদো ;

শকউ উইলো, উইলো, উইলো ;

মমিৎতৈ চেম্বব য়াক্লব পিরাংন পেৎহনখি মুংগনশিং অত্থব—"

ফিশিংসি খর লৌখোকউ—

( শকই ) "শকউ উইলো, উইলো, উইলো ;"

ঐন হায়জরি থীনবিরম্মু, মহাক থুন লাক্লনি—

( শকই ) "শকউ শংলিব উইলোদন ঐগি লৈপরেং ওইদৌবনি।

কনামত্তন মঙোন্দ মরাল পীদসম্মু ; মান শাওবহু ঐন য়াজৈ—"

নত্তে, ইশৈগি মথা পরেংহু নত্তমানে—তাও! কনানো থোঙদ থীল্লিবসে ?

ইমি : মুংশিংননি।

দেস : ( শকই ) "নবুক শেংদে হায়রুই ঐন মুংশিবহুদ, নহুদ মাম করি খুমথিবগে ? শকউ উইলো, উইলো, উইলো ;" ঐন মুপী য়াম মুংশিরুরবদি, নংসু নিপা য়াম মুংশিব ফুংনি— অহুদি নং চংলোনে, গুদনাইট ঐগি মিংসি হাকজৈদা, মসিবু কণ্ডোষগি খুদমলাও ?

ইমি : অবেম্পোৎনি কৈস্থ নত্তে।

দেস : মীন অহুম হায়ব তাংখ্র ওহ, নিপা ওইবশিংসে, নিপা ওই-বশিংসে ! হাইয় ইমিলিয়া, নংবু নবুক শেংন থাজত্রা— মপুরোইববু অহুক চোপ্প নমথাক তৌব ভস্বী মুপী লৈ হায়ব ?

ইমি : অহুগুম মুপী খরদি লৈ, চিংননিংভাই লৈতে।

দেস : অহুম থবকপু নং তৌগত্রাও পৃথ্বীপুম্ব নঙ্গোন্দ পীগে হায়রবদা ?

ইমি : করিগি ইবেম্মবু য়াবোইত্রাও ?

দেস: ভম্মোই, নোংথক্তি মভালন খভনি।

ইমি : ভমজরোই ঐস্থ নোংথক্তি মভালদদি, অমম্বদদি খভদেকো।

দেস : অওইবমক নংবু পৃথ্বীসি পীগে হায়রগ য়াগত্রাও ?

ইমি : পৃথ্বী হায়বসি চাওথ্রব পোৎ অমনি ; অরানব থিত্তগিদি য়াম-থ্রব মমলনি।

দেস : অওইবমক, নং য়ানি হায়ব থাজদে।

ইমি : অওইবমক্তি ঐ য়াব চুম্মি হায়ল নীংই, কোম্ম, য়ারুদে হায়রগ লোইরেদন। মেরীন সাক্ষী—, খুদোপ অমগি, ফি অমগি, টুপী অমগি, ফনেক অমগি, করিগুম্ব শেল খরগিদি ঐ ভম-জরোই, অহুবু পৃথ্বী পুম্ব পীগে হায়রবদি মপুরোইববু নমথাক

তৌরোইদব কনানো মাসু নিংথৌ ওইদোরিবনি ? পৃথ্বী কংনবগি দমক্তি নোরোক্ত খর লাক্নগে লাক্লসনু ঐ য়াই ।

দেস : পৃথ্বী পুম্নমক্কিদমক ঐন করিগুম্বদ মতুগি রাখলতু পাম্মুরবদি ঐবু নোরোক্ত লাক্লসনু ।

ইমি : করিনো অরানব হায়বসি তাইবংপান্দ তৌব অরানবনি ; অরামনগি তাইবংপানসি ফংলবদি, অরানবতু নংগি তাইবংপানগি ওইরবনিন য়াম্ম থুন মতু চুমথোকপ য়ানি ।

দেস : অতুগুম্বী মুপীতু লৈরম্নি নীংদে ঐদি ।

ইমি : লৈ, অতুম্ব য়াম্ম লৈ ; মতুমুক য়াম্ব অমনসু মরালতুন পৃথ্বীবু থলহনব হঙ্গোইদব লৈ । অতুবু ঐন খনবদি মুপীন অরানব চংপসি মপুরোইবশিংগি মরালনি : খুদম ওইন মথোয়ন মথৌ তৌদে, শেল মীঙোন্দ পীথোকউই, নত্রগ খম্বন মৈশান খোইশাওরগ ঐথোয়গি চথোক চৎসিন্দ থিংই, নত্রগ ঐথোয়বু য়ৈ, নত্রগ ঐথোয়গি হান্ন ফংব শেনফংতু ককথে । করিনো, ঐথোয়সু শাওব হৈয়ে খর থোৎ-নোরবসু ; ঐথোয়সু খরদ ওইরবসু লম্মন খুম্নিংঙে । মুপীগি মপুরোইবশিংন খঙসনু, মুপীশিংসু মথোয়গুম্ন অরাম খৌরাংব খঙই ; মথোয়ন্দু উই, মনম খঙই, অথুম্ব অশিনব মহাও মপুরোইবগুম্ন খঙই । করিনো মথোয়ন তৌরিববো ঐথোয়গি ইহুৎ অতৈবু শিলহল্লগ ? শান্নব মখল অমরাও ? ঐন নীংই মানি : মতু অপাম্বদে পোকপ্রাও ? ঐন নীংই মানি : হকচাংগি মহৌশা ওইব মরাল নত্রাও ? মতুসু মানি : ঐথোয়দি অপাম্ব খঙত্রাও, শান্ননিংত্রাও, ঐ-তোংগি হকচাং পাত্রাও নিপাগুম্না ? অদুদি মথোয়ন

ঐখোয়বু নিংথিন শিজিন্নসমু, নত্রবদি মখোয়ন খণ্ডসমু—
ঐখোয়ন তৌব অয়ানবহু মখোয়ন তৌব অয়ানবন তম্বিবনি।

লেস: বিদায়, বিদায়! লাইরৈবাক্ক পীনবিসমু অম্তুম্ব পুকচেল, মহুন অয়ানবগি লম্মন অয়ানবন শিংনিংদনব, ইশাগি ইয়ালবুন অয়াব থাংহুন চুমখোকচব। (চংখি)

— ----

## ৫/২

### সাইপ্রসকি লমজাও অমদ।

(ইয়াগো অমসুং রোদেরিগো লাকই)

ইয়া: সিদ, পোংয়োনশংসিগি মরুমদ লেপউ; মহাক হুজিকমক লাক্লনি: নংগি থৌরব খিন্নথাংহু মখুম হাংদোকউ, চংকংন থিল্লু মতোন্দ: থীম্ব্গমু, থীম্ব্গমু; কৱিমত কিগমু। ঐ ননাক্ত লৈগনি: ঐখোয়গি লাইবক ফত্তম নত্রগ থীভয়ি; মহু কাও-গমু, অহুগ নবুক্লীংহু চপ য়ুংউ।

রো: ইনাক্ত লৈয়ুকো, ঐ কিরকপ য়াই।

ইয়া: ঐ সিদ লৈরিবসিনি, নখুল্লিং ময়াদ: নথৌনা ফো, ফিভম চান লেপ্পু। (হন্দোকখি)

রো: ঐ থমকসিদ থয়াই কয়া তাদে, অহুবু মান ঐতোন্দ য়ানিংনব

মরম পীরে : নিপা অমত্তং মাংথদনি। ঐগি থাং, শংহেক্ত : মহাক শি:রে।

ইম্মা : উরীং মচাসিবুদি মথো শংলে য়ৌনব, মহাক শাওব ডগ্রে, মান কেশিওবু হাংলবস্থ, নত্রগ কেশিওন মাবু হাংলবস্থ, অমন অমবু হাংপদ ঐগিদি ইতোং তোংই, য়োদেরিগো হিংহৌরো, মান শিংলো হায়নি সনা, মনি ঐন মডোন্দ লোবন্থ দেস-দেমোনাদ হায়জিন্নরগ ; মন্থ ওইব য়ারোই : কেশিও লেম-হৌরো, মাগি ফজব মশক্তুন ঐবু মুক্তিগি থীহন্দোরি ; মন্থগি মথক্ত মূরন মডোন্দ ঐবু তাকথোকপ য়াই ; মন্থ ঐডোন্দ মতা চারোই, মহাক শিহন্দব য়াদে। ডাইথো, মহাক লাকপ মথোন তারে।

( কেশিও লাকই )

রো : ঐ মাগি শাজং থডই, মসি মহাক্লি—মীফম্ভ, নংদ শিরো।

( কেশিওদ থিল্লি )

কে : খুংথিন অন্থন শিব য়ারবনি য়োংকি ফুরিং নংন থডদবসি নংলমত্রবদি : নংগি অমুক য়েংব তায়।

( শংলগ থিল্লি রোদেদ )

রো : ওঃ, ঐবু হাংলে।

( মতু'দগি ইয়াগোন কেশিওবু মথোডদ থিল্লম্মগ চেনখি )

কে : ঐ থোড শোইব তাবে মপোকসিমগি। কনা কনা লৈবগে ! মী হাংলে, মী হাংলে !　　　　( তুখি )

( ওথল্লো লাকই )

ওথে : কেশিওগি মথোঙ্গি : ইয়াগোদি ময়াইহেচ্ছ ঙাকখ্রে।

য়ো : ওঃ, মীফম ঐগি ইতিক চাবনি!

ওথে : অচুম্বনি মত্থু।

কে : ওঃ কনা কনানো, খব তেংবাংবিরো! মৈঙাল! ডাক্তর।

ওথে : মহাক ওইব তারে—থৌনা ফরব ইয়াগো, নবুক শেংব অচুম্ব চংপ, মরুপ্ত লাল্লবগি নবুকচেল অত্থুক চাওব ঙম্ব! নংন ঐঙোন্দ তম্বিবে। থাজব য়াদবী মুপী, নংন মুংশিজবদো শিরে হায়। নংগি থীবব লাইবকম্ভু থুংলবনি, ওক্তবী, ঐ লাক্লে। মুথংলে থম্মোইদগি ফজব নম্রিংন তৌরম্ব লাইরা-শিংদো; চুমদব লীচংন মোংহল্লম্ব ফমুংদো, নংগি শেংদব ঈখেংন কুপশিল্লনি। (চংখি)

( চংলকই লোদোক্তিকো অমম্ভুং গ্রেসিএনো )

কে : ও কনা কনা লৈবগে! ঙাকশেনব লৈত্রবাও? লম্বীচংপ কনা মত য়াওব্রবাও? মী হাংলে, মী হাংলে!

গ্রেসি : করিগুম্ব খুদোংথীব থোকপ তাবে; লাওরিবসি অথা থোম্মোকনি।

কে : খর তেংবাংবিয়ো!

লো : তাওনেসে!

য়ো : ওহ, তমথীরব মীরৈহং!

লো : অনী অহুম শুরিনে নাহেম্বিবসে : নোংমংব অহিংনি; হূরানবন মতাং তৌব ওইরম্বম্ভু য়াই, মনাক নক্ক পাক চংব ফংদোই মী অতৈ য়াওদন।

রো : কনাগন চংবরাও ? ঐবু ঈ হাঞ্জন শিব তারবাও ?

লোদ : তাওনে !

( মৈরা পায়রুন ইয়াগো লাকই )

গ্রেসি : নিপা অম লাক্লে ফুরিং অমত্তং লিংলগ, মৈরা অমস্তুং খুং-
লাই পায়রুন।

ইয়া : কনা কনানো ? মী হাংলে লাওবহু কনানো ?

লো : ঐখোয়দি খঙদে।

ইয়া : নখোয়বু লাওখিবকা তাব্রাও ?

কেশি : সিদনে, সিদনে ! ঈশ্বরগি দমক থর তেংবাংবিয়ো।

ইয়া : কৈদৌনরবগে ?

গ্রে : মসি ওথেল্লোগি ফিরান পায়বহুনি, ঐন নীংবদি।

লো : মহাক ওইব তায় ! য়াম্ম থৌনা ফব নিপানি।

ইয়া : কনা কনানো স্থুরাইদ লাওখিবহুবো য়াম ব্রাব ?

কে : ইয়াগো ? ওহ, ঐ খোউ তেকপ তারে মী ফত্তশিংন থাংব
থিল্লম্মে ; ঐডোন্দ নত্তেং থর পীবিয়্ম।

ইয়া : অব্রাবনি লেফটনেন্ট ; করম্ব ফত্রবশিংন তৌরম্মিবনো অহুদে ?

কে : ঐন থাজবদি অমদি স্থুরাইদ লৈরমনি, চেনব ভমখিত্রবনি।

ইয়া : থাজব য়াদব মীফত্তশা ! কৈদৌরি অহুরাইদা ? সিদ লাক্লগ
অশোকপ মীদ নত্তেং পীরোদন।

( লোদোভিকো অমস্তুং গ্রেসিএনোদ )

রো : ওঃ, সিদ থর তেংবাংবিয়ো।

কে : মসিন অমনি ঐডোন্দ থিল্লহদো।

ইয়া : তমথীম্নব মীহাৎপ, মীগ্লুথাও ! (ম্নোদেম্নিগোদ থিল্লি )

ম্নো : নোম্নোক্ত পৎকদব ইয়াগো ! থম্মোই ম্নাওদব হুই !

ইয়া : অমম্বদ মীহাৎপ ! কদায় কদায়দগি হুয়ানবশিংনো ? চীক-খ্রেদা সহরসে ! ও—মী হাৎনরে ! মী হাৎনরে ! নখোয়বু করম্ব মীতানো ? নবুকচেল ফত্তন লাকপ্রা ফন লাকপ্রা নখোয়বো ?

লো : অফবনি, ফত্তবনি হায়বত্তু ঐখোয়গ থেংনবসিদগি হাইয়ু ।

ইয়া : ইডো লোদোভিকো নপ্রাও ?

লো : মানি ইবুংডো ।

ইয়া : ঐবু য়ারৌবিন্নু । কেশিও থীন শোক্তুন লৈরে ফত্তবশিংগি মথুত্তগি ।

গ্রে : কেশিও !

ইয়া : কয়া থীন শোক্লবগে ইনাও ?

কে : ঐগি খোঙ তুপ্পব কক্লম্ম ।

ইয়া : মেরীন খঙনি, নোংথক্ল মতু পিংবিসম্নু ! মৈডাল, মৈবাক মচাশা ! ঐগি ফুরিৎসিন পুন্সিনগে ।

( বিয়াঙ্কা লাকই )

বিয়া : কৈদোনরবগে ? কনানো লাওখিবদো ?

ইয়া : কনানো লাক্লগ লাওররিবো ?

বিয়া : ওঃ, ঐগি চান্নব কেশিও ! ঐগি মুংশিবব কেশিও ! ও কেশিও, কেশিও, কেশিও !

ইয়া : ওহ, অফাওবী খ্বাইগি মুপী ! কেশিও, কনাবু চিংনৈ, নঙোন্দ স্বম্ব থিল্লমদোব নিপাসে ?

কে : কনাস্নু লৈতে ।

গ্রে : নহাকপু সিগুম্ব ফিভমদ থেংনবসি ঐ মুংঙাইত্রে : ঐ নংবু থিব লাকপনে ।

ইয়া : খুবোম য়েৎনফি অমত্ত ব্রাইগে । মতুন য়ারনি, চৌকি অমত্তং লৈরবদি হাপ্পগ মুংঙাইন পুব য়ারনি ।

বিয়া : ওহ, ওস্থোকপনি, মহাক ব্রাম্বরে ! ও কেশিও, কেশিও, কেশিও !

ইয়া : লৈবাকমচা পুম্নমক, তুক্কজরব জীবসিবু ঐ চিংনৈ, মহাক অম য়াওরমগনি শোকহল্লিবসিদ । ঙহাক্ত খাংবিয়ু, ফরব কেশিও । লাও, লাও, মৈ অমত্ত পীয়ু । নিপাসিবু মশক থঙব য়াওব্রাও ? ওস্থোকপনি, ঐগি মরুপনিনা, ঐখোয়গি চান্নরব লৈবাকমচা রোদেরিগো ! নত্রা মানিদা, শোইরোই হে ঈশ্বর ! রোদেরিগো ।

গ্রে : করি, ভেনিসকিরাও ?

ইয়া : মানি ইবুংঙো, মাবু মশক থঙবিব্রা ?

গ্রে : খঙই নহে মসে ।

ইয়া : ইঙো গ্রেসিএনোরা ? ঐবু ব্রারৌবিন্নু, থোক্লিব থোদোকসিন ঐবু হৌনব খঙহনদ্রে, ঐ থোশাজরুদ্রে ।

গ্রে : নংগ উন্নব য়াম্ন মুংঙাইরে ।

ইয়া : কমদোরি ইবুংঙো কেশিও ? শুহ, চৌকি অমত্ত, চৌকি !

গ্রে : রোদেরিগো !

ইয়া : মানি, মানি শোইদ্রে ।

( চৌকি অম পুরকই )

ও:, ফরেদা, চৌকি লৈরেদনা। থৌজাল হৈব মী থরন সিদগি থাংহুন পুবিব তারে। ঐ জেনেবেলগি ডাক্তরতু কৌজরুগে। ( বিয়াঙ্কাদ ) ইকেমদি অরাব য়াওবিকবসু য়ানি। সিদ তুহুন লৈরিব নিপাসে ঐগি চাম্নরব মরুপনি নখোয়নীবু করম য়েং- থীনব লৌখিবগে ?

কে : করিমত লৈখিদে ; নিপাতু ঐদি মশকফাওব থঁজদে।

ইয়া : করিনো, ইবেম্মবু তাইফেং তায়ন উইদা ! ওহ, লমহাং মুংশিং মরক্ত থম্ব ফত্রে, পুসিনখ্রসে। ( কেশিও, রোদেরিগো পুখি ) ভহাক্ত ভাইবিখো ইবুংভোশিং। ( অতৈদ ) মাগি মমিংন ইশুক শুকথবতু উবিহৌদ্রাও ? ( বিয়াঙ্কাদ ) অতুম হায়ন য়েংলবদি অকিব শকফমদ, য়া অতৈ থুন তারকখিনি ইভোশিং মুম য়েংবিয়,— ঐন হায়জরিবসিনি, মাবু মুম য়েংবিহৌ। উবিব্রনে ইভোশিং ? নত্তে, অরানব হায়সিদি মথন্দ হায়দোকচরকপনে, মচিন্ন তুমিন লৈগ্রবসু।

( ইমিলিয়া চংলকই )

ইমি : ওহোকপনি, কৈদৌনরবগে ? কৈদৌনরবগে নিপা ?

ইয়া : অমম্বদ কেশিওবু থাংন থিল্লম্মে রোদেরিগো অমসুং চেনখ্রব অতৈন : কেশিওন শিবয়ান শোক্কে, অতুগ রোদেরিগোন শিরে।

ইমি : অরাবনি ফরব ইভোশিং, অরাবনি ফরব কেশিও।

ইয়া : মসি ওক্কবীগ তিম্নবদগি ফংব মহৈনি। ঐন হায়জি, চম্ফু

ইমিলিয়া, কেশিওদ হংউ, মহাক ঙসি অহিং কদায়দ চাক চারুই হায়ত্নুন। ( বিয়াঙ্কাদ ) করিনো নংন নশা নিকইবদে ?

বিয়াঃ মহাক ঐখোয়দ চাক চাথি ; ঐন নিকপদি মতুগিদমক নত্তে।

ইয়াঃ ওহ, মহাক চাথিবকো ? ঐন য়াথং পীরি, ঐগ চৎসি লাও।

ইমিঃ কয়াদ দায় হনখ্রবনো, অচ্চা খ্বাইগি নুপী !

বিয়াঃ ঐ খ্বাইগি নুপী নত্তে, ঐঙোন্দ থীন হায়রিবী নংগুম্ন ইবুক শেংন হিংবী অমনি।

হমিঃ ঐগুম্ন হায়ব ! অচ্চা তুক্কচরেদা !

ইয়াঃ থৌজাল হৈরব ইবুংঙোশিং, ঐখোয় চৎলগ কেশিওগি অশোকপতু শেমজিন শাজিনবতু য়েংউসি। লাও, ইবেম্মা, থাজব য়াব ব্না হায়ব তায়। ইমিলিয়া, নং চেল্লু লানবন্দ, ঐখোয়গি ইবুংঙো অমসুং ইবেম্মদ থোকইব ব্রাশিংসি তম্মু চৎলু। চৎত্রিব্রাও ? ঐন হায়রিবসে। ( মথন্দ ) ঙসি অহিংসিনি, ঐবু শেমদোরিব নত্রগ মাংহন্দোব্রিব। ( চৎখি )

---

# ৫/২

## হিপ্নব ক'দ লানবনগিঃ

## দেসদেমোনা ফমুংদ তুমই, মোমবাতি অম থাম্লি।

( ওথেল্লো চংলকই )

ওথেঃ মসিদৈনিনে মরমতুবুদে,

মসিন থোকহনব, ঐগি থব্রাই—

মম্নিংদি পঞ্জরোইকো নখোয়দ,
নবুক শেংলব থব্লান মৈরাশা !
মসিদৈনিনে মরমত্থবুদে।
তাহল্লোই অত্থবু মাগি ঈদি,
মাংহল্লোই উন্দৈ ডৌব উন্সাসে,
মোংফম ফুরা মুংদৈ হেন্ন নানব।
অত্থবু মহাক শিদব য়াদে,
মী অতৈগস্থু লান্নরুব য়াই।
মৈঙালসিবু হান্ন মুথৎপতায়,
অত্থদৈ মাগি মঙান মুৎহনব ঃ
মুথৎলুরগ নঙালত্থ থাংমৈ,
চমথৎপ য়ানিদো নংদি অমুক ;
'ত্থগ নংগিত্থ মুথংলুরদি,
খ্বাইদৈ ফজবগি পাদম ওইবী,
খঙদে প্রোমেথিয়সকি মৈরোঙম
নং' নঙালত্থ অমুক চুখৎনব।
হেক্তুৎলুরব আতোর গুলাপ্পো,
অমুক শাংহনব ঙমদে মপানদ,
খুইথদব য়াদেদো মহাক্তো ঃ
মপান্দ শাৎলিঙৈ নমহৌগে ঐ। ( চিম্থেংনরুই )
আহা, স্বোর মনম মুংশিরবা,

ব্রায়েস্থাংয়া পংহনগে তৌরিবা !
অমুক্তংগ, অমুক্তংগ, আহা ! ( লাপ্প চুপই )
শিরগস্নু অহৃম শুমহৎলু,
হাৎলতুংস্নু মুংশিগেকো অহৃম ।
অমুক্তংগ হন্দকসিন লোইবে :
অস্নুক মুংশিবন শিব য়ান,
হু কাবদি অমুক্ত তৌরম্মোই ।
কপ্পনি কপ্তব ঙমেলকত্রে ।
তমদি তমথীব পিরাংনিকোসে ;
নোংদম্বগি মম্নুংঙাইতহুনি,
মুংশিব মফমদ ব্রারকপিব ।
মহাক হৌরমানে ।

দেস : কনানো ? ওথেল্লোরা ?

ওথে : মানি, দেসদেমোনা ।

দেস : ফমুংদ চেম্পিরগদব নত্র' ইবুংঙোবু ?

ওথে : নংবু ঙসি মুংদাং, লাই শোনখ্রবা দেসদেমোনা ?

দেস : শোঞ্জখ্রে ইবুংঙো ।

ওথে : নংন তৌরুব করিগুম্ব নরাল, ঈশ্বরদ ঙাকপিয়ু হায়ন নীথিদ্রিব, নিংশিংব নৈরবদি হুঙ্কিকমক ঙাকপিয়ু হায়জহৌরো নোংন্দোন্দ ।

দেস : ওহোকপনি ইবুংঙো, করিনো তাকপিরিব ব্রাহুবো ?

ওথে : অহু অদা থিনু, ঐন হায়বিবহু তৌ, শয় ; ঐ অস্নুব্রাইদা হন্দোক্কে : নরাল কোকচনব লাই থুরুমত্রিব নথরাইহু ঐ

হাৎনিংদে। ঈশ্বরন ঐবু অতুম্ব থবক্তগি থিংবিসন্নু ? ঐ নংগি নথরাইতুমক মাংহনবদি পামদে।

দেস : ঐবু হাৎপগি রাবা তাকপিরিবসিবো ?

ওথে : উম, মানি।

দেস : অতুদি ঈশ্বরন ঐবু থৌজানবিসন্নু।

ওথে : থম্মোই য়াওন হায়বি— অতুমক ওইসন্নু।

দেস : তাকপিবিবতুনদি ঐবু হাৎপিববোই নীংজে।

ওথে : হুম !

দেস : অতুবু ঐ নংবু কি ; নমিৎন অতুম্ম ঙোং ঙোং ওৎলবদি নং মীহাৎনি ই : ঐন কিবিবসি কবিগিনো ঐ খঙদে, মৰমদি ঐন খঙজব ইরাল অমত্ত লৈতে ; অতুবু ঐ কিবমানে নিংজৈ।

ওথে : নরালশিংতু নিংশিংউ।

দেস : ইরাল হায়ববু নংবু মুংশিকবতুনি।

ওথে : উম, মুংশিবতুগি মরীদৈনি নংন শিদোবিবস্নু।

দেস : মুংশিরুবৈ হাৎপিতুন শিবদি হৌনদব মীশিনি। অবাবনি, কবিগিনো চিন্নান মথাথংব চিকপিবিবত ? কবিগুস্ শাথীবৰ মচীং অমন নশাতু নিকহল্লে ; মতুন তাকপদি তমথীবব থবক তৌরব য়াই ; অতুবু ঐন নীংই মতু ঐঙোন্দ তম্বদি ওইবম্মোই।

ওথে : তুমিন্ন লৈয়ু—ইংন !

দেস : ঐ লৈজগে। কৈদৌবিদৌন্নিবনো ?

ওথে : ঐন মুন তৌব রুমাল নঙ্গোন্দ পীখিবদো, নংন কেশিওদ পীগ্রে।

দেস : নত্তে কদায়দগি, ইপুন্সি অমস্তুং ইথন্নাইন খঙনি ! নিপাতু কৌহনবিরু অতুগ হংবিয়ু।

ওথে : মুংশিরব থল্লাই, চেকশিল্লু, থাজবহাংপৈ নরালহ্ন চেকশিল্লু ;
নং মোংফমদ হিপ্লবনি খঙঙু।

দেস : ওইব য়াই, হুজিকমক্তি শিথিদব য়াই।

ওথে : শিরগদবনি থীন্দন,
নরান্দু পনব লৈতন য়াবো,
ফম রাশক্তুনম্ন কান্নরোই,
ঙম্মোই কোকহনব ঐগি থাজব ;
শোহৈদন শিব তারবনি নং।

দেস : অদুদি ঈশ্বরন ঐবু থৌজানবিসন্নু !

ওথে : থৌজানবিসন্নু হায়রি ঐস্মু।

দেস : নংস্মু থৌজানবিবোইরে ঐবু, করিগুম্ব অরানব অমত্ত ঐ তৌজখিদ্রি নঙ্গোন্দ ; কৈদোঙৈদ মুংশিজরুদে কেশিওবু, খ্বাইন চংনব ঈশ্বরনস্মু য়াবিখদৈ হোন্দোরু ; কৈদোঙৈদ পীজরুদে মঙোন্দ মুংশিখুদোনপোং।

ওথে : নোংদোন্ন সাক্ষী, মাগি মখুৎত ঐগি রুমালহ্ন উখ্রে। নবুকশেংদবী নুপী ! নংন মুংচংহল্লে ঐগি থম্মোইবু, যজ্ঞ ওইন তৌগে থল্লম্ব থবক্ত, নংন তুক্কজব পোকহন্দুন মীহাৎপদ তাহন্দোরে ; ঐ রুমালহ্ন উখ্রে।

দেস : মান থেংনরুব ওইরিনি অদুদি : ঐনদি মঙোন্দ পীখিদে কৈদোঙৈদ : মাবু সিদ কৌহনবিরু, মহাকপু অশেংবহ্ন হায়হল্লু।

ওথে : মাগি মরালহ্ন মশান য়াখ্রে।

দেস : য়াখ্রিবহ্ন করিনো হৈবুংঙো ?

ওথে : নংগ মবী লৈনৈ হায়ব।

দেস : কবম্না ? আইন কায়ন, হৌনদন ?

ওথে : উম।

দেস : মহাক অতুম্ন হায়ব ঙম্মোই।

ওথে : হায়বরোই, মহাক হায়ব ঙম্মোই, মচিন্দো মেনখ্রে মপোক-
সিমগি, মবুকশেংব ইয়াগোন মতুগি য়াথংতু পুখ্রে।

দেস : ওঃ! ঐন চিংনরম্বতু থোকখ্রে, অওইবমক কেন্সিওবু শিগ্রবা ?

ওথে : মশম শম্না থুদিংন মথম্নাই ওইরম্মবম্ন ঐগি লম্মন থুম্নিবগি
খৌরাংবসিন মথোয় থুদিংবু য়োৎপ ঙমগনি।

দেস : ওস্থোকপনি, মঙোন্দ নত্তব মরাল শিজিনবিরম্রে, ঐস্থ মাংব
তাম্নে।

ওথে : তোক্লো, ওক্কবী! মাগিদমক ঐগি ইমাংদ কম্লিত্রা ?

দেস : ঐবু লৈবাক্কগি তাস্থোকপিয, ইবুংঙো, হাংপদি হাংপিম্নু।

ওথে : হিপথৌ, খ্বাইগি হুপী।

দেস : হয়েং হাংপিবু : ঙসি অহিংদদি হিংজখিগে!

ওথে : য়াবোই অতুম্ন থাংলবদি—

দেস : পুংখাই অমত্তদি ঙাইবিখো!

ওথে : হৌরুববদ থীম্নব য়াগ্রে।

দেস : লাই অমুক্তদি শোঙ্গখিগে!

ওথে : মতম হেনখ্রে।

( মেংখায়বে মাবু )

ইমি : ( মন্নুংদৈ ) ঐখোয় ইবুংঙো, ঐখোয় ইবুংঙো ! কৈদৌরবগে ইবুংঙো ! ইবুংঙো !

ওথে : কনানো লাংইবসে ? শিদ্রিবা ? চান্নন শিদ্রিবা ? ফম তম-থীরবস্মু ঐ নুংশিব খঙই ; ঐ নংবু কুইন ব্রাত্নন লৈহন্নিংদে ; অশুন্না—( ফিন য়োমশিল্লগ মখৌরীত্র ফুলহল্লি )

ইমি : ( মন্নুংদৈ ) কৈদৌরবগে—! ইবুংঙো ! ইবুংঙো !

ওথে : কনানো লাওরিবা ?

ইমি : ( মন্নুংদৈ ) ও ফরব ঐখোয় ইবুংঙো, ঐ ব্রা অমত্ত হায়জগে !

ওথে : মানি, মসি ইমিলিয়ানি। থীন্দন চংহল্লনি। মহাক শিরে। মহাক্ক লাকইবসি কেশিও শিরে তাক্লবনি কদায়দৈ থোঙ্গেন্নো অম তাখিবদো ! ওহ, লেংদ্রেদন, মোংভমগুন্না চীক্লে। মাবু চংহনসিরা ? মত্থু ফগদ্রা ? অমুক লেংব মাল্লিদা—লেংদে। করি তৌবন খ্বাইদগি ফনি ? মহাক চংলক্লবদি, শোইদন ঐগি মুপীদ ব্রা হায়রক্কনি : ঐগি মুপী ! ঐগি মুপী ! করম্ব মুপী ? ঐগি মুপী লৈত্রে। ওহ, খাংবঙম্পোাৎ নত্তে ! ওহ, ব্রারব মতম ! কয়া মুংডাইগবনো অচৌব গ্রহন অম থোক্তুন মুমিৎস্মু থাস্মু পুম্মম মমখ্রবদি ; খংহোং হোংবত্থুদ থুক্কংলব পৃথ্বীসিন চিং-খায়রবদি ফরনিদকো !

ইমি : ( মন্নুংদৈ ) ঐন নোল্লুক্ক হায়জরি, ফরব ইবুংঙো, ব্রা খরদং তমজগে।

ওথে : ঐ নংবু কাওরুরে ; ওহ চংলকউ ইমিলিয়া ; ডাইখো, কুইদৌব নত্তে। কাঙখন অমুক্ত হায়জিনখিগে। নংবু কদোমদ লৈ ?

( থোঙ হাঙই )

( চংলকই ইমিলিয়া )

করিগিনো নংন হুজিক লাকপবো ?

ইমি : ফরব ইবুংঙো, অসুন্নাইদ তমথীন মী হাৎনরে।

ওথে : করি, হুজিকপো ?

ইমি : হুজিক্কনি, ইবুংঙো।

ওথে : মসি থাগি মরালমক্কি ; মহাক্ক লম্বী হেন্দোক্কুন পৃথ্বীগি মনাক নকশিন্ন লাক্লগ মীবু ঙাওহনবননি।

ইমি : কেশিওন ভেনিসকি পাথং রোদেরিগো কৌব অম হাৎলুরে ইবুংঙো।

ওথে : রোদেরিগো হাৎখ্র ! কেশিওসু হাৎখ্রে !

ইমি : নত্তে, কেশিওদি শিদ্রি ।

ওথে : কেশিওবুদি হাৎলমদ্রে ! অছুদি হাৎপহু স্বর চানদ্রে, পামজব লম্মন খুম্বদো থোম্থোক য়াক্লনি।

দেস : ওহ, ইরাল নৈতন হাৎপিরে !

ইমি : অন্নাবনি, কদায়দগি থোঞ্জেলনো সিদে ?

ওথে : করি হায়বা ?

ইমি : ওহ, ওন্থোকপনি ! ঐথোয় ইবেম্মগি থোঞ্জেলনি। তেংবাংবিরো ! কনা কনা নৈবগে ! খর তেংবাংবিরো ! ইবেম্মা, অমুক্ত ঙাংখো ! মুংশিরবী দেসদেমোনা ! মুংশিরবী ইবেম্মা, রা ঙাংউ।

দেস : ইন্নাল নৈতব মীশিদ ঐ শিরবনি।

ইমি : ওঃ, কনান তৌরিবনো সিবো ?

দেস : কনানস্থ নত্তে, ঐন তৌজবনি। বিদায়, ঐগি থোজাল হৈয়ব ইবুংঙোদ ঐবু নিংথিন তম্বিয়ু ওহ, বিদায়!

ওথে : করিগি, মাবু কমদোন হাৎলম্মিবা?

ইমি : অরাবনি, কনান খঙঙ্নি?

ওথে : নংম্থ মশান হায়ব তাখ্রবদায়, ঐন নত্তে হায়রুন।

ইমি : অহুম্ন হায়খি : ঐদি অচুম্বহু তম্ব তায়।

ওথে : ওইদব ঙাংবগি মহাক মৈচাক্লিব নোরোক্ত চৎখ্রবনি। মহাকপু হাৎপহু ঐনে।

ইমি : মান ঙাংইবহুন মহাকপু লাইবৈবাক্কি মী হেন্না মালহল্লি, নংবুন হেন্না মুব লাইমু।

ওথে : মহাক মরমচৎ নাইদে, ওক্তবী মুপীনি।

ইমি : নংন মঙোন্দ ওইদব হায়জিনবিরে, নং লাইমুনি।

ওথে : ইশিংগুম্ন মবুক লেপ্তে মহাক।

ইমি : নহাক মৈগুম্ন ফিংই মাবু মবুক লেপ্তে হায়বদি : ওহ, মাদি লাইরেম্বীগুম অচুম্বচৎপীনি!

ওথে : কেশিওগ মাগ মবী লৈনৈ, থাজদ্রগ নথোয়গি মুপাদ হংজো। ওহ, ঐবু নোরোক্কি লুবব কোমদ পংহল্সনু মরম চান ঐন মাগি অরোইব থবকসি তৌরম্ব নত্রবদি। নথোয়গি মুপাহু লোইন খঙবনি।

ইমি : ঐথোয়গি মুপা!

ওথে : নংগি নপুরোইবা।

ইমি : মুপীসিবু লুহোংবগি রাশক্তু কায়রুরেসিরা?

ওথে : উম, কেশিওগ। মানবু মবুকচেল লেপ্পী ওইরম্মবাদি, মমল য়াম্নব মনিদন শাব তাইবংপান অম নৌন শাহ্নন লাইন পীরবস্নু মাগ ওম্নরম্মোই ঐ।

ইমি : ঐখোয়গি নিপা !

ওথে : মানি, মহাক্ন অহানব হায়খিবনি : মাদি মবুক শেংব নিপানি, অমোৎপ অরানব থবকপু তুক্কচৈ। হন্ন হন্ন হায়রুবগি করি কান্ননি, নুপী ? নথোয়গি নিপাননি হায়রেদনা।

ইমি : ও ইবেম্মা, মীরৈহৎন লক্করম্মে নংগি নুংশিবদ ! ঐখোয়গি নিপান ইবেম্মবু মবুক শেংদে হায়বকো !

ওথে : মানিনে নুপী ; ঐন হায়রিবসিনে নংগি নপুরোইব : ব্রাহৈসি অর্থ খঙলিব্রাও ? ঐগি মরুপ, নংগি নতৈ, মবুক শেংলব ইয়াগো !

ইমি : মান অহুম্ন হায়রম্মবদি, তুক্কচনবগি মশক ওইরব মাগি থব্রাই অহু পৎসম্নু চংনিং মখাই অমমম নোংমদ। মান ভাংইবহু মথব্রাইন য়াদব ওইদব ব্রানি। ইবেম্মহুন মতৈ মত্তিকচাদবহুবু পাম্মনবদগি কায়ব ব্রানি।

ওথে : হা !

ইমি : নংন তৌনিংব তৌ থীন ঐডোন্দ, নংগি থবকসিদি লাইরৈ-বাক্কি মতিকচাব নত্তে, নংন মাগি মতিকচাব নিপা নত্তবগুম।

ওথে : তুমিন্ন লৈয়্, মচুন নঙোন্দ খ্বাইদগি ফনি।

ইমি : নংন ঐবু মাংননব তৌবগি পাঙ্গলহু ঐন মহু থাংননব পাঙ্গলগি ভঙথাই ফারোই। ও অপঙব ! ও মীরোল হুক্কব ! অমোৎপ

নূরামুক পঙবাও ! অস্মুম্ব থবক তৌরকা—ঐ নংগি থাংত্থু কিক্কিব মী নত্তে ! ঐ নংবু মীয়ামদ খঙহনগনি, ইথয়াই ২০ মাংজখ্রবস্থু। কনা কনানো থর তেংবাংবিরো, তেংবাংবিরো ! মূরন হাথলে ঐগি ইবেম্মাবু ! মী হাৎলে ! মী হাথলে !

( চংলকই মোণ্টেনো, গ্রেসিএনো, ইয়াগো অমস্থুং অন্তে অতৈ )

মোণ্টে : কৈদোনরবগে ? কমদৌবিরিব জেহেরেল !

ইমি : ওহ, ইয়াগো নং লাক্লে ? নং অফব থবক তৌরে, মীন মী হাৎলগ নঙ্গোন্দ তায়নগদৌব জাৎ।

গ্রেসি : করিবু তৌনরবগে ?

ইমি : নংন নিপা অম ওইরবদি হাইয়ু মীফত্তসি লাল্লি হায়ত্থুন : মহাক্ল হায়রি নংন মাগি মুপীবু মবুক শেংদে হায়খি হায়ন : ঐ খঙই নংন মত্থু হায়রম্মোই, নং অত্থুক ফত্তব মী ওইরম্মোই : তাকউ, ঐগি থম্মোইসি ফুল্লে।

ইয়া : ঐন মঙোন্দ হায়খিবদি ঐন খাজরম্বত্থুদনি, মশান ওইরম্ব য়াই চুম্লম্লি হায়ব থেংনবত্থুদৈ করিমত হেন্ন হায়খিদে।

ইমি : নংন মঙোন্দ ইবেম্মবু মবুকশেংদে হায়রুদ্রাও ?

ইয়া : হায়খি।

ইমি : ওইদব হায়রুরিব ; তুক্কচরব পাপ পুগদব ওইদব য়া। থরাই য়েংত্থুন য়াশকইবসিনি মত্থু মীনম্ব য়ানি, তমথীরব ওইদবনি।

কেশিওগ লাম্নরুরে ! নংবু কেশিওগ হায়রুত্রাও ?

ইয়া : কেশিওগনি হায়খি, মুপী। চংলু, নরৈত্থ খংকম্থু।

ইমি : ঐ কৈদৌডৈদ তুমিন্না লৈরোই ; ঐ না ডাংদব য়াদবনি :
ঐখোয় ছুবেম্মহু হাংতোকপিরম্বন ফমুংদ লে ।

মরাম : ওঃ, লাইরৈবাক্ক থিংবিসমু ।

ইমি : নংন পীব পাউন হাংহনবনি ।

ওথে : ওন্না য়েংগমু ইভোশিং, মান হায়রিবসি অচুম্বনি ।

গ্রে : অভকপ অচুম্ব হায়বমু তাবে।

মোন : ওঃ, হিংচায়াতম্বগি থবক্কি ।

ইমি : মীরৈহৎ, মীরৈহৎ, মীরৈহৎ ! ঐন খল্লম্বহুনি : ঐ থাজে :
মনমহু নমই : ওঃ, মীবৈহৎ ! ঐ মহুম্না চিংনৈকো : ঐ বাবন
ইথল্দ হাংচব তারে—ওঃ, মীরৈহৎ, মীরৈহৎ !

ইমা : করিনো—নংবু ডাওরব্রাও ? ঐন হায়রিবসিনি—নং চংখ্রো
চংলু য়ুমদ ।

ইমি : ফরব লৈবাকমচাশা, ঐবু না ডাংহনবিয়ু । মান হায়রিবসি
ইনব চুমই ঐন, অহুবু হুজিক্কি নত্তে। ওইবয়াই, ইয়াগো,
ঐ য়ুমদ অময়ুক চংলরোই ।

ওথে : ওঃ ! ওঃ ! ওঃ ! ( ফমুংদ তুশিল্লি )

ইমি : নত্তে, হিপ্তুন লৈয়ু, কপ্প, খোং লাওন ; মরমদি নংন
হাংলুরে অহিংবশিংগি মরক্তগি খ্বাইদৈ ফজবী অমসুং মবুক
শেংবীদো ।

ওথে : ( হৌগৎলগ ) ওহ, মহাক মবুক মাংখি ! ঐদি মুন্ন উজক্রে

খুড়াবু : ( গ্রেসিএনোদ ) নমৌ মুপীহু সিদ তাহুন লৈম্নিবসিনি,

মান হোক্লব মুংশাস্বোরত্নু অঙইবমক খুৎশিংসিন লেপহল্লুব কুইত্রি : ঐ খঙই মসি অকিব অমম্লুং মুংশিহৈতবশখবক্লি।

গ্রেসি : লাইবকথীবী দেসদেমোনা ! নপাবুংন হাম্ন লৈখিদবসি ঐ মুংঙাই : নংন চেনখিবত্নু মঙোন্দ কোকংমেদব লাইথুং ওইখি, মুংঙাইতবত্নুদন মাগি পুন্সি মল্লব লংলাত্নু থংখি ; হুজিক মহাক লৈরম্ব থোক্লবদি উবিব অসিন মাগি অক্ষন বাগল পূম্ব মাংহন্দুন মথন্দ শিজগে হায়গনি, মতুনদি মহাকপু মতম লৈব থিবিক্ত নোরোক্ত অৱাফম তাহল্লুনি।

ওথে : থৱাই নাব মতৌনি ; অত্নুবু
ইয়াগোন হায় লিশীংলক শুরে,
মান কেশিওবু ইকাইদব,
কেশিও মশান য়ার ৱানি :
ঐন মঙোন্দ অহানব পীথিব
মুংশি নিংশিং খুদোনপোৎ অত্নমক
পীরুরে মহাক্ল কেশিওদ,
উবে ঐ মখুৎন পায়রম্বত্নু :
লীয়ব রুমাললনি মুংশি খুদোন
বাজিন ইমাদ পীবিরম্ব।

ইমি : হে ঈশ্বর ! অঙকপ নোংদম !

ইয়া : তুমিন লৈয়ু, ৱা ঙাংনু।

ইমি : ঙাংথোরক্কনি, শোইদন ঙাংথোরক্কনি ; ঐবু তুমিন্ন লৈয়ু, লৈরোই ঐ, ঙাংথোক্কনি অপনব লৈতন অৱাংলমদৈ শিংলকপ

অকনব মুংশিংকুম, থীন হায়জসমু নোংথরু, মীন, লাইমুন, পুম্নমক চৈজসমু ঐ হায়দোক্কনি।

ইয়া : পঙগমু, মুমদ চং'লা নং।

ইমি : ঐ ওম্মোই। ( ইয়াগোন ইমিলিয়াদ থাংন থিনগে তৌই )

গ্রে : অচ্চা! নংগি থাংত্তুন মুপীদ ?

ইমি : ও অপঙব মুর, নংন হায়ব রুমালত্তুদি ঐন তারমত্তুন খুম্নগ ঐখোয় নিপাদ ঐন পীখিবনি, মান মত্তু হুরাল্লকউ হায়ন মথল্লাই য়াওন তোইন হায়জমনবদৈ কবিস্সু লৈতব অত্তুগি।

ইয়া : ফত্রবী খ্বাইগি মুপী!

ইমি : ইবেম্মন মত্তু কেশিওদ পীবা! নত্তে, অঙকপ ব্বানি! ঐন খুল্লগ ঐখোয় মুপাদ পীখিবনি।

ইয়া : অমোংপী, নচিম্থীব ব্বানি।

ইমি : ঈশ্বরন খঙনি, ঐন ঙাংইবসি ওইদব নত্তে, ওইদব নত্তে, লৈবাকমচাশা! মীহাংপ বুদ্দু! অস্মুক পঙব নিপাসিন অত্তুক ফবী মুপীগি মমল খঙগদ্রাও ?

ওথে : লাওথোংনবত নত্তন ঐবু থায়নব নোংমৈশিংজং অমফাওব লেমত্রবাও নোংথকসিবো ? তমথীরব মীরৈহং ?

( ইয়াগোবু হাংকে তান্নে, ইয়াগোন ইমিলিয়াবু মত্তুংদ থাংন থিল্লস্মগ চেনখি )

গ্রে : মুপীসি তুরে ; শোইদ্রে মত্তু হাংলম্মে।

ইমি : আঃ, আঃ, থম্বিয়ু ঐবু ইবেম্মগি নাকন্দ।

গ্রে : মহাক্কি চেনখ্রে, মত্তুদি শিহোৗরদো।

মো : তমথীরব মীফত্তনি। থাং অসি পায়শিল্লু, মূরদগি ঐন মুনবনি।

(মূরদগি থাং মুনবত্থ লাইন মুল্লি)

লাও মপানলোমদ ঙাকলো থোঙসি ; মাবু চেলহনখিন্নু, মথন্নাই হাৎপ তারবস্থ। ঐ তান্নরুগে চেনখিব মীফত্তত্থ, মহাক নো-রোক্ত পৎকদব মীনাইমচানি।

(মোণ্টেনো, গ্রেসিএনো থোকখি)

ওথে : ঐগি ইথৌনা লৈত্রে, করিস্থ লৈতব অমন ঐগি খুৎতগি থাং মুনখ্রে ; অত্থবু ইবুকশেংলুদ্রব মতুংদ ইজৎন কৈদৌননি? পুন্নমক চৎচখিসন্নু।

ইমি : ইবেম্মা, নংগি ইশৈত্থবু করি তাক্লম্মিবনো? তাবিন্নু, ঐন ঙাংবসিবু তাবিরিব্রাও? ঐস্থ কাংঙগুম্ন ইশৈ শক্তুন শিগনি।

(শকই) উইল্লো, উইল্লো, উইল্লো—

মূব, নুপীত্থ সতীনি ; মান নংবু নুংশি তমথীরব মূন্ন ; ঐন ঙাংইব অচুম্বসিমুক ঐগি থন্নাইন শিববতুংদ পোত্থাব ফংসন্নু। ঐন থাজব অশেংবত্থ হায়রগ ঐ শি রে, ঐ শি রে।

(শিথি)

ওথে : অতোপ্প খুৎলাই অম লৈরি ঐগি কা অসিদ ; স্পেনগি থাংনি, উন-মহীন মথৌ শংখ্রব ওহ, সিদ লৈরে। খুড়া, ঐ মপান্দ থোরকপ তায়।

গ্রে : (মন্নুংদৈ) মপান্দ থোরক্লব হোৎনরবদি, নং য়াম্ন চাদিং তৌব তাগনি : নখুৎত খুৎলাই পায়দ্রবনিন ঐথোয়গি খুৎত অন্নাব নংজনি।

ওথে : চংলকউ য়েংলো ঐবু, ঘ্নারীস্নু শাসি। নত্ত্রবদি খুৎলাই পায়ত্ত্রবস্নু ঐ নথক্ত লান্দারক্কনি।

( গ্রেসিএনো চংলকই )

গ্রে : কৈদৌরবগে ?

ওথে : য়েংউ, ঐ খুৎলাই অম পায়রে; লাম্মী অমত্তগি মফৈদ অম্নক ফব খুৎলাইদি কৈদৌঙৈদ য়ানখিদ্রি : ঐ ম্নমিং অত্নু উখ্রে, পিক্লব পাম্বোমসিন ফরব থাং অসি পায়ত্নন নমথেক্তুন চৎলুরবনি ঐ খুদোংথীব কয়া কয়া নংন হুজিক থিংলিবসিদৈ শরুক কুন হেনব অত্নবু, ওঃ, অরেম্ব নাপন্দ তারে! কনান লাইবক্ল তম্বদৈ নাম্বোকপ ঙম্বগে ? হুজিক্তি লৈত্রে ঐগি ইতিক্তো। কিগম্নু ঐবু খুৎলাই পায়ব উরবস্নু; ঐগি খোঙচৎকি অরোইবত্নু য়োরে, থুংভমনি, লাপ্লবদ ঐগি হিন য়োগদব মফম অত্নমক্তি। কিত্নন তুংদ হন্দোকইত্রা ? কিবগি কান্নদে; চরুমনা অমত্তং পায়রগ ওথেল্লোগি থবাক্ত থিল্লক্তে তৌ, মহাক মাইথীরে য়ারনি। ওথেল্লো কদায়দ চৎলুনি ? হুজিক, কম-দৌরি নশক্তো? লাইবক থীরবী ম্নপীমচা! নংগি কমেজগুম তাইফেৎ তায়রবী! অরোহব ঘ্নায়েনশংদ উন্নবদ নংগি মিৎ-য়েংসিন লংথরক্কনি ঐগি থহ্নাইবু লাইরৈবাক্তগি, নোরোক্তি লাইম্নশিংন ওকখিনি। ইংলেদো, ইংলেদো ঐগি ম্নপীমচাসে, মহাক্তি মবুকচেলন ইংজবগুম। ওঃ, নপাপ চেল্লব মীনাই! য়ৈত্নন তাম্বোকলো লাওনে ঐবু, লাইম্ন নখোয়ন, লাইরৈবাক্তি শক ম্নংঙাইন য়েংত্নন লৈরিব অসিদগি। নোংলৈ ম্নংশিংদ উরুক্ল লৈত্নন পুহল্লু ঐবু! কস্তক্তি মৈম্নংদ ঐবু লৌশিল্লু

চামথোকপিয়ু ঐবু মৈ মহীগি লুয়ব ঈচপমুংদ। ওঃ, দেসদে-
মোনা! দেসদেমোনা! লৈত্রেদকো! ওহ! ওহ! ওহ!

(চংলকই লোদোভিকো, মোণ্টেনো কেঁশিওবুন চৌকিদ পুরকই, আকিসারশিংন ইয়াগোবু ফারকই।)

লোদো : কদায়দ লৈ ফিংলব, মরাইবক থীরব নিপাদো?

ওথে : মসিনিসে ওথেল্লো ওইবম্বদো, সিদ লৈয়ে।

লোদো : কদায়নো মহূ কনব লীন অহুনা? সিদ পুরকউ মীফত্ত অহু।

ওথে : ঐ মথোঙপা ৮সি য়েংলে, অনী থোক্ল থায়দে; অহুনম্ভ মাবু লাইমু নত্তে হায়ব য়াদে, নংন লাইমু ওইরম্মবদি, ঐন নংবু হাংপ ঙম্মোই। (ইয়াগোদ থিল্লি)

লোদো : মখুৎতৈ থাংসি মল্লু।

ইযা : ঐ ঈদি থব থোক্লে, শিদি শিক্রি।

ওথে : মতু ঐ ন্যংঙাইতব তৌদে; ঐ নংবু হিংহল্লিংই, হিংলগ য়ানি।

লো : ওহ, ওথেল্লো, অহুক ফবম্ব নংম তমথীরব মীনাই অমগি লৌনম লাংদা থরুবেদো। নঙ্গোন্দ করিবু হায়সিগে?

ওথে : করিনো হাযবিনিংবদ হায়বিযু; ইকাইখুম্নব য়াব মীহাংপ অম, ইবুংঙোন পাম্বিরগ; মরমদি ঐ তুক্কজবদগি করিমত্ত তৌ-জদে, ইজ্জৎকিদমক তৌব ঙাক্তনি।

লো : মীফত্তসিন মাগি মরালহু থবদি য়ারে, নংবু মাগ য়া তাম্নথিত্রা কেশিও হাংনব?

ওথে : তাম্নখি।

কে : মুংশিরব জেনেরেল, ঐদি করিমত লাঙথিদেনা।

ওলো : ঐ মচু থাজহের, নভোন ভাকশিমু হায়জরি । চানবিতুন অমুক্ত হওবিমু ক্ষাইমু ভডখায়সিদ করিগিনো। মান ঐগি থরাই লুকচাংবু লোনম লাংদ থুহমুরিবা ।

ইয়া : ঐতোন্দ করিমত্ত হংলক্কু, নংন থুডইবতু অদুম থডউ : হুজিকৈ ঐ রা অমত্ত ভাংক্করোই ।

লো : করি, লাই ফাওব শোল্লরোইদবা ?

গ্রে : ময়েরবদি নচিনবান্দু কাথোরক্কনিদো ।

ওথে : মং শিংই হায় রা ভাংদব ।

লো : ইবুংভো, থোক্লিব থোদোকশিংতু থডবিয়ু, হুজিক ফাওব থড-বিরিরোই নিংই । চিঠি অম সিদ লৈরে শিগ্রথ রোদেরিগোগি ফুরিংথাওদ রাওরম্বনি ; সিদ অতোপ্প অমগ লৈরে : চিঠি অমন থডক্কি কেশিওবু হাংনব থোরাং রোদেরিগোন তৌগ-দবনি হায়ন।

ওথে : ওহ, মীরৈহং !

কে : তমথীরব চাওখৎত্রব রা !

লো : মসিদ চিঠি অমগ লৈরে মথম্নাই নুংভাইতব উৎপ, মাগি ফুরিং-থাওদগিনি সিম্ব : মসি রোদেরিগোন মীফমসিদ থাজগে তৌ রম্মানে । অদুবু ওইবয়াবদি ইয়াগোন মরক্কুদ লাক্লগ মাবু হাংতুন লোয়নব শিমবনি ।

ওথে : তমথীরব তুক্কচরব মীনুথাং ! করম্ম ফংই কেশিও রুমাল অদু ঐখোয়গি নুপীগিনি ?

কে : ঐগি কাদা তারম্বনি : হুজিক্ত মশামরু হায়দোক্লে মাগি অনিংব অম থুনব ইয়াগোম থাদরম্বনি হায়তুন ।

ওথে : ওঃ অপঙবা, অপঙবা! অপঙবা!

কে : রোদেরিগোগি চিঠিদ মসন ইয়াম্লোম্বু করা শাগুরী হায়বত্তু য়াওরম্মি; ঐগ মাগ থংনৌ ইম্নিনব, থিনবকদগি ঐবু থবক তৌকহনব, ইয়াগোননি হায়ন রোদেরিগোন নিংথাংফম লৈরিডেদ তাকথোক্লম্মি, ইন্নিল্লুব ইয়াগো মান রোদেরিগোদ থাংন অমুক থিনখি।

লো : নং কা অসি থাদোক্লগ ঐখোয়গা চংসি : নংগি মক্তিক, মফম লৌথোক্লে, কেশিওন সাইপ্রস ডাকহৌরনি। মীমাইসিগিদি করিগুম্ব মীওং খুংলাই মাবু কুইন বাহনব শিনগ থাক্লবন মাগি দণ্ড ওইগনি। (ইয়াগোদ) (ওথেল্লোদ মহাকপু নিংথিন ডাক্লগ ফাত্নন থমখিনি, মহাকি মরামসি ভেনিসকি সরকারদ খঙহন্দ্রিব ফাওব। চংসি. মীব পরকও।

ওথে : ঙহাক্ত ডাইবিখো, ব্রা 'মনীদং
চংত্রিডেগি মমাংদ তাবিখো।
লৈবাক্কি সেবা খর তৌজখি
ঐহাক্ত, মতু মীয়াম্ন খঙবি।
মতুন লোইরে, অতৈ হায়জররোই।
নখোয়গি চিঠিদ লাইবক থীব
থৌদোক অসি তম্বিব মতমদ
লীবিয়ু ঐ 'রাসি ঐমক ওইন,
ইরাল্লত্তুসু হস্কহনরিদন
মলোমদৈসু হেক্লংহনবিদন :
য়াম্নদি: মুংশিংগ শিংনদি

নত্তব নিপা অম ওইনা
তম্বিন্নু; পাক খম্বনবদি নত্তে,
মীরৈহৎনা লৌগৎপিরগদি
খক্কন মৈকুত্থু কাহেম চাকপ ;
চাওখৎতব রেদ ইন্দিয়ান অম,
খওদদ্দুনা হুন্দোকখিব মুক্তা
কঙলন মাগি কাল্লুংগুদা হেনব ;
মহৌশান খঙ্গোই কল্লবস্নু
মরাইবক থীবদৈ মপি অত্থু
আরবকি গম্‌ন পাম্বীত্থুদগি
য়াংনা চেক্কবগুম শিন্থুখিব ।
মখোয় অত্থু ইব লোইবিরগ
তম্বিন্ন — নোংমদি এলেপ্পোদ
কোয়েৎ য়েৎপ তুর্কী তমথীবব
অমন হাংখি ভেনিসমচাবু
থীন চৈখি ভেনিস সরকারবুস্নু
তমথীবব হুইত্থুগি খৌরীত্থু
ঐন মেৎলগ স্নুম্ন খিল্লমি।

( মথন্দ থাংন খিঙৈ )

লো : ওঃ, ঈখেংন লোইশিনব !

গ্রে : ঐখোয়ন হায়খিব পুম্বত্থু অরেম্বদ তারেদন।

ওথে : ( অশিব দেসদেমোনাদ ) নংবু হাৎত্রিঙৈদ ঐন নংবু চুপখি ;
মসি নত্তন লম্বী অতৈ লৈতে, ইশাবু হাৎচব, চুপচন্থুন শিনব।

( কম্মুক্ত তুরাদ শিখি )

কে: ঐ মসি থোকপ য়াইহায়হুন চিংনরশ্মি, অহুৎ খুংলাই লৈভমান্ন খল্লশ্মি। মরমদি মথল্লাই চাওব মীনি ম্হাক।

লো: ( ইয়াগোদ )

ও স্পার্টাগি হূই,
হেন্ন তমথীবা পুল্লীং চাকপদে,
চাক লাম্বদে, সমুদ্রদেশু!
য়েংউ অল্লাপোৎলুমসে ফমুংদ,
নংগি থবক্লি মিৎ হূ কাহনব,
মসি থুমজিন্সি, গ্রেসিএনো নং
য়ুমসি থর ভাকশেন্দুন লৈহৌ
মূরগি মরল মথুম অরৈবমথৈ,
নংগি ওইহৌদৌবনি ৱায়েন্ন।
( কেশিওদ ) ইবুংঙো, গোভর্ণর নঙোন্দন
তমথীন ফত্তব মীনুথাংসি
শিন্নরম্মবনি লাক্লনব,
মতম, মফম, মওৎ নংন থোকপ,
মতিক চান থীনদদি তৌকো।
ঐন চৎলগে হিদ তোংহুন
স্টেট্র তম্মুনব অল্লা থোৌকসে
থম্মোই লুম।

*The End*